...proved as a text-book on Manipuri Grammar for Classes VI-VIII
for schools in Manipur vide Govt. of Manipur, Edn. Deptt.
Order No. 16-1/9—SE. (1—B) Dated 24-1-60.

---

লোম্ফ্বাং

# মণিপুর-ব্যাকরণ

( ক্লাস সিক্সগী এইট ফাওবা তম্বা )

লেংজবা—

৺গোকুলচাঁদ সিংহ ওয়নাম
জোনষ্টোন হায় স্কুলগী
রিটায়ার্ড এসিসট্যান্ট মাষ্টার
সম্পংপা মণিপুর-ব্যাকরণ লেংবা ।

থোকবা—

সিংহস বুক ষ্টোল
শিংজমৈ বাজার, ইম্ফাল

---

মক্কম :—ভাগ্যবতি কার্য্যালয় চুড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস, ইম্ফাল।

# ভুমিকা

( য়াহৌদোক — Introduction ).

মৃপকী পোরৈনা দৈবযোগদগী হৃয়কইবা ইহৃনগী ফৌরোই ইম্না ফাওরক্লিবা 'সম্পুংপা মণিপুর-ব্যাকরণ' কৌবা লাইরিক অহুগী পুকোক্তা স্বদেশপ্রেমিক. ভদ্র সুশিক্ষিত পণ্ডিত কয়া-মরুমগী সমর্থনাদগী পূক্লিংথোগ·-পিবগী অথোইবা মরম অমা ওইনা থোকচথী। অহুম ওইবা অভিমতশিং অহুদা সম্পূর্ণ নির্ভর (বিশ্বাস) লৈখিবদগী অম্নুম ওইবা "লোম্ফোং মণিপুর ব্যাকরণ" কৌবা গ্রন্থ অসি মথং ২ ইজবদা ইখুৎ থিংজিন্নবগী অথোইবা খুদোং অমা ওইনা থোকচথী।

অহুম ওইবা স্বদেশানুরাগী পণ্ডিত মণ্ডলিগী উৎসাহ অহু অকাউবা লৈতনা হৃদি-লকানুংদা পরিপোষণ তৌজরকই (য়োক-থচ্চরকই)। পরিণামদর্শী ভদ্রলোকশিং অহুগী মফমদা থম্মোয়-নুংগী অথেংবী ধন্যবাদ চামা-চামরক হন্না তৌজে।

মাতৃভাষা (ইমারোন) গী হিনাউসাবিরম্ব: পণ্ডিতশিংগী মাননীয় ডবলিউ, প্রেটিগ্রু, (Rev, W. Pettigrew) ইনস্পেক্টর সাহেবনা লূচিংবিথিবদগী ইরৈবাকী মরুম-অয়াং লোঞং ইচোন হায়া মমূত্তাবা থোকখিদে। অমহিকস্নুং সাহেব মহাকথক্তা পুথোক-পিরম্বা মৈতৈ ব্যাকরণচিংবা অতৈ অতৈ বর্ত্তমান চৎনরিবা ব্যাকরণ-শিং অসি ভারতকী রাষ্ট্রভাষা ইরেন্দা তিন্নবদা অয়াম্বা ইখিন

ইরৈমক্তনা অপনবা ওইনা থোকৈ। মরম অসিদগী গত ১৯২৪ ২৫ ইংগী বানান য়াথোক অাস স্বর্গীয় স্নাবুদ্ধিকবা সভাপতি রাজ ৺ভুবন সিংহ সেনাপতি বানান কমিটীদা হ্রস্ব-দীর্ঘ ( অতেন-অশাং ) স্বর অসি অয়াং অক্রম উচ্চারণদা ( থোম্হোক্তা ) পুবা তানগ্রে।

অমরোমদস্তু মণিপুর বাসী সুশিক্ষিত পণ্ডিতশিংবা [illegible] মাতৃভাষা ( ইমারোন ) অসিদি, হ্রস্ব-দীর্ঘ স্বরগী মফমদা অয়াং-অক্রম থোম্হোক্তদা চৎলকই অমসুং চৎনরি। অদুমদি [illegible] স্থলহিশেষতা ( থোইদোকপা মফমদা ) পুময়া-য়াবদি থোকলবে। মসিগী মরমদা নব্য পন্থী ( নহারোন ১সুং প্রাচীন পন্থী ([illegible]) কাওলুপ অনী থোকখি।

মরু ওইবদি উচ্চাবণ মমুত্তাকাত্রিবা নব্য পন্থীনা গয়া, [illegible]-চিংবা হিন্দী শব্দ কয়ামরুমগী মফমদা গঙ্গৈ, হঙ্গৈনচিংবা শব্দ পুথোকপিখি। অদুগা মৈতৈরোনগীনা চায়বা, [illegible] য়াহুং চাঙ্গৈবা ( চায়ীবা ), লাঙ্গৈবা [ লায়্রীবা ] নচিংবা শব্দশিংদা চাংদয়খি। হসন্ত দীর্ঘ স্বর মথেদি হ্রস্ব স্বর নত্তনা [illegible] ভায়া খুদিং চৎনবা লৈরক্তে অমসুং নীতি বিরুদ্ধ [ নিয়ম কায়না ] ওইনতা থোরক্লে।

দৈববশে [ লাই নোংদয়[1] ], কালগী [illegible] [illegible] স্বদেশ প্রেমিক শ্রীযুক্ত দ্বিজমণি দেব শর্ম্মা 'মি. অাই'গী মশোৈরমগী খৃঃ ১৯৩৫ ৩৬ ইং গী বানান কমিটিদা প্রাচীন পন্থীগী স্থও নক্তিনা [illegible] অসি, অক্রমা থোম্হোক্তা অমুরক পরিপোষণ তৌখিবা।

মৃসুগী প্রমান হসন্তু দীর্ঘস্বরনা লেংবা মেট্রিকুলেসন কোর্স (Matriculation course) গী পাঠ্য থাখন ফিদম্ মুচ্চবা তাগ্নি।

অমহিকস্থং বানান প্রকরণদা উচ্চখিব্য অথেচ্ছারী (নীংথ্বা) শব্দশিং থর অহুস্থ অভিধান অমসুং মশিক চাবা ব্যাকরণ থোকলক্পা কালদা মরাইনা মুচ্চখিদনা অচুম্বা পরাংদা তাক্তবকদোবনি। মথোয় অসিগী থোবকপা কালদি, স্বদেশ ভক্ত সু শক্ষিত পণ্ডিত মণ্ডলিগী মথক্তা নির্ভর তৌনফম থোক। আব গতি নাই—অতৌ উপায় লৈতে।

বিশেষ সংস্কৃত ভাষানা ভারতকী 'মোব-মপী' ওইরককপা কনাগী পাকিং, হিন্দি, বাঙ্গালী, আসামী ভাষাশিংদদা সংস্কৃত শব্দ (প্রাকৃত নত্রগা অপভ্রংশদা) চঞ্জিল্লমদবা লৈতে *। মণিপুর ভাষাদসু অহুমগ্রায, হায়বদি সংস্কৃত শব্দনচিংবা ইচস্তু-চন্দ্রকই। মরম অসিদগী হল্দকী 'লোন্ফোং মণিপুর ব্যাকরণ' অসিগী অয়াম্বা মকমদা মরূ২ ওইবা সংস্কৃত ব্যাকরণ প্রণালী অমনীদং থেচ্চিনবা তাজঞে।

নত্রবদি বাষ্ট্রভাষাগী ইচ্যোন্দগী ফৈবেংননা ইচ্যোন মচ্চা অমা ওইনা ফৈদোকখিবা তাবৈ। চৌবম অসিদা পবিণামদর্শী (তুংগী পোরোন উবিবা) অয়াম্বা স্বদেশপ্রেমিক পণ্ডিতশিংগী পুক্রিং চিংফিগ্গরী।

---

*সংস্কৃত শব্দত্যা নংহিকত্রে বর্তমান কাল অসিদদি কনাগী ইংবেজী, পর্টুগিজ, ফারসী, উর্দু আরবীনচিংবা শব্দশিং তোৎনদবা ভাষা অমত্তা লৈয়কত্রে।

মরম অসিনা স্বদেশোন্নতিকারী শিক্ষিত সমাজগী ময়োন ওইরিবা শিক্ষাবিভাগকী কর্তৃপক্ষনা অশুম ওইবা লোক্কোং 'মণিপুর-ব্যাকরণ' অসি মধ্য অমসুং উচ্চ ইংরেজী বিদ্যালয়গী পাঠ্য পুস্তক ওইনা লিপ্তিমগুং চপ্লিনবিগ্রবদি মসি ইজরুবগী অরানা খিবিক কোকচখ্রগনী ভরসা তৌজে। ইতি।

নিবেদক—

ৱেল্লাংবম লৈকায়
ইম্ফাল মণিপুর
১৬।৬।৫৪ ইং

বিনীত—শ্রীগোকুলচাঁদ সিংহ ওয়নাম
বিটায়ার্ড্ এসিষ্ট্যান্ট মাষ্টাব
জোনষ্টোন হাই ইংলিস স্কুল।
মণিপুর।

---

অনিশুবা থুংনম-শোক ১৯৬৯
কপি মশিং ৩০০০

# হীরম-লামায়

ময়েক্কুগী শব্দ, শব্দদগী পদ ( য়াতা ). পদদগী বাক্য ( য়াহৈ ), ১মসুং বাক্যদগী ( লোন ) শেমগৎনরকই ।

## বর্ণ প্রকরণ ( ময়েক্কী কাণ্ডোন )

৪। সম্পৎপা খুদম কয়ামরম্বা ভাষা ( লোন ) ইনৈ, মখোয় অত্থুগী অমমম্বু বর্ণ ( ময়েক ) কৌনৈ। মাত্থদি—অ. আ. ক, খ অসিনচিংবা ।

৫। ময়েক ভম্নমক্কা ৪৯ ( নীফুমাপস্তনী ), মখোয় পুম্নমক অসিবু বর্ণমালা (ময়েক পরেং = Alphabet) কৌই। মখোয় অসি মখল অনী থোকনা খাইরী, স্বর অমসুং ব্যঞ্জন বর্ণ।

## স্বরবর্ণ ( স্বর ময়েক )

৬। অতোপ্পা ময়েক্কী মতেং য়াওদনা মথন্তনা উচ্চারণ (খোম্হোক ) থোকচবা য়াবা মখোয় অত্থুবু 'স্বরবর্ণ' কৌই। স্বরবর্ণ পুম্নমক্কা ময়েক ১৪ তনী মাত্থদি—

অ, আ, ই, ঈ, উ, ঊ, ঋ, ৠ (১) ঌ ৡ (২) এ ঐ ও, ঔ।

৭। স্বর ময়েক অসি অমুক মখল অনী থোকই, হ্রস্ব ১মসুং দীর্ঘ।

৮। অ, ই উ, ঋ, ঌ ময়েক মতা অসিগী উচ্চারণ তৌবদা ( খোম্হোক্কা ) মতম খজিক্কুমক চংবদগী হ্রস্ব ( অতেনবা ) স্বর কৌই।

(১) অয়াম্বা ভাষা ( লোন ) দা চংনত্রবস্ত ৠ, ৡ ময়েক অনী অসি মুনি ঋষিশিংনা শেমগৎপিরম্বদগী চঙ্গিল্লখে।

৯। আ, ঈ, ঊ, ঋ, ৯ এ ঐ (১) ও, ঔ (১) মরেক মাপল অসিদগী উচ্চারণ তৌবদা (খোঙ্হোক্তো) মতম থম্ লাংকমদগী দীর্ঘ (অশাংবা) স্বর কৌই।

১০ স্বর মরেক পুম্নমক অসি থা-পনা কৌরা ঈশৈ, শকপা ১মুং তোপ্পবা মতমদা কুইথনা উচ্চারণ তৌফগী মথৌরবু প্লুত স্বর (রাংবা শাংথবা স্বর) কৌই। প্লুত স্বরগী তোঙ্ঙানবা মওং লৈতে। মরুদি - হে ইমা হবেম্মা। ও তাদা ইবুংঙোই হে ভগবান. ননাইবু ঙাকপিউ; হা চৈতন্য হা চৈতন্য।

১১। তৌইশুবমুং ঐথোয়গী মণিপুর লোন অসিদি হ্রস্ব স্বরনা অরাংবা (লঘু দীর্ঘ স্বরনা অরুম্বা গুরু) উচ্চারণ ওইনা চৎলৈ। মরুদি—মিংকা-রে, মী লাকয়ে. উন তারে, উন হুবে, চুন তারকএ চুম নংম্রে অসিনচিংবা (২)।

---

(ক) তৌইশুবমুং ঐ গী খোঙ্হোক=অই ১মুং ওই, ঔগী খোঙ্হোক= অউ ১মুং ওউ কৌরে। অসিতা নম্নুনা অও, আই, আউ, আও, ইউ উই, এউ এও অসিনচিংবা তপ্পনা স্ক্য করা লৈরি। মথৌরগী তোঙ্ঙানবা আকার মওং লৈতে। মরুদি চাউবা, হাওবা, ভ্যাও-ভ্যাও, ইউরোপ, হাইকোর্ট, উথক, উহয় অসিনচিংবা।

(১) মণিপুর লোন অসিদি অ, আ, এ, ঐ, ও, ঔ স্বর মরেক তরুক খুদিংমক অসদম্ অরুম-অমাং উচ্চারণ (খোঙ্হোক) ইপক মপকই। মরুদি—অভম্বা (কল্লাইবা), অও-বা, (চপঙবা) চাবা, ক্ষীর চা-বা, মী কেনবা, ঈশিং থেংনমা, কৈ কাবা ক্যৈ কাবা, চা লোনবা, কি লো-নবা, ঈশৈ হোবা, অভাং হওবা অসিনচিংবা।

১২। সংস্কৃত ব্যাকরণদা স্বর ময়েক অমা অনীগী সন্ধি (শমজিন্নবা) দগা পোকলকপনি হায়ডুনা এ, ঐ, ও, ঔ, দীর্ঘ স্বর মরি অসিবু সন্ধ্যাক্ষর (শমজিন্নখ্রবা ময়েক) কৌনৈ মতুদি— অ+ই=এ, অ+এ=ঐ, অ+উ=ও, অ+ও=ঔ।

১৩। মণিপুর ব্যাকরণ অসিদদি সন্ধ্যক্ষর অসি ময়েক ২/২ তপ্নখিবদগা পোকলকপা উচ্চারণনা হায়ডুনা যুক্ত স্বর পরুপবা স্বর) হায়না কৌনৈ মাতুদি আ+ই=াই—পাইবা, আ+উ=াউ-হাউবা আ+ও='ও হাওবম। মতৌ অসুম হাই-স্কুল, আইর্ল্যাণ্ড, ইউ, পীউ পীউ ফাইরেন মাইবেন অসিনচিংবা।

১৪। মমাংদা নত্রগা মতুংদা স্বর ময়েক য়াওদ্রবদি ব্যঞ্জন ময়েক্তা মনাংদা লয়ি মচা (্) অমমম চিংথৈ মাতুবু হসন্ত চিহ্ন (অচম্বা খুদম] কৌনৈ। মাতুদি—ক্, খ্, গ, অসিনচিংবা।

মরম অসিদগী অচম্বা ময়েক খুদিংদা অকার অমমম তপ্নরগা ব্যঞ্জন ময়েক্তা তশেংবা উচ্চারণ (খোম্থোক) থোক্লৈ। মাতুদি— ক্+অ=ক, খ্+অ=খ চ্+অ=চ অসিনচিংবা।

১। ব্যঞ্জন ময়েক্তা তপ্নবা মতমদা অকার নত্তনা ইতোপ-তোপ্পা স্বরগী মওং হোংদোকখিঃ ওংদা অত্নবু চৈতপ কৌনৈ। মাতুদি—

| | |
|---|---|
| ক্+আ (া)=কা, | ক্+উ (ু)=কু, |
| ক্+ই (ি)= কি, | ক্+ঋ (ৃ)=কৃ, |
| ক্+ঈ (ী)=কী, | ক্+ৠ (ৄ)=কৄ, |
| ক্+ঊ (ূ)=কূ, | ক্+৯ (ৢ)=কৢ, |

ক্+এ=( ে )=কে, (১)　　ক্+ও( ো )=কো (১)

ক্+ঐ=( ৈ )=কৈ, (১)　　ক্+ঔ=( ৌ )=কৌ (১)

১৬　করি করিগুম্বা মফমদা ব্যঞ্জনগা স্বরগা তপ্নথিবা ময়েক কয়ামরুমগী শকওং হোংদোকখি। মাহুদি :—

গ্+উ=গু,　　শ্+উ=শু,

র্+উ=রু,　　হ্+উ=হু

র্+ঊ=রূ,　　হ্+ঋ=হৃ।

## ব্যঞ্জন বর্ণ ( ব্যঞ্জন ময়েক=Consonant )

১৭। স্বর ময়েকী মতেং নত্তনা মথন্তুনা উচ্চারন থোকপা ঙমদবা ময়েকশিং অদুবু ব্যঞ্জন ময়েক কৌই। মাহুদি—কদগী হ ফাওবা ময়েক ৩৩ অসিনি (১)।

১৮। ক দগী ম ফাওবা ময়েক ২৫ অসি অমুক বর্গ (কাওলূপ) মঙা থোক্না থাইরী। মথোয় অসি লৈ ডৌ, চীম্নানচিংবা ছোক্লবদগী থোক্লকপা উচ্চারণনি হায়রূনা স্পর্শবর্ণ (ছোক শন্নবঃ ময়েক) কৌই।

(১) এ, ঐ, ও, ঔ দীর্ঘস্বর মরিমক অসি মণিপুর লোন্দদি অক্লম অয়াং থায়না চৎনরি। লামায় অমগী টীকা (১) য়েংগদবনি।

(২) ড়, ঢ়, ৎ ১স্নুং য় ময়েক মরি অসি অতোপ্পা ময়েক নত্তে। মখৎশিংনা ড ঢ ত ১স্নুং যকারগী মওং হোংদোকচখিবত্তনি। চাঁদ-বিন্দু ( ঁ ) অসিস্নু তোঙানবা ময়েক নত্তে অনুস্বার ( ং ) ১স্নুং ঙ, ঞ, ণ, ন, ম গী মহুত্তা মশক ওন্থোকচখিবত্তনী মাহুদি বংশী =বাঁশী অঙ্ক=আঁক, গঞ্জা=গাঁজা, ষণ্ড=ষাঁড়, দন্ত=দাঁত গ্রাম=গাঁ নত্রগা গাঁও, কাংহু=কাঁহু, কাংহু=কাঁহু।

মাহুদি :—

ক দগী ঙ কাওবা ময়েক মঙা = ক কাংলুপনি ।
চ ,, ঞ ,, ,, ,, = চ ,,
ট ; ণ ,, ,, ,, = ট ,,
ত ,, ন ,, ,, ,, = ত ,,
প ,, ম ,, ,, ,, = প ,,

১৯ । কাংলুপ খুদিংগী অহানবা, অহুমশুবা অমসুং মঙাশুবা ময়েকশি উচ্চারণ (খোঙ্খোক) থোকপদগী অল্পপ্রাণ (খরায় শোনবা) অমসুং অনীশুবা অহুগা মরিশুবা ময়েকশি উচ্চারণ শুম্‌থথদগী মহাপ্রাণ (খরায় কনবা) কৌই । মাহুদি—

ক কাংলুপকী (বর্গগী) ক গ ঙ—খরায় শোনবা ময়েকনি ।
,, ,, খ, ঘ, = খরায় কনবা ,,

২০। মরক্তা স্বর ময়েক লৈতবা ব্যঞ্জন ময়েক অনী নত্রগা অহুম তিনপ্রবা ময়েক অহুবু সংযুক্ত বর্ণ নত্রগা যুক্তাক্ষর (তেপ্পথবা ময়েক) কৌই । তেপ্পথবা ময়েকশি মমাংথংবা ময়েকনা মথক্তা অহুগা মতুংথংবা ময়েকনা মথা থংলৈ । মাহুদি ঙ + ক = ঙ্ক, স + ক = স্ক, ন + ত = ন্ত, ম + ফ = ম্ফ, থ + র + উ = থ্রু, অসিন্‌চিংবা ।

২১ । ব্যঞ্জন ময়েক কয়া অমদি তেপ্পরগা তোঙানবা ওইনা শাইরকই । মাহুদি—ক্ + ষ = ক্ষ, ক্ + ত = ক্ত, ক্ + র = ক্র ত্ + র = ত্র, ত্ + ত + র = ত্ত্র, ঞ্ + চ = ঞ্চ, ঞ্ + ছ = ঞ্ছ, ঞ্ + জ = ঞ্জ, জ্ + ঞ = জ্ঞ, ণ্ + ড = ণ্ড, ন্ + থ = ন্থ, ম্ + থ, = ম্থ, ষ্ + ণ = ষ্ণ, হ্ + ন = হ্ন, হ্ + ম = হ্ম (উচ্চারণগী অশকপা)

ভ্+র্+উ=ভ্রু, ত্+থ্+র্+উ=ত্থ্রু, প্+র্+উ=প্রু
প্+র্+উ=প্রু, ব্+র+উ=ব্রু, ব্+র্+উ=ব্রু
ভ্+র্+উ=ভ্রু ভ্+র্+উ=ভ্রু।

২২। ব্যঞ্জন ময়েক্তা ঞ, ন, ম, য, র, ল, ব ডপনগ্রবদি মথোয়বু ফলা কৌনরে, ডপগ্রবা ময়েকী মশীং চনখিত্রে। ফলা ময়েক ময়াম অসিগী মরক্তা যফলাগী মওংনা 'j' অমুম অহুগা রফলাগী মওংনা '়' অমুম ওন্নোকথি। ফলা অতৈদি মশক হোংদোকপা তোঁদে। মখুদি—

পৃথ্বী, লুম্বায়, কন্যা, ওক্রম, অক্লা, কাক্তা, কাকলৈ অসিনচিংবা। তৌইগুম্বসুং পেক্রক'ল, ধ্রুব, মুক্ষন, কণ্ঠান, মখোয় অসি ওথাক মশক হোংদে।

১৩। র কারগী মতুংদা ব্যঞ্জন ময়েক লৈরবদি র কার (´) ওংদা অসি ওই থিত্নবা ব্যঞ্জন ময়েক অহুগী মকোকথক্তা তোংলুই, (´) ওংদা অসিবু রৈফ নত্রগা অর্ক ফলা কৌই। মখুদি - তর্ক মূর্খ, খূর্জ, তর্পণ, কর্পুর।

১৪। রৈফ তোংগ্রবা অতোপ্পা ব্যঞ্জন ময়েক্তী অনীথোনবা ওইদবসু য়াই। মখুদি পূর্ব্ব, পূর্ব; কর্ম্ম, কর্ম; ধর্ম্ম, ধর্ম, খার্ম্ম, খার্ম অসিনচিংবা। (১)

---

(১) মুনিশিংনা রেফ তোংদবা মফমদসু মনীংজ্ঞা দ্বিত্ব ময়েক থিকর্ন্নদা (ওইদবদা) লীজিন্নরমথ। মখুদি—খাত্র, ছাত্র, পুত্র, পুত্রঃ নত্রগঃ নত্রগা কত্রগা কত্রগা অসিনচিংবা

## ময়েক্কী খোম্থোকফম ১সুং মমিং

২৫। বর্ণ পূন্নমক অসি লৈগী পাম্বৈনা খোনাউ, ভো, লৈয়েং, কোক, য়া অমসুং চীম্বাল মফম কয়া মরুম অসি শম্নখিবদগী উচ্চারণ (খোম্থোক) থোক্নে। অদুগী মতু' ইন্না ব্যাকরণদা মখোয় অসিগী তোঙান তোঙানবা মমিং থোনম্নে। মাদুদি—

অ, আ, হ খোনাউদগী উচ্চারণ থোকলকপদগী খোনাউথোক ময়েক (কণ্ঠবর্ণ) কৌনম্নে।

ক, খ, গ, ঘ, ঙ লৈয়েংদগী উচ্চারণ থোক্লকপদগী লৈয়েংথোক ময়েক (জিহ্বামুলীয় বর্ণ) কৌনম্নে।

ই, ঈ চ, ছ, জ, ঝ, ঞ, য শ ভোদগী উচ্চারণ থোক্লকপদগী ভোথোক (তালব্যবর্ণ) ময়েক কৌনম্নে।

ঋ, ঋৃ ট, ঠ, ড ঢ, ণ, র, ষ কোক্তগী উচ্ছারণ থোক্লকপদগী কোকথোক (মূর্দ্ধণ্যবর্ণ) ময়েক কৌনম্নে।

৯, ত, থ, দ, ধ, ন, ল, স য়াদগী উচ্চারণ থোক্লকপদগী য়াথোক (দন্ত্যবর্ণ) ময়েক কৌনম্নে।

উ, ঊ, প, ফ, ব, ভ, ম চীম্বান্দগী উর্চ্চারণ থোক্লকপদগী চীম্বাথোক (ওষ্ঠ্যবর্ণ ময়েক কৌনম্নে।

এ ঐ খোনাউদগা অমসুং ভোদগী উচ্চারণ থোক্লকপদগী খো-ভোথোক (কণ্ঠ তালব্যবর্ণ) ময়েক কৌই।

ও ঔ খৌনাও অমসুং চীৱান্দগী উচ্চারণ থোক্লকপদগী খৌ-চীৱা-স্লোক ময়েক (কণ্ঠৌষ্ঠ্য বর্ণ) কৌই।

২৬। য র ল ব ময়েক মরি অসি স্পর্শবর্ণ অমসুং উষ্মবর্ণগী মরক্তা লৈবা মথোয়গী মমিং মরক্তা ময়েক (অন্তস্থবর্ণ) কৌই

২৭। শ ষ স হ মরিমক অসিগী উচ্চারণ তৌবা মতমদা নিংশাশ্বর হাইফেৎ শাবদগী মমিং অশাবা ময়েক (উষ্মবর্ণ) কৌই।

২৮। ং বিন্দু অমগী ময়েক অসিবু অনুস্বার কৌই। মসি ম অমসুং নকারগী মওং হোংবতনি, মরম অসিদগী ব্যঞ্জন নত্তনা তোঙানবা ময়েক নত্তে। মাহ্নদি—সম্+বাদ—সংবাদ. বৃন্+হিত—বৃংহিত।

২৯ ঙ ঞ ণ ন ম (ং) অনুস্বার অমসুং (ঁ) চাঁদবিন্দু নাসিকা (নাতোন) দগী উচ্চারণ পোক্লকপদগী মথোয়বু অনুনাসিক (নাতোঙ্লোক) বর্ণ কৌই।

৩০ ঃ বিন্দু অনী অসি বিসর্গ কৌই। বিসর্গ তাংজকম য়াবীনি. হায়বদি লৈরক লৈরকরিবা স্বর ময়েক অহুগী মতুংইন্না উচ্চারণ থোকচৈ। মাহ্নদি—

রামঃ—বিসর্গ অসি অকারগী উর্চ্চারণ তাংজল্লে।
হরিঃ 'হ্ " ইকারগী " "
রেঃ— 'হ্ " একারগী " "

**মৈজঙ্কম**

১। মণিপুরী ব্যাকরণ কয়ায়ু কৌবগে ? অহুগা মসি তম্বগী করি কান্নবা লৈবগে ?

২। ভাষা লোন ) হায়বা অসি করিনো ? মসিনা কান্নবা করি লৈবা মচা থায়না ইরকউ।

৩। মণিপুর-ব্যাকরণগী মরু ওইবা হৌরম কয়ানো ? অমসুং করি করিনো তাসাইনা ইরকউ।

৪। বর্ণমালা কদাইবু কৌবগে অমসুং মথন কয়া কয়ানো ? মখোগা কোনা ইরকউ।

৫। যুক্ত স্বর অমসুং সংযুক্ত বর্ণ অনী অসি করি খেন্নবগে। খুমগা লোয়নবা ইরকউ।

---

# বানান প্রকরণ

**খড়্‌রোন কাম্‌লোন— Mode of Spelling]**

শব্দ খুদিংগী চৈত্তপনচিংবা অমসুং তপ্পবা, তারবা মরোই তোগ্রন তোগ্রনবা ওংথকিঙ মচাথায়না উৎলি-তাকিল্লবা থুনবা অমা অহুবু বানান (খড়্‌রোন) কৌই।

---

মৈতৈরোল অসিদি স্বর ময়েক খুদিংমতম অরাং অমাং খোম্‌থোক নাইবনা অমরোমদসু মাহুগী চপচাবা ছাপা ময়েক (Type) লৈতবনা মখোয়গী মওং-মতৌ পুখোকলুবা হায়বদি লাম্বা কংলুদবা খৌদৌ নত্তনা অরায়বা মিন ওইনা খোরসে। [লামায় ৩] গী টীকা য়েংবীগদোবা ওই।

মরূওইবদি সংস্কৃত ব্যাকরণদা এ ঐ ও ঔ ময়েক মরিমক অসি দীর্ঘস্বর মশীং চনাখিবতা নত্তুনা অতোপ্পা সন্ধ্যক্ষর ( সন্ধি ময়েক ) মমিং থোনবিরম্রে, হায়বদি মখোয় খুদিংমক্তা ময়েক অনি-নী পরুখিবদগী পোল্লকপা ময়েক ডাক্তুনী। মরম অসিদগী সন্ধ্যক্ষর অসিবু পরুপ্প বা স্বর ( যুক্তস্বর ) হায়না কৌনম্বে। সূত্র ১২। ১৩ শুবা য়েংবিগদৌবনী )।

অমরোমদসু মণিপুর লোন্দা মখোয় অসিগী ময়েক খুদিংমকী উচ্চারণ অসি অরূম-অয়াং থায়না চংলকই ১স্নুং চংনরি।

মাহুদি

## একারগ খোম্নোক

| অয়াংবা | অরূম্বা |
|---|---|
| লৈ অকেনবা | চেম্পাক অক্যোম্বা |
| অঙাংনা খেবা | থবাক খ্যোবা (ক্ষ) |
| পোং খেন্‌বা | রাখন খ্যোনবা |

## ঐকারগা খোম্নোক

| অয়াংবা | অরূম্বা |
|---|---|
| কৈ ফাবে | ক্যো কারে ( কয়্‌- ) |
| মহৈ হৈরে | মহ্যো য়াল্লে ( মহয়্‌ ) |
| চৈথৈ থৈরে | চ্যোঙ থ্যোরে ( থয়্‌রে ) |

| ওকারগী খোঙ্গোক | | ঔকারগী খোঙ্গোক | |
|---|---|---|---|
| অয়াংবা | অরুবা | অয়াংবা | অরুবা |
| ঈশৈ লোইরে | মপুক লোয়রে | লো তৌরে | লও তৌরে |
| মখি ফোংলে | ব্রা ফোংলে | মচু ঙৌরে | মঙোম ঙওরে |
| মতোন তেক্লে | মথোন থোক্লে | খিচড়ি হৌরে | পাম্বী হওরে |

বা' উচ্চারণ—হও হওয়া,

লও-লওয়া কও-কওয়া।

ভারতনুংদা চংনরিবা অতৈ ২ লো-নখিবিক্তা তশেংবা সংস্কৃত শব্দ ওখাক্তনি, প্রাকৃত নত্রগা অপভ্রংস ওইনা চংনখিবা শব্দ মশাংনা অয়াম্বা ওইনা চংনরি। উচ্চারণগী মরীদম্ভু অহুমণ্ডায়, হায়বদি হিন্দীভাষাদা 'শির' সংস্কৃত শব্দগী মফমদা, মথোয়গী উচ্চারণ মতুংইন্না 'সির' চংনবি।

মণিপুর ভাষাদম্ভু অহুমণ্ডায়, হায়বদি 'ষম্বী-ষনাও' শব্দগী উচ্চারণ থোকলুদে 'সম্বী সনাও' উচ্চারণতা মথোকচরে। অহুগা পাঙ্গবা—পায়িবা' শব্দগী উচ্চারণম্ভু, থোকলুদে পায়িবা উচ্চারণতা মায়াকচে। মতো অহুম শনা, শাত্তিন, শুম্ভু, মুংশিবা, কুইরবা, অরোইবা, কিনিন্, এংগাই অসিনচিংবা শব্দশিংসু কনা কনাগুম্বনা অম্ভুম্মা ইনবা য়াওই। তৌইগুম্বম্ভুং মথোয়গী থাঙ্গৈশেংবা উচ্চারণদি সণা, ছাত্তিন, ছুম্ভু, মুংসিবা, কুইরবা, অওইবা, কুইনিন্, য়েঙ্গাই অসিনচিংবা শব্দশিংগী থোঙ্গোক্তদা থোকচরে। অমহিকম্ভুং সংস্কৃত শব্দগী ওংদাগম্ভু চুহিন্নখিবা নত্তনা ওংদা কায়রুকমম্ভু থোক্লদে।

অসুম ওইবা খ্যোল্লোংনবা বানান অসি নৈনবা ম্নাংপদগী খোকচরকপা নত্তনা অতোপ্পা মরম অমা লৈরদে হায়রবদা খোঙজা চিংনরকমসু খোল্লদে। মথং মথং অরেপ্পা কীজোন তারকনি আশা তৌজৈ।

## সন্ধি প্রকরণ (সর্মাজিন্নবা কাঙ্লোন)

সংস্কৃতনা ভারতকী লোন্-ন মপী ওইরকপনা, মণিপুর ব্যাকরণ অসিদসু সন্ধি প্রকরণ চঞ্জিন্দফদবা ওইনা খোঙ্গে। মরম অসিদগী মসিগী নিয়মগা লোইননা ইজবা তাশ্লে।

তাইনবা ময়েক অনি সমজিন্নখিবগী মমিং সন্ধি কৌই (১)। সন্ধি অসি মথল অনী খোকই—স্বর সন্ধি ১সুং ব্যঞ্জন সন্ধি।

স্বর ময়েকা স্বর ময়েকা তিন্নখিবা অদু স্বর সন্ধি,অদুগা ব্যঞ্জন ময়েকা ব্যঞ্জন ময়েকা নত্রগা স্বর ময়েকা তিন্নখিবা অদুবু ব্যঞ্জন সন্ধি কৌই।

অনুস্বার ১সুং বিসর্গ অনিমক অসি ব্যঞ্জন বর্ণ মসুং চনখিবদগী মখোয়গী সন্ধিসু ব্যঞ্জন সন্ধি মরুং চঞ্জিনল্লে।

### স্বর সন্ধি

১। অ বর্ণগা অ বর্ণগা তিন্নখ্রগা আ ওই আ মমাংথংবা ময়েকতা তিনখি (২)। মাদুদি—দেব + অসুর = দেবাসুর, মহা+

(১) তাইনবা ময়েক হায়বদি—মমাংথংবা শব্দগী মমৈগী ময়েক অদুগা মতুংথংবা শব্দগী অহানবা ময়েক অনিমকপু খংনৈ।

(২) অ বর্ণ হায়রগা অ আ ই বর্ণ হায়রগা ই ঈ, উ বর্ণ হায়রগা উ ঊ খঙনৈ। অ+অ=আ, আ অ=আ, অ আ=আ, অ+আ=আ; মতৌ অসুম ওঝাশিংমা ছুংত্রশিংদা মথং মথং তাকপিগনী।

আত্মা = মহাত্মা, ভীম + অর্জুন = ভীমার্জুন, দেব + আলয় = দেবালয়, মহা + আশয় = মহাশয়; মতৌ অসুম 'বস্তালয় একাকার, কারাগার; শুভাগমন, সিংহাসন গৌরাধিপতি।

(ক) মণিপুর লোনদসু মমা + অপোক = মমাপোক (বোক) চন্দ্রা + আচার = চন্দ্রাচার, সণা + অহিংবা = সণাহিংবা মনা + অপিশক = মনাপিশক; মতৌ অসুম খুড়াভাং মনাক নবা, ভাকুপ, অচাখক, খানাচৌবা [চাউবা] তাদাহন, ইচাহন, মচাহন [ক্রম] অসিনচিংবা।

২। ই বর্ণগা ই বর্ণগা তিন্নগা ঈ ওই, ঈ মমাংখংবা ময়েক্তা তপ্পখি (১)। মাহুদি—গিরি + ইন্দ্র = গিরীন্দ্র, পৃথ্বী + ঈশ = পৃথ্বীশ, দিল্লী + ঈশ্বর = দিল্লীশ্বর, যতী + ইন্দ্র = যতীন্দ্র, মুণীন্দ্র, মহীন্দ্র গিরীশ অসিনচিংবা।

৩। উ বর্ণগ উ বর্ণগা ঊ ওই ঊ মমাংগী ময়েক্তা তপ্পখি। মাহুদি সাধু + উক্তি = সাধুক্তি, লঘু + উর্ম্মি = লঘূর্ম্মি, বিধু + উদয় = বিধূদয়।

৪। অ বর্ণগা ই বর্ণগা এ ওই, এ কার মমাংগী ময়েক্তা তপ্পখি। মাহুদি—মহা + ইন্দ্র = মহেন্দ্র, পরম + ঈশ্বর = পরমেশ্বর, স্ব + ইচ্ছা = স্বেচ্ছা, মণিপুর + ঈশ্বর = মণিপুরেশ্বর, উপ + ইন্দ্র = উপেন্দ্র, গণ + ঈশ = গণেশ, মহেশ্বর, গঙ্গেশ, চাকেশ্বরী।

---

(১) ই + ই = ঈ, ই + ঈ = ঈ, ঈ + ই = ঈ, ঈ + ঈ = ঈ, অতৈ অতৈ উ, ঊ গীসু অসুম তাকপিগনী।

৫। অ বর্ণগা উ বর্ণগা ও ওই, ও কার মধ্যাং বর্ণদা তপনথি। মাত্তদি - চন্দ্র + উদয় = চন্দ্রোদয়, যথা + উচিত - যথোচিত, দুর্গ + উৎসব - দুর্গোৎসব, মহোৎসব, গঙ্গোদক, সুর্য্যোদয়।

৬। অ বর্ণগা ঋ কারগা অর্ ওইরৈ। অর্গী অ মমাংগী বর্ণদা অমসুং র্ (রেফ ওইনা) মতুংগী বর্ণগা (ময়েক্কী) মথক্তা লুত্তোংই। মাত্তদি—দেব + ঋষি = দেবর্ষি মহা + ঋষি = মহর্ষি, উত্তম + ঋণ - উত্তমর্ণ।

৭। অ বর্ণগী মতুংথংবা ঋত শব্দগী ঋ মফমদা আর্ ওইরৈ। আর্গী আ মমাংগী বর্ণদা অমগা র্না রেফ ওইনা মতুংগী ময়েকথক্তা তোংলুই। মাত্তদি = শীত + ঋত - শীতার্ত্ত, ক্ষুধা + ঋত - ক্ষুধার্ত্ত হিম + ঋত - হিমার্ত্ত।

৮। অ বর্ণগা একার ১সুং ঐকারগা তিনপ্পগা ঐকার ওই। ঐকার অমু মমাং বর্ণদ' (ময়েকা) তপ্পথি। মাত্তদি - জন + এক - জনৈক, এক + এক - একৈক, মহা + ঐশ্বর্য্য - মহৈশ্বর্য্য, সদা + এব - সদৈব।

৯। অ বর্ণগা ওকার ১সুং ঔকারগা তিপ্পগা ঔকার ওই, ঔকার মমাং বর্ণদা তপ্পথি। মাত্তদি - মহা + ওষধি - মহৌষধি, জল + ওকা - জলৌকা, মহা + ঔষধ - মহৌষধ।

১০। ই ঈ নত্তবা অতৈ স্বরবর্ণ মতুং থংলবদি ই ঈ গী মফমদা য্ ওইরৈ। য্ মমাংথংবা ময়েক্তা তপ্পথি, অমগা মতুংগী স্বর যকারদ' চথি। মাত্তদি - আদি + অন্ত আদ্যন্ত, অতি + আচার - অত্যাচার, প্রতি + উত্তর = প্রত্যুত্তর ইতি + আদি - ইত্যাদি প্রতি + এক = প্রত্যেক, নিতি + আচার = নিত্যাচার।

১১। উ, ঊ নত্তবা অতৈ স্বরবর্ণ মতুং থংলবদি উ ঊ মফমদা অন্তস্থ ( মরক্কী ব ওইরে। ব মমাংগী ময়েক্কা তপ্পখি, মতুংগী স্বর বকারদা তিনখি। মাহ্নদি - সু + আগত = স্বাগত, পশু + আলয় — পশ্বালয়, অনু + এষণ = অন্বেষণ।

১২ ঋ ৠ নত্তবা অতৈ স্বরবর্ণনা তুংথংখ্রবদি, ঋ ৠ মফমদা র ফলা ওইরে র ফলা মমাংগী বর্ণদা তপ্পখি, মতুংগী স্বর র ফলাদা চখি। মাহ্নদি পিতৃ + আলয় = পিত্রালয় মাতৃ + আদেশ = মাত্রাদেশ, ভ্রাতৃ + উপদেশ = ভ্রাত্রুপদেশ।

১৩। স্বর বর্ণনা তুংওইনরবদি মাংলবা এ কারগী মফমদা অয়্, ঐকার মফমদা আয়্ ওই, অকার ১স্নুং আকার মমাংগী ময়েক্কা তপ্পখি, মতুংগী স্বর য় কারদা চখি। মাহ্নদি নে + অন = নয়ন গৈ + অক = গায়ক, শে + অন = শয়ন, নৈ + অক = নায়ক

১৪। স্বরবর্ণনা তুংথংলবদি মমাংগী ওকারদা অব্ অমস্নুং ঔকারদা আব্ ওইরে। অকার ১স্নুং আকার মমাংগী ময়েক্কা তপ্পখি মতুংগী স্বর ব কারদা তপ্পরে। মাহ্নদি পো + অন = পবন, পো + ইত্র পাবত্র ভৌ + উক = ভাবুক (ভাবক; পৌ + অন + পাবন, পৌ + অক = পাবক

১৫। অতিরিক্ত ( হেন্দোকপ্রখা ) সন্ধি গো + ঈশ = গবেশ, গো + অক্ষ = গবাক্ষ, গো + ইন্দ্র = গবেন্দ্র, অক্ষ ঊহিণী = অক্ষৌহিণী, এক + এক + একেক, শত এক = শতেক, ব + এক = বারেক, তিন + এক = তিনেক অসিগুম্বা। মধ্যের

অসিগী অরেপ্পা সূত্র লৈতবদগী মখোয় অসি নিপাতন ( নিয়ম নাইদবা ) সন্ধিশীংদা চনই।

(ক) মণিপুর লোন্দসু নকল সন্ধি হৌরাই + আচার = হৌরাইচার, মালু + অমেংপ = মালুমেংপা থসিনচিংবা।

## ব্যঞ্জনসন্ধি

১৬। চ নত্রগা ছনা তুং ওইনববদি মমাংগী ৎ বা ত অমসুং দ মফমদা চ ওইরৈ। চ মথংগী ময়েক্তা তপ্পবা মাতুদি—উৎ + চারণ = উচ্চারণ, সৎ + চরিত্র = সচ্চরিত্র, উৎ + ছিন্ন = উচ্ছিন্ন।

(ক) মনিপুর লোন্দসু অবিকল সন্ধি—পোৎ + চা = পোচ্চা, থেৎ + চিনবা = থেচ্চিনবা, মিৎ + চুবা = মিচ্চুবা, মিৎ + ছেপ্পা = মিচ্ছেপ্পা, শেচ্চাবা, খুচ্চানবা, খুচ্চিং ( খুজিং ), থোচ্ছিনবা, খুচ্চেং ( খুজেং )।

১৭। জ নত্রগা ঝ না তুং থংলবদি, মমাংগী ত অমসুং দগী মফমদা জ ওইরৈ : জ মথংগী ময়েক্তা তপ্লথি। মাতুদি—সৎ + জন = সজ্জন বিপদ + জাল = বিপজ্জাল, জগৎ + জীবন = জগজ্জীবন, কুৎ + ঝটিকা = কুজ্ঝটিকা।

১৮। তালব্য ( ভোথোক ) শনা তুংওইনথবদি মমাংগী ত অমসুং দ মফমদা চ অমসুং মতুংগী শ মফমদা ছ ওইরৈ। মাতুদি—তৎ + শক্তি = তচ্ছক্তি, উৎ + শ্বাস = উচ্ছ্বাস, উৎ + শৃঙ্খল = উচ্ছৃঙ্খল, চলৎ + শক্তি = চলচ্ছক্তি।

(ক) মণিপুর লোন্দসু (অবিকল) -পোৎ + শক = পোচ্ছক,

পোৎ + শিৎ = পোচ্ছিৎ, মিৎ + শেং = মিচ্ছেং. পাৎ + শোয় = পাচ্ছোয়, পোচ্ছংবম, খুচ্ছম্নব তৌইগুম্বগু খুৎসেম, পোৎশেম্বা হোংদোক্কে।

১৯। স্ববর্ণ অমস্যুং বর্গগী অহুমশুবা, মরিশুবা, মঙাশুবা অহুগা য র ল ব মখোয় অঁসনা তুংথংলবদি, মমাংগী পদান্ত (রাস্তা মমৈ) দা লৈবা বর্গগী অহানবা ময়েক্তা অহুমশুবা ময়েক ওইরৈ। মাহুদি বাক্ + ঈশ = বাগীশ, জগৎ + ঈশ = জগদীশ, জগৎ + বন্ধু = জগদ্বন্ধু, সৎ + গতি = সদগতি।

২০। পদান্তদা লৈবা বর্গগী অহানবা ময়েক্তী মতুংদা হ লৈরবদি, হ মফমদা বর্গ অহুগী মরিশুবা ময়েক বিকল্পদা (অতোপ্পা মওংদগু) ওইরৈ। অহানবা ময়েক অহুমশুবা ময়েক ওনখি। মাহুদি —উৎ + হৃত = উদ্ধৃত, উদহৃত, উৎ + হত = উদ্ধত, উদহত, তৎ + হিত = তদ্ধিত।

২১ লনা তুংথংলবদি, কবর্গ মফমদা ল ওইরৈ। মাহুদি— উৎ + লাস = উল্লাস, উৎ + লেখ = উল্লেখ।

২২। বর্গগী মঙাশুবা ময়েক্তা তুংথংলবদি অহানবা ময়েক্তী মফমদা বর্গ অহুগী মঙাশুবা ময়েক ওনখি। মাহুদি—ষট্ + মাসিক = ষাণ্মাসিক উৎ + নতি = উন্নতি, দিক্ + মণ্ডল = দিঙ্মণ্ডল, জগৎ + নাথ = জগন্নাথ।

(ক) মণিপুর লোন্দগু নকলসন্ধি—থুম্মোৎ + নামা = থুম্মোন্নবা

২৩। ম য় অমস্যুং মাত্র শব্দগী ম ময়েক্তা তুংথংলবদি পদান্তদা

বর্গগী অহানবা ময়েক্তা মঙাশুবা ময়েক ওইরৈ। মহুদি—বাক্ +ময়=বাঙ্ময়, মৃৎ+ময়=মৃন্ময়, চিৎ+ময়=চিন্ময়, তৎ+মাত্র= তন্মাত্র।

২৪। চ্ অমসুং জ্ কারগী মতুংথংবা ন দা ঞ ওইরৈ। মাহুদি—যাচ্+না—যাচ্ঞা, যজ্+ন=যজ্ঞ, রাজ+নী=রাজ্ঞী নত্রগা রাণী।

২৫। মূর্দ্ধন্য ষকারগী মতুংগী ত অমসুং থ দা মথংশিংনা ট অমসুং ঠ ওইরৈ। মাহুদি—বৃষ+তি—বৃষ্টি, সৃষ্+তি=সৃষ্টি, উৎকৃষ্+ত=উৎকৃষ্ট।

২৬। স্বরবর্ণগী তুংথংবা ছ গী মফমদা চ্ছ ওই। মাহুদি—আ+ছাদন—আচ্ছাদন, বৃক্ষ+ছায়া—বৃক্ষচ্ছায়া, পরি+ছদ= পরিচ্ছদ।

২৭। য র ল ব অমসুং শ ষ স হ না তুংথংলবদি, পদান্তদা লৈবা ম্ গী মফমদা অনুস্বার ওই বিকল্পদা। মাহুদি সম+যোগ= সংযোগ, সম+বাদ=সংবাদ, সম্বাদ, সম্+লাপ সংলাপ সম্+সার=সংসার, সম্+বরণ—সংবরণ, সম্বরণ, কিম+বা= কিংবা, কিম্বা; সম্+হার—সংহার। তৌইশুম্বসুং সম্রাট (নিংথৌ- রেন) থগুনরবদি মাগী মফমদা অনুস্বার ওইরদে। সম্+রাট= সম্রাট।

২৮। বর্গ (কাঙ্লুপকী) বর্ণনা তুংথংলবদি পদান্তস্থিত (রাতা মমৈথংবা) ম নত্রগা অনুস্বারগী মফমদা বর্গ অহুগী মঙাশুবা ময়েক বিকল্পদা ওইরৈ। মাহুদি—অহম+কার=অহঙ্কার,

অহংকার; সম্ + খ্যা = সঙ্খ্যা; সংখ্যা; সম্ + কীর্ত্তন = সঙ্কীর্ত্তন, সংকীর্ত্তন; শম্ + কর = শঙ্কর, সম্ + বন্ধ = সম্বন্ধ, সম্ + কীর্ণ = সংকীর্ণ, সং + তান = সন্তান, সং + মান = সম্মান ।

২৯ । বর্গগী অহানবা ময়েক মরিদ্দী করিগুম্বা ময়েক্না তুং-থংলবদি মমাংগী ন্ গী মফমদা বর্গ অহুগী মঙাগুবা ময়েক ওইরে । মাহুদি - অন্ + কিত = অঙ্কিত, সন + চয় = সঞ্চয় ।

(ক) মীতৈরোলগী অবিকল সন্ধি—সন + চাপুং = সঞ্চাপুং, সঞ্জাবুং, হন + চাক = হঞ্চাক; হঞ্জাক, শেঞ্চা, শেঞ্জা; পাঞ্চল, পাঞ্জল; শেন + চোই = শেঞ্জোই, সন + পোৎ = সম্পোৎ, সম্বোৎ, সন + থাম = সন্থাম, সঙ্গোম, লঙ্কয়, লঙ্গ্যৈ, থঞ্জাউ, শেম্হুম, থম্বুম, কোম্ফু, শেম্বুং, সম্বু, অউম্পোৎ, সম্বল, খুঞ্জাও

৩০ । উষ্মবর্ণনা তুং থংলবদি মমাংগী ন্ গী মফমদা শুগ্নগী অনুস্বরতা ওইরে মাহুদি—হিন + সা = হিংসা, সিন + হ = সিংহ, প্রশন্ + সা = প্রশংসা ।

৩১ । স্বরবর্ণগী মতুংদা য় অমসুং ল লৈরবদি, মথোয়গী মফমদা র ওইরে । মাহুদি হাও + লোন = লোল = হাওরোল, তেথাও + লোল = তেথাওরোল, কাও + লেন = কাওরেন, উরী + লৈ উরীরৈ, চোঙা + লেন = চোঙারেন, ওয়া + য়োক = ওয়ারোক, রাই + রোকপম = রাইরোকপম, মতৌ অসুম থোইরাই, শবিরাই, ছোঙারাবা, খুড়াইরৈমা, সুরারেল, হমুরৈ, আয়ারৈ অসিমচিংবা ।

৩২ । উষ্মবর্ণনা তুংথংলবদি মমাংগী দন্ত্য ন গী মফমদা ঞ ওই, মতুংগী বর্ণনা জ ওইরে । মাহুদি—সন্ + সেবা = সঞ্জেবা,

শেন + শেং = শেঙ্গেং. কোন + শেংবম = কোঙ্গেংবম. শেন + সম = শেঙ্গম। তৌইগুদবনু' য়েন + শেম্বম = য়েঙ্গেম্বম, কোন + সম = কোঙ্গম অসিনচিংবা।

## অতিরিক্ত সন্ধি

মণিপুর লোনগী নিপাতন সন্ধি—মৈতৈ + লৈপাক = মৈত্রবাক. মৈতৈ + লৈমা = মৈত্রেমা. মীরৈবাক + চা = মর্বাকচা, কবো + লম্-মুম = কব্রম্বম, কুঙ্গা + নাই = ক্ংগ্নাই, উ + কারোং = উক্রোং, লও + কারক (তাবম) = লৌক্রাকপম, ছাং + পম = ছাপম, খড়ি + বোন = খড়বোন, খোঙ + থাউ = খোঙ্গ্রাও, তেল + কাদী = তেলাদী, খোঙ + রাইকম = খোঙঙাইকম, খুং + সি = খুজি, খোঙ + সি = খোঙজি, খুং + চেং = খুচেং, খুজেং, নম + পোন = নম্বোন অসি নচিংবা।

## বিসর্গসন্ধি

বিসর্গগা ব্যঞ্জন নত্রগা স্বরবর্ণগা সমজিন্নখিবা শব্দ অদুবু বিসর্গসন্ধি কৌই। মাদুদি—মথং মথং।

৩৩। চ নত্রগা ছ না তু'থংলবদি বিসর্গ মফমদা শ্ ওই। মাদুদি—দুঃ + চিন্তা = দুশ্চিন্তা, নিঃ + চয় = নিশ্চয়. শিরঃ + ছেদ = শিরশ্চেদ প্রায়ঃ + চিত = প্রায়শ্চিত।

৩৪। ট নত্রগা ঠনা তুংথংলবদি বিসর্গদা য ওইরৈ। মাদুদি—নিঃ + ঠুর = নিষ্ঠুর, ধনুঃ + টঙ্কার = ধনুষ্টঙ্কার।

৩৫। ত নত্রগা থনা তুং থংলবদি বিসর্গ মফমদা স্ ওই।

মাতুদি—মনঃ+তাপ=মনস্তাপ, নিঃ+তার=নিস্তার, ইতঃ+ ততঃ=ইতস্ততঃ, নিঃ+তেজ=নিস্তেজ।

৩৬। ক খ অমসুং প ফ না তুংথংলবদি বিসর্গগী মফমদা স্ ওইরে। মাতুদি—নমঃ+কার=নমস্কার, মনঃ+কাম=মনস্কাম, বাচঃ+পতি=বাচস্পতি, ভাঃ+কর=ভাস্কর। (১)

৩৭। অ না তুংথংলবদি মমাংগী অকার অমসুং বিসর্গ অনিমকা মফমদা ওকার ওই, ওকার মমাংগী বর্ণদা তপ্পথি অমসুং মতুংগী অকার লুপচথি। মাতুদি—বয়ঃ+অধিক=বয়োধিক, মনঃ+ অভিষ্ট=মনোভিষ্ট।

৩৮। বর্গগী অহুমশুবা, মরিশুবা, মঙাশুবা বর্ণনা নত্রগা য র ল ব হ না তুংথংলবদি, মমাংগী অকার অমসুং বিসর্গগী মফমদা ওকার ওইরে। মাতুদি—মনঃ+যোগ=মনোযোগ, বয়ঃ+ধর্ম্ম= বয়োধর্ম্ম, যশ+লাভ=যশোলাভ, তিরোধান।

৩৯। অ নত্তবা স্বরবর্ণনা তুংথংলবদি অকারগী মতুংথংবা বিসর্গ লুপচথি। মাতুদি—অতঃ+এব=অতএব, যশঃ+ইন্দু= যশাইন্দু।

৪০। স্বরবর্ণ, বর্গগী অহুমশুবা মরিশুবা মঙাশুবা অমসুং য র ল ব হ না তুংথংলবদি অ আ নত্তবা স্বরগী মতুংথংবা বিসর্গ মফমদা র ওই। মাতুদি—নিঃ+আকার=নিরাকার, দুঃ+গতি দুর্গতি, আবিঃ+ভাব=আবির্ভাব।

(১) তৌইশুমসুং মনঃ পীড়া, অধঃ পাত অমসুং অন্ত, করন অসিনচিংবা মফমদা স্ ওইরদে।

৪১। ক প ফ না ভুংথংলবদি, অ আ নত্তবা স্বরগী ভুংথংবা বিসর্গ মফমদা ষ ওই। মাদুদি নিঃ+কৃতি=নিষ্কৃতি, নিঃ+ফল=ফল=নিষ্ফল, দুঃ+প্রাপ্য=দুষ্প্রাপ্য, আবিষ্কার, চতুষ্কোণ

৪২। স্বরবর্ণ অমসুং বর্গগী অহুমশুবা মরিশুবা মঙাশুবা অহুগা য র ল ব হ না ভুংথংলবদি রজাত ( রদগী পোন্নকপা ) বিসর্গ মফমদা ওইরে। মাদুদি পুনঃ+অপি=পুনরপি, পুনঃ+জন্ম=পুনর্জ্জন্ম, অন্তঃ+ধান=অন্তর্দ্ধান, প্রাতঃ+উত্থান+প্রাতরুত্থান, দুরবস্থা, অন্তর্গতি, অহরহঃ।

৪৩। র্ ১সুং ঢ় কারনা ভুং থংলবদি বিসর্গ মফমদা ওইরবা র্ অমসুং ঢ় লুপচখি অহুগা মমাংগী স্বর দীর্ঘ ওইরে। মাদুদি—নিঃ+রোগ=নীরোগ, নিঃ+রস=নীরস, মুঃ+ঢ়=মূঢ়।

## নৈনফম

১। সন্ধি (সমজিন্নবা) কদায়বু কৌবগে? মাদু মথল কয়া থোকপা অমসুং মমিং করি করি কৌনবগে? তশেংনা ইরকউ।

২। বিসর্গসন্ধি কদায়বু কৌবগে? মাদু ব্যঞ্জন সন্ধি অমসুং মপুং চন্নিবা মরম করিননো মচা থাইনা ইরকউ।

৩। মথাগী শব্দশিংগী সন্ধি ভোন্নকউ :—মহা+আশয়,=মহাশয়, দেব+আলয়, ইতি+অ+আদি, চন্দ্র+উদয়, জগৎ+নাথ, শরৎ+চন্দ্র নিঃ+চিত, উৎ+লেখ, দেব+ঋষি, খুং+চানবা পাং+ছা, পোং+শিং, খুং+শিন্নবা।

৪। সূত্র পল্লমচুনা সন্ধি থাইদোকউ :— একাকার, দেবেশ মহেন্দ্র, সপ্তর্ষি, পণ্ডিত, অলৌকা, দুরবস্থা, লোকান্তর, ভাবেশ্বর, সুরেশ, পোষ্টাকিস, পৈশাচম, পোচ্ছংবম, অথেম্পোং, মচাহন, তোচ্ছিন্নবা, লৈত্রেমা আবারৈমা।

# শব্দ প্রকরণ

## ( শব্দ কাণ্ডলোন Classification of words )

১ শব্দগী মূল ( মরু ওই, চং, চা, পা, তুম হিপ্, চ্যেন, পুন্নমক অসিবু ধাতু কৌই। ধাতু অসিগী মমৈদা পা, বা, তপশিল্লগা ক্রিয়া থোওং ) কৌই। মাহুদি - ওই + বা = ওইবা চং + পা - চংপা, চা + বা = চাবা, পা + বা = পাবা, হিপ + পা = হিপ্পা, তুম + বা - তুম্বা, চ্যেন + বা = চ্যেনবা।

২। ধাতু অমস্থং বিভক্তি পক্তবা অর্থ চেনবা মঘেক অমা নত্রগা ময়াম তিন্নখিদনা থোকলকপা খোম্থোক অদুবু শব্দ কৌই। মাহুদি—ই, ঈ, উ ঊ, শা, সন, মী, লৈ, কপ্, উচেক, উপাল, নিংথৌ, সরকার অসিনচিংবা।

৩। শব্দ অমশুং ধাতুগী অপুনবা মমিং প্রকৃতি ( লেংত্রবা ওংদা ) কৌই। হায়বদি মথোয়গী মহৌশাগী ফাষম থওনবনি

৪। প্রকৃতিগী মমৈদা তোঙান তোঙানবা অর্থদা ওইররিবা

মওং অহুবু প্রত্যয় ( চৈতপ ) কৌই। প্রত্যয় মখন মঙা থোকই। মাহুদি - বিভক্তি, বচন, স্ত্রী ( নুপী ) প্রত্যয়, কৃৎ প্রত্যয় ১সুং তদ্ধিত প্রত্যয়।

৫। প্রত্যয় তপ্নবা শব্দগী অমতং নত্রগা ময়াম থঙ্নবা ১সুং কারকনচিংবগী জ্ঞান পোক্লকপা ( খঙকপা ) অহুবু বিভক্তি (মখাইনা ); কৌই।

বিভক্তি মখল অনী থোকই শব্দ বিভক্তি ১সুং ধাতু (ক্রিয়া) বিভক্তি

৬। বিভক্তি তপ্পব্রবা ধাতু ১সুং শব্দবু পদ ( ৱাতা ) কৌই। মাহুদি—চারগে, চাখ্রে, তুম্মি, ইনা, ঈগী, উনা, ঐগোব্দা নখোয়গী আসনচিংবা।

৭। শব্দবিভক্তি মখল তরেৎ থোক্লা থাইরি। মখল খুদিংগী বিভক্তি খুদিংদা বচন ( শীংলাক ) অনী থোকই—একবচন ( অমা খঙ্নবা শীংলাক ) ১সুং বহুবচন (ময়াম খঙ্নবা শীংলাক)*।

৮। শব্দবিভক্তি তরেৎ অহুগী আকার (মওং) ১সুং মমিং মাহুদি—

| বিভক্ত মমিং ( মখাই " ) | একবচন ( অমা খঙনবা ) । | বহুবচন ( ময়াম খঙনবা ) |
|---|---|---|
| ( অহানবা ) | অ, আ, না | শিং, খোয়, খোয়না, খিবিক |
| ( অনিশুবা ) | পু, বু দা | শিংবু, খোয়বু খিবিকপু। |

* সংস্কৃত ব্যাকরণদদি একবচন, দ্বিবচন ১সুং বহুবচন অহুম থোক্লা থাইনৈ।

| | | |
|---|---|---|
| ( অহুমশুবা ) | না | শিংনা, খোয়না, খিবিক্না |
| ( মরিশুবা ) | তা, দা, ডোন, | শিংদা, খোয়দা, খিবিক্তা |
| ( মঙাশুবা ) | তগী, দগী | শিংদগী, খোয়দগী, খিবিক্তগী |
| ( তরুকশুবা ) | কী, গী | শিংগী, খোয়গী, খিবিকী |
| ( তরেৎশুবা ) | তা, দা | শিংদা, খোয়দা, খিবিক্তা। |

## শব্দরূপ ( শব্দ ওংদা = Declension )

## অকারান্ত ছাত্র শব্দগী রূপ

| বিভক্তি ( মথাইনা ) | একবচন ( অমা খঙ্বা ) | বহুবচন। ( মরাম খঙ্বা ) |
|---|---|---|
| ( ১বা ) | ছাত্র, ছাত্রনা | ছাত্রশিং, ছাত্রশিংনা, ছাত্রখিবিক্না |
| (২শুবা) | ছাত্রবু, ছাত্রদা | ছাত্রশিংবু, ছাত্রবিকপু |
| (৩শুবা) | ছাত্রনা | ছাত্রশিংনা ছাত্রখিবিক্না |
| (৪শুবা) | ছাত্রদা | ছাত্রশিংদা, ছাত্রখিবিক্তা |
| (৫শুবা) | ছাত্রদগী | ছাত্রশিংদগী, ছাত্রখিবিক্তগী |
| (৬শুবা) | ছাত্রগী | ছাত্রশিংগী, ছাত্রখিবিকী |
| (৭শুবা) | ছাত্রদা | ছাত্রশিংদা, ছাত্রখিবিক্তা |

অকারারান্ত বৈষ্ণব, গোত্র, শব্দমথৈগী রূপ ছাত্র শব্দগা পাংথকনী।

## আকারান্তা খুড়া শব্দগী রূপ।

| বিভক্তি। | একবচন। | বহুবচন। |
|---|---|---|
| ( ১বা ) | খুড়া, খুড়ানা | খুড়াশিংনা, খুড়াখোয়না |

| | | |
|---|---|---|
| (২শুবা) | খুড়াবু, খুড়াদা | খুড়াশিংবু, খুড়াখোয়বু |
| (৩শুবা) | খুড়ানা | খুড়াশিংনা, খুড়াখোয়না |
| (৪শুবা) | খুড়াদা | খুড়াশিংদা, খুড়াখোয়দা |
| (৫শুবা) | খুড়াদগী | খুড়াশিংদগী, খুড়াখোয়দগী |
| (৬শুবা) | খুড়াগী | খুড়াশিংগী, খুড়াখোয়গী |
| (৭শুবা) | খুড়াদা | খুড়াশিংদা, খুড়াখোয়দা |

ইমা, তাদা, মামা সখা, দাতা, কর্ত্তানচিংবা আকারান্ত শব্দমখৈ অমসুং মিংগৌ থওনবা একারান্ত, ঐকারান্ত, ওকারান্ত অমসুং ঔকারান্ত শব্দমখৈগী রূপ খুড়া শব্দগী রূপকা অমখানি।

## ইকারান্ত মুনিশব্দগী রূপ

| বিভক্তি। | একবচন | বহুবচন। |
|---|---|---|
| (১বা) | মুনি, মুনিনা | মুনিশিংনা, মুনিখিবিক্না |
| (২শুবা) | মুনিবু, মুনিদা | মুনিশিংবু, মুনিখিবিকপু |
| (৩শুবা) | মুনিনা | মুনিশিংনা, মুনিখিবিকনা |
| (৪শুবা) | মুনিদা | মুনিশিংদা, মুনিখিবিক্তা |
| (৫শুবা) | মুনিদগী | মুনিশিংদগী, মুনিখিবিক্তগী |
| (৬শুবা) | মুনিগী | মুনিশিংগী, মুনিখিবিক্কী |
| (৭শুবা) | মুনিদা | মুনিশিংদা, মুনিখিবিক্তা |

মীরাই সখী,হুই,লম্দুই, অসিনচিংবগী শব্দরূপদি মুনি শব্দগা পাংথকনি।

## উকারান্ত সাধুশব্দগী রূপ

| বিভক্তি। | একবচন | বহুবচন। |
|---|---|---|
| (১মা) | সাধু, সাধুনা | সাধুশিংনা, সাধুপুরমক্না |
| (২য়া) | সাধুবু, সাধুদা | সাধুশিংবু, সাধুপুরমকপু |
| (৩য়া) | সাধুনা | সাধুশিংনা, সাধুপুরমকনা |
| (৪র্থা) | সাধুদা | সাধুশিংদা, সাধুপুরমক্তা |
| (৫মী | সাধুদগী | সাধুশিংদগী, সাধুপুরমক্তগী |
| (৬ষ্ঠী) | সাধুগী | সাধুশিংগী, সাধুপুরমককী |
| (৭মী) | সাধুদা | সাধুশিংদা, সাধুপুরমক্তা |

গুরু, ইপু, ইছু অসিনচিংবা উকারান্ত শব্দগী রূপ সাধু শব্দগা পাংথকনী।

৯। মীওইবা ১স্নুং ঈশ্বর থঙনবা শব্দগী মমৈদা দ্বিতীয়ার বিভক্তি লুপথী অরেপ্পা লৈতবা অর্থদা মাহুদি—মাইবা কৌরু, ব্রাহ্মণ অমা পুরকউ, নাস্তিকশিংনা লাই নীংদে।

অরেপ্পা অর্থদা মাহুদি - ভগবানবু কাওজদবনা অথোইবা ললনী, লাইরবা মীবু য়েংবীউ।

১০। অতোনবা ১স্নুং থৌরায়পান্দবা শব্দগী মমৈদা বু বিভক্তি লুপথী। মাহুদি—কৈ কারে, চা থকও, কি শেংলো, চ্যে হেৎলে, চুহী লোল্লী, চিনি চান্নী।

১১। বিভক্তিনা তুংথংলবদি, সখী শব্দগী মকমদা সখা ওইরে পুংলিঙ্গদা। মাহুদি - সখাশিং, সাখাবু, সখাগী অসিনচিংবা।

১২। বিভক্তিনা তুংথংলবদি, ঋকারন্ত সংস্কৃত শব্দগী অন্ত মহুত্তা আ ওই। মাহূদি—পিতৃ পিতা, মাতৃ মাতা, ভ্রাতৃ ভ্রাতা, দাতৃ দাতা।

১৩। ক্রিয়া ( থৌওংদগী ) পোক্লকপা বিশেষ্য ( শাইওং ) মথন অমা চংনরম্মী, মহুবু ভাব-বিশেষ্য কৌনৈ। মসি একবচন-তদা শীজিন্নৈ মাহূদি—চাবগী তুথা ( কৌবা ) নাইদে, হিগ্নদা চেপ্পা হিগ্না তম্মু, ঔড়াইবগী অরোইবা নাইদ্রে। চংপগী, চংলুবগী ১মুং চংনবগী অর্থ অমত্তনী, তৌইগুম্বমুং মতম অমম্মমদা তোঙান-তোঙানবা অর্থ ফোংদোক্লে।

১৪। পুল্লী, পুক্লীং মগুণ ১মুং মহিলাংবা পোৎ থঙনবা শব্দগীসু একবচনতদা শীজিন্নৈ। মাহূদি—মীওইবগী পুল্লী ১মুং মগুণ হায়বসি অরেপ্পা নাইদে. কুমসিকুমগী ঈসিং ( ঈচাউ ) অসি থিলো ২ চাওদনতা লৈরে, কুমসিগী চুহী দর ( ভাও ) লেপ্পদরী, থাউগী মমল্লা হাইগংদ্রে।

১৫। অমা, অনি, অহুম অসিনচিংবা মশীং থঙনবা শব্দবু সংখ্যাবাচক কৌই। মথোয় অসি শীজিন্নবা মতুংইন্না বিশেষ্য নত্রগা বিশেষণগুম চংনৈ।

## ভাববিশেষ্য।

| চাবা শব্দ | | উংপা শব্দ |
|---|---|---|
| বিভক্তি ( মথাইনা ) | একবচন। | একবচন। |
| (১মা) | চাবা | উংপা |
| (২তৃয়া) | চাববু, চাবনবু | উংপবু, উংদুবদু |

(৩শুবা) চাবনা চারুবনা উৎপনা উৎলুবনা
(৪শুবা) — —
(৫শুবা) চাবদগী চারুবদগী উৎপদগী উৎলুবদগী
(৬শুবা) { চাবগী চারুবগী / চাববগী } { উৎপগী উৎলুবগী / উৎনবগ }
(৭শুবা) { চাবদা / চারুবদা } { উৎপদা / উৎলুবদা }

নৈনফম

১। ধাতু ১মুং শব্দ কদাইবু কৌবগে? উদাহরণ (খুদম) গা লোয়ননা ইদনা তাক্লকউ।

২। প্রকৃতি ১মুং প্রত্যয়গা খোয়বা করি লৈবগে?

৩। বিভক্তি কদায়বু কৌবগে? ১মুং মথন কয়া থোকপা মমিংগা লোয়ননা ইরকউ।

৪। মথাদা ইরিবা শব্দশিংগী রূপ তৌরকউ —

মীওইবা, শামু, উরী, পিতৃ, বন্ধু, ইতৈ, ইপল, ইবায়, ইচে, মপুগৌ, মচেগৌ।

——

# লিঙ্গ প্রকরণ (লিঙ্গকাণ্ডেন)।

১। করিগুম্বা চিহ্নগা (খুদমগা) শব্দ অদু মুপারা, ফুরিরা [illegible]. মথক্কি উৎলিবা মাহু খঙনবা ওয়া খুদমগী মমিং [illegible]

কৌই। লিঙ্গ অর্থ চিহ্ননি লিঙ্গ মখন অহুমনি,— পুংলিঙ্গ স্ত্রীলিঙ্গ ১স্নুং ক্লীবলিঙ্গ *।

কারিগুম্বা শব্দনা নুপাগী জাৎ খঙনবা, অদুবু পুংলিঙ্গ কৌনৈ। মাহুদি— পাখং, যগুনবা, খুড়া, খম্বা, সল্লাবা, ব্রহ্মপুত্র অসিনচিংবা।

৩। করিগুম্বা শব্দনা নুপীগী জাৎ খঙনবা, অদুবু স্ত্রীলিঙ্গ কৌনৈ। মাহুদি— লৈসাবী, নুপীমচা, মৈত্রেয়ী, থোইবী, পাংঙনওংবী, গঙ্গা, যমুনা অসিনচিংবা।

৪। করিগুম্বা শব্দনা নুপা নুপীগী মরক্তা লৈবনা জাৎ অমত্তা খঙনদবা অদুবু ক্লীবলিঙ্গ (মরক্কী লিঙ্গ) কৌনৈ। মাহুদি মৈ, ঈসিং, মুংসিৎ, মৈতাল, লে, উ, থোইদী সংগোম অসিনচিংবা।

৫। করিগুম্বা শব্দনা নুপা নুপী অনিমক্কী জাৎ খঙনবা অদুবু উভয়লিঙ্গ (মান্নবা নক্তগী লোন্নবা লিঙ্গ) কৌই। মাহুদি— শেম্ন, সধু, হাও ময়াং, মৈতৈ, তেখাও, শোই সন্নাউ, নোংশা শামু অসিনচিংবা।

## স্ত্রী প্রত্যয়

৬। করিগুম্বদা স্ত্রীজাতি (নুপীগী জাৎ) অমসুং করিগুম্বদা পত্নী (মতু) খঙহন্নবা পুংলিঙ্গ শব্দগী মতুংদা 'ঈ' 'নী' প্রত্যয়

* হিন্দীনচিংবা ১স্নুং প্রাকৃত (ওহোরকপা) ভাষাদা ক্লীবলিঙ্গ লৈতে। তোইগুম্বসুং সংস্কৃতনচিংবা অতে ভাষাদদি (লোন্দদি) ক্লীবলিঙ্গ অসি চংনদবা লৈতে, চংবরী।

তপাছিন্নদনা পুংলিঙ্গ শব্দবু স্ত্রীলিঙ্গ শেমদোক্নে * । খুদমশিং অসিবু স্ত্র'য় প্রত্যয় কৌই। মাতৃদি—

| পুংলিঙ্গ | স্ত্রীজাতি খঙনবা | পত্নী ( মতু খঙনবা |
|---|---|---|
| পতি | — | পত্নী |
| পিতামহ | পিতামহী | পিতামহী |
| মাতামহ | মাতামহী | মাতামহী |
| শূদ্র | শূদ্রা, শূদ্রানী | শূদ্রী |
| ক্ষত্রিয় ( ক্ষেত্রি ) | ক্ষত্রিয়া ( ক্ষেত্রানী ) | ক্ষত্রিয়ানী (ক্ষেত্রানী) |
| কর্ত্তা ( কর্তৃ ) | কর্ত্রী | — |
| বালক | বালিকা | — |
| ছাত্র | ছাত্রী | — |
| মাষ্টার | মাষ্টারনী | মাষ্টারনী |
| রাক্ষস | রাইক্ষসী | রাইক্ষসী |
| মালী | মালিনী | — |

৭। মথক্কী অর্থ অসিদা শব্দ কয়ামরুমগী মমৈদা 'আনী' 'ইনী' 'ঈ' তপছিন্নদনা স্ত্রীলিঙ্গ ওইরে মাতৃদি—

| | | |
|---|---|---|
| ঠাকুর | ঠাকুরাণী ঠৌরাণী | ঠাকুরাণী, ঠৌরাণী |
| মধুর, মাধুর্য্য | মাধুরী | — |
| চাকর | চাকরাণী | চাকরাণী |
| তাদা | ইচে | ইতৈভা, ইনমা |

* 'ঈ' মঙ্গং 'নী' অসি তদ্বিতপ্রত্যয়নী হায়না খঙ লৈ।

| পুংলিঙ্গ | স্ত্রীজাতি খঙ্‌নবা | পশু (মতু) খঙ্‌নবা |
|---|---|---|
| বামোন (বামুন) | বামোন্‌বী | বামোন্‌বী |
| কমল | কমলিনী | — |
| কুমুদ | কুমুদিনী | — |
| লাইরিকয়েংবম | লাইরিকয়েংবী | লাইরিকয়েংবী |
| যোগী | যোগিণী | — |
| গোয়ালা | গোয়ালী | গোয়ালিনী |
| সন্ন্যাসী | সন্ন্যাসিনী | — |
| ব্রাহ্মণ | ব্রাহ্মণী | ব্রাহ্মণী |

৮। মথক্কী অর্থ অসিদা আকারান্ত শব্দ খরগী মমৈদা 'বী' ''নী' তপশিল্লগা স্ত্রীলিঙ্গ ওইরৈ। মাহুদি—

| পুংলিঙ্গ | স্ত্রীজাতি খঙ্‌নবা | পশু (মতু) খঙ্‌নবা |
|---|---|---|
| কন্থীচাউবা | কন্থীচাউবী | — |
| হাওবা | হাওবী | হাওবী |
| অঙাওবা | অঙাওবী | — |
| মপাশা | শবী | — |
| হনুবা | হনুবী | হনুবী |
| অহনবা | অহনবী | — |
| হাওনুবা | হাওনুবী | হাওনুবী |
| শাজেঙাউবা | শাজেঙাউবী | — |
| লাকপা | — | লাকপী |

| পুংলিঙ্গ | স্ত্রীজাতি খণ্ডনবা | পত্নী মতু, ইণ্ডনবা |
|---|---|---|
| থোপা | থোপী | — |
| মপা | মপী | মমা |
| মুপা | মুপী | মুপী |
| স্নেবা | স্নেম্বী | — |
| য়ুম্বুরেন | য়ুম্বুরেম্বী | য়ুম্বুরেম্বী |
| পুরেন ( বা ) | পুরেনবী | পুরেনবী। |

৯। জাতিবাচক ( জাৎ খণ্ডনবা ) সংস্কৃতনচিংবা অকারন্ত পুং অকারন্ত শব্দগী 'ঈ' হাপ্নে। মাহুদি :—

| পুংলিঙ্গ | স্ত্রীলিঙ্গ | পুংলিঙ্গ | স্ত্রীলিঙ্গ |
|---|---|---|---|
| দেব | দেবী | গৌর | গৌরী |
| গোপ | গোপী | কুমার | কুমারী |
| অনাথ | অনাথী | অমুক | অমুকী |
| চোত্রাথোক | চোত্রা থোকপী | মাইবা | মাইবী |
| পাত্র | পাত্রী | থোব ( বা ) | থোবী |
| লাইরিক লেংবা | লাইরিক লেংবী | নাউরোইবা | নাউরোইবী |
| ইনাকখুনবা (য়ে) | ইনাকখুনবী | জগোয়শাবা | জগোয়শাবী |

১০। মথাদা ইরক্লিবা শব্দশিং অসিদি করিগুম্বা 'নিয়ম ( পথাপ ) গী মথা পোন্দে—তোডানবা শব্দ থোমজিন্দুনা মথোনগী স্ত্রীলিঙ্গ শেম্নৈ। মাহুদি ওঝা ইবুংঙো—ওঝা ইবেম্মা, আজ্ঞা ইবুংঙো—আজ্ঞা ইবেম্মা, পিতা—মাতা, পা মা, পাবুং—ইমাই-বেম্মা, বর—কন্যা, চা -চনু, ইবুধৌ ইবেন্থৌ, সাহেব—মিমি,

মেমসাহেব: মামা—ইনে, খুড়া—ইন্দোল, নবাব, বাদশাহ—বেগম, পাথং—লৈশাবী, মুরা; ইপল—ইন্নাল, রাজা—রাণী;

| | | | |
|---|---|---|---|
| ইম্মাক / ইয়া | —ইচানিভোন, | মবাঁয় / মতৈ | —ইচে, ইনাওনিপা - ইনাওমুপী. |

তাদং - ইতৈমা, ইনম্মা, মবুং—মনম্মা।

১১। সংস্কৃত শব্দ কয়ামরুমগী মমৈদা অক উচ্চারণ (থোম্হোক থোক্লবা, মথোয়গী স্ত্রীলিঙ্গদা "ইকা" তারে। মাহুদি—

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| শিক্ষক | শিক্ষিকা | সেবক | সেবিকা | লেখক | লেখিকা |
| পাঠক | পাঠিকা | সাধক | সাধিকা | অধ্যাপক | অধ্যাপিকা |
| গায়ক | গায়িকা | কারক | কারিকা | সম্পাদক | সম্পাদিকা |

১২ বৎ, মৎ, অৎ, ইন, ঈয়স্, কর, চর শরুকনা লোইবা সংস্কৃত শব্দগী স্ত্রীলিঙ্গদা 'ঈ' ওইরে। মাহুদি—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ভগবৎ—ভগবান | ভগবতী | জ্ঞানবৎ—জ্ঞানবান | জ্ঞানবতী |
| শ্রীমৎ—শ্রীমান | শ্রীমতী | গুণিন—গুণী | গুণিনী |
| বুদ্ধিমৎ—বুদ্ধিমান | বুদ্ধিমতী | পাপীয়স্—পাপীয়ান | পাপীয়সী |
| পাপিণ—পাপী | পাপিনী | প্রেয়স—প্রেয়ান | প্রেয়সী |
| মহৎ—মহান | মহতী | বিদ্যাবৎ—বিদ্যাবান | বিদ্যাবতী |
| — সৎ | সতী | বিদ্বস্—বিদ্বান | বিদুষী |

তৌইগুমদুং শ্রীযুৎ শব্দগী পুংলিঙ্গ অমসুং স্ত্রীলিঙ্গদা অকারান্ত অমসুং আকারান্ত ওইরে। মাহুদি—

শ্রীযুৎ শ্রীযুক্ত শ্রীযুক্তা

১৩। পোক, বোক, থো, থৌ শরুকনা লোইবা মণিপুরি শব্দগী

লিঙ্গ মথায়দি ইপু ইবেল ইকু, ইনে শব্দনা মমাং থারে।
মাহুদি—

ইপুবোক—ইবেনবোক ইপুথৌ ইবেম্বৌ

ইকুবোক—ইনেম্বোক ইপম্বৌ ইম্মাম্বৌ

১৪। অতোনবা জীবগী মরমদা শব্দগী মমৈদা লাবা, অমোম হাপ্পুনা লিঙ্গ থায়নৈ। মাহুদি—সনাউলাবা—সনাউ অমোম, কাঙালাবা— কাঙা অমোম ছোঙারাবা—ছোঙাঅমোম, ওক্লাবা—ওক অমোম।

১৫। শব্দ কয়ামরুগী মতুংদা চেনবা, চেনবী হাপচিন্দুনা লিঙ্গ থায়নৈ। মাহুদি—ধর্ম্ম চেনবা: ধর্ম্ম চেনবী, পাপচেনবা—পাপচেনবী, (ভীল) নম্বুচেনবা—নম্বুচেনবী, চাজেনবা—চাজেনবী।

১৬। অহানবা নত্তনা মৈতৈরোনগী পূরাণবাচক (মপুংফাবা থঙনবা) শব্দগী মতুংদা শুবা, শুরকপা হাপ্পে পুংলিঙ্গদা।

অহুগা স্ত্রীলিঙ্গদনা শুবী, শুরকপী হাপ্পে। মাহুদি—অনীশুবা অনীশুবী, অহুমশুবা—অহুমশুবী, মঙাশুরকপা—মঙাশুরকপী, তরামাথোইশুরকপা—তরামাথোইশুরকপী অসিনচিংবা।

১৭। মহোশাগা পুংলিঙ্গ শব্দ :— কৈদা, কাও, য়ুম্ব, মোহ্দার প্যাল্লাখনবা, ফুংগ্নাই-শঙলাকপা, ব্রহ্মপুত্র (তুরেন), স্নাপাজা, অকোকপা, অঙ্কিকথনবা, পাগুা, পান্থু, পাণ্ডব, পুজারী।

কবি-কল্পনাগী লিঙ্গমথাই :—

| পুংলিঙ্গ | স্ত্রীলিঙ্গ |
|---|---|
| ময়ূরা | ময়ূরী |

| | |
|---|---|
| কোকিলা | কোকিলী |
| দাউক | দাউকী |
| শুক | শারী |
| ভ্রমরা | ভ্রমরী |

১৯। মহৌশাগী স্ত্রীলিঙ্গ শব্দ : গঙ্গ, যমুনা, অথুংবী, হিকপী, সখী, তুমন, ওংবী (ওনবী)।

২০। মায়বা নত্তগা লোয়বা লিঙ্গ : সমুক, হুইনাও, শঙ্গী, শভাই, শা, উচেক, কৃষ্ণসার (সবে), ফোভা, অভাং।

## নৈনরুম

১। লিঙ্গ কদায়বু কৌবগে? মথন কয়ানো? মখোয়গী মমিং মথাগা কোয়বা খুদম-পান্দম, অমনিদংগা লোয়ননা ইয়কউ।

২। পুংলিঙ্গগী স্ত্রীলিঙ্গ ওহোক্লবা নিয়ম (পথাপ) কয়া তবগে? মখোয়গী খুদম অমমমদংগা লোয়ননা ইয়কউ।

৩। মথাদা ইয়ক্লিবা শব্দশিং অসি করি ২ লিঙ্গনো? অদুগা পুংলিঙ্গ শব্দখৈবু স্ত্রীলিঙ্গদা, স্ত্রীলিঙ্গ শব্দখৈবু পুংলিঙ্গদা ওহোকউ:— মীওইবা, মীনাইহুবী, শিক্ষক, ইচে, ইয়া, সাধু, ভাকাবা, শ্রীমান, খোইহী, অমৃত; লাতা, ছাত্রী, কেত্রানী, নবাব।

৪। মথাদা ইরিবা শব্দশিং অসি মায়বা লিঙ্গদা হোংদোকউ:— কহীচাউ, শোই, লওবু, যণ্ডো, হেন্দাং, হরিং খোইনু, অকোকশা, শগোন, শাম্মু।

## ণত্ববিধান।

১। মণিপুর ভাষাদা শব্দমক্ষ য়েংশিল্লুরবদি, মকম অনী মরিদা প্রত্যয়গী দন্ত্য ন মূর্দ্ধন্য ওইরে। মহুদি—মগুণ, (নয়গুণ), ঠৌরাণী (ঠাকুরাণী) ণারাণ (নারায়ণ), তক্ষেণ (দক্ষিণ), চুণু (চুণা), যগুণবা (যগু), যণা (যোণা), পেণা (থীণা) পাণা (পাণ=পর্ণ) পূণচোমবা।

অতে মকমদাদি দন্ত্য ন মক্তা চৎনখ্রে। কালগী ইহুন্না চৎনর্বা মূর্দ্ধন্য ণ গী মকমদসু দন্ত্য ন মক্তা ইনবনা নমছিল্লক্লে। মাহুদি—সনা, পানা, ছুনু, অসিনচিংবা।

২। সংস্কৃত ভাষাদা দন্ত্য ন 'ন' ১সুং দন্ত্য 'স' কদি করির্গুম্বা মকমদা মূর্দ্ধন্য ওইরে। অহুগুম্বা হোংদোরকপা অয়াম্বা শব্দ মণিপুর ভাষাদা চৎনরক্লা। মরম অসিদগী সংস্কৃত ব্যাকরণগী ণত্ব ১সুং ষত্ববিধানগী মরুওইবা নিয়ম খরদং মখাদা মর্থং ২ উৎলক্লী।

(ক) ঋ্‌তা অমসুদা—ঋ, র অমগা ষকারগী মতুংদা দন্ত্য 'ন' লৈরবদি মূর্দ্ধন্য 'ণ' ওই। মাহুদি—ঋণ, বর্ণ, কৃষ্ণ, বিষ্ণু পূর্ণিমা, কর্ণ মাখা, ত্বণ, লক্ষণ, লক্ষণ প্রাণ, প্রণাম, নির্ণয় বৃন্দাবাণী, মহারাণী।

(খ) স্বরবর্ণ, কবর্গ, পবর্গ য়, ব, হ, ইত্যাদি থারুরবদি দন্ত্য 'ন' মূর্দ্ধন্য 'ণ' ওইরে। মাহুদি—গণক, গণিত, গনেশ, কারণ (কারক), তর্পণ, অর্পণ, বর্ণনা, রুক্মিণী, শ্রাবণ। তোইগুবদুং

দর্শন. কীর্ত্তন খনন, স্থপন, উন্নত, ভুবন শব্দনচিংবদা দন্ত্য ন ওইরে।

(গ) পূর্ব্ব, অপর শব্দগী মতুং থংবা অহ্নগী 'ন' মূর্দ্ধন্য 'ণ' ওই। মাত্থদি—পূর্ব্বাহ্ণ অপরাহ্ণ।

(ঘ) পর, নার, রাম, চান্দ্র, উত্তর. ১স্নং দক্ষিণ, শব্দগী মতুংথংবা অয়ন শব্দগী দন্ত্য 'ন' মূর্দ্ধন্য 'ণ' ওই। মাত্থদি—পরায়ণ, নরায়ণ, রামায়ণ. চন্দ্রায়ণ, দক্ষিণায়ন, উত্তরায়ণ।

(ঙ) শব্দ কয়ামরুমদা মহোশানা মূর্দ্ধন্য 'ণ' ওই। মাত্থদি গণ, গুণ, পুণ্য, পূরণ, মণি, কল্যাণ, লাবণ্য, বেণু, বাণী, শবণ, বণিক, বিশেষণ, উচ্চারণ অসিনচিংবা। মফম অতৈদদি দন্ত্য 'ন' চংনম্ব্রে। মাত্থদি—মুনি, শনি, নাম, অনৌবম, নানৌপাম্বা, স্নজীং শেনশীং. কোনা, নূনাং।

## ষত্ব বিধান।

১। অ আ নত্তবা স্বর, ক নত্রগা র বর্ণগী মতুংথংবা প্রত্যয়গী দন্ত্য 'স' মূর্দ্ধন্য 'ষ' ওই। মাত্থদি বিষয়, বিষম, বিষাদ, শিষ্য, ভবিষ্যৎ, শ্রীচরণেষু, শ্রীকরকমলেষু অসিনচিংবা।

(ক) মণিপুর লৌন্দগী মথক্কী সূত্র অসিগী চপচাবা শামারবা শব্দ কয়ামরুমদা দন্ত্য 'স' মূর্দ্ধন্য 'ষ' ওইরে। মাত্থদি—উষায়, উষম (মুমাক), উষন্য, ভূষুক, ভূষেণ, চাষাদ, লৈষম, হৈষাম, মাইষাম, য়াইষুল, যগৌ অসিনচিংবা। তোইশুমমুং লাইশম,

উসম ( উকত্ ); সনসম, স্নাচাউ, সেম্রুম, শগোয়হেম, চাশম অসিনচিংবা শব্দদা মূর্দ্ধন্য ষ' ওইরদে।

(ক) শব্দ কয়ামরমদা মহোশাদা মূর্দ্ধন্য 'ষ' ওইরে। মাচদি-ভাষা, ঔষধি, আষাঢ়, ঈষৎ, বৃষ পৌষ, পুষ্প, ষষ্টিপূজা, বিশেষ, সর্ষপ, পুরুষ, পোষ্যপুত্র অসিনচিংবা।

(২) মণিপুর ভাষাদা শ, স, ছ মরেকশিংগী উচ্চারণ ( খোম্হোক ) শু ওথাক থেঁয়রকম থোরে। মাহুগী মতুং ইনবা চপচাবী শব্দ কয়ামরম মথাদা উৎলরী। মাহুদি :—

(ক) শ—শোই, উশোই [উ জাৎ অমা], উশোই, শগোল, শামু, শোইনৌ, শবি ( জীব জাৎ অমা ), শবী শকওই-শক্তা, শকওং-শাদম, শেৱম, শেঙ্গোয়, শেলুংবা, শঙভপ, শল্লোয়, শাগ-প্সম, অনিশুরকপা, শেম্‌ং, চিনিশুংবা, চাংশুউ, শেঙ্গ; শেক্লাক্-থনবা, ফনেকশেৎপা, বাঁশীথোং, শেলোই-নোংমাই, শড়োথাই-বম, নিংশাশর, রাজোনশঙ, মাইশ্নাম, শঙ্গায়, মশোল (শ্যালক), মীশিবা অসিনচিংবা।

সংস্কৃত-বাংলানচিংবদসু—শক, শকাব্দ, শকুন্তলা, শক্তি, শঙ্কর, শঙ্কা, শঙ্খ, শচিদেবী, শতরঞ্জ, (শতরং) শতাব্দী শত্রু, শনি, শবর, শব্দ, শাড়ী, শয়ন শয্যা, শিবাজ (শিবিকা) শরণ, শরণী ( পদ্ধতি ), শরৎ, শিকা, শিখ, শিখা, শিবরাত্রি, শহর, শাহ ( কঁ বাদশা ), শক্তি, শাপ, শারদ, শাল ( কাশ্মীরী কি ) শাল-গর, শালগ্রাম, শাসন (দমন), পাঠশালা, শিক্ষক ( স্ত্রী শিক্ষিকা ) শিক্ষার্থী, শিক্ষার্থিকা, শিরোমাথা, অসিনচিংবা।

(খ) স — সণা, স্বরূপা, স্নায়াথং, সখোই, সন্সাবা, সঞ্জেন্নুং, য়েন্জীন, অসীনবা পোংবা, সঙ্গ, সঙ্গোল, সনবাম, সনসম, সঞ্জেন্থোং, সঙ্গোম, স্নাসাবা, স্নাহিদাক, লিকসিবা, স্নাপুইয়, সনাবুন, সম্বন, অসেম, সেবা, সাহিত্য, সনরেশ্বী অসিনচিংবা।

সংস্কৃত-বাংলানচিংবদস্থ — সগোত্র, সৎপাত্র. সংস্করণ, সংস্কার, সংকল্প, সঙ্কীর্ণ, সঙ্কীর্ত্তণ, সম্মান, বর্ণসঙ্কর, সংক্রান্তি, সংশোধন, সংখ্যা, সংসার, সইস্ (সহিস) সখা, সখী, সংবৎ, সংবৎসর, সমাচার, সমর্পণ, সন্দি, সর্দ্দার, সহায়, সগীয়, সাক্ষি, সাক্ষী, গোস্বামী, গোঁসাই (গোসাঁই. গোসাঞি), সনাতন, সহি (আ, সই), সন্ত্রি, সংঘ, সমাস, সওয়া, সংক্ষেপ, সঙ্গিন (কা) অসিনচিংবা।

(গ) ছ — ছায়বা (চিবান), ছেকচপ্পা, ছেকপাই, ছুণ পয়াছীবা ছাই, ছাধখাং, ছগা, চোছেৎপা, ছেগায়বা, ছাইককপা, নাউছেক, নাউছেকপম, ভাছেপ্পম, তেঙ্গুবম. মছুং (চোক), ছুমাং ছোলা (ছালা), ছাপাখানা, কিছু-কিচাম, পাছোয়, পোচ্ছংবম, শগোঞ্জেম, নাছুবি, নাউছুবী, ছুক-ছুম্বন, ছো, ছোরি, লী-ছিবা, ছেগায়বা অসিনচিংবা।

সংস্কৃত-বাংলানচিংবদস্থ — ছত্র, ছত্রী, (ক্ষেত্রী), ছাত্র, ছাত্রী, ছবি (চিত্র), ছলনা, ছায়া, ছাঁকনা (ছাঁনা), ছাঁচ (ছাই), ছাদ (roof), বাছুর, ছানা (সংগোমদগী), ছানা (বাচ্চা), ছাগ, ছাল (ত্বক — ম কু), ছালা (ছোলা), ছিট (কি অরাংবা) ছিত্র, বিছানা, ছিলিম, ছুঁচা, ছুরি, ছেনি, ছেঁড়া (ছেগায়বা),

ছোড়া, ছোকরা, ছোলা ( চানা ), ছোলা ( to scrape ), ছন্দ ( ছন্ত ), গাছ ( a tree ), গামছা ( towel ) অসিনচিংবা।

## নৈনফম

মথাদা ইরিবা শব্দশিংদা ( ন, ণ, শ, ষ, স, হগী মরীদা ) চুমদবা নৈরবদি চুমথোরকউ :–

শ্রীমাণ, কল্যানীয়, ব্যাকরণ, বিশেষন, শিষ্য, পূর্ব্বাহ্ন, শেবক, শনাচাউবা, য়াইস্কুল, ইস্কুল শনশম, ভষনা, খুমষেঁম, ভুশুক, বিশ্নু, উশায়, বেন্নু, শান্তিন, ভিন, মছক।

---

## পদ-প্রকরণ (য়াতা কাঙ্লোন – Part of Speech)

শব্দগী মমৈদা বিভক্তি তপছিন্নরগা পদ ( য়াতা ) কৌনৈ। হায়রবদি ছাত্র, ছাত্রনা, ছাত্রগী ছাত্রশিং অসিগী মমৈদা-না,-গী,-শিং, প্রত্যয় ময়াম অসি লাকপদগী মথোয়গী অর্থমু থরা হোংদোক হোংজিন তৌথিবা, মথোয় অসিমক 'পদ' কৌকনি। পদ মথক মঙা থোকই—

·· (১) বিশেষ্য, (২) বিশেষণ, (৩) সর্ব্বনাম, (৪) ক্রিয়া অমসুং (৫) অব্যয়।

১। করিগুম্বদা পদ ( য়াতা ) না করিগুম্বা অমগী মমিং থঙ্নবা অদুবু বিশেষ্য ( শাইওং ) কৌই। বিশেষ্য অসি অমুক

মখল মঙা থোকই—জাতিবাচক, সংজ্ঞাবাচক, বস্তুবাচক, গুণবাচক অমসুং ক্রিয়াবাচক।

(ক) জাতিবাচক (জাৎ খঙ্নবা) বিশেষ্য :—জাৎ অমত্তগী অয়াম্বা পোৎকী চৎনবী মমিং ওইরিবা, অদুবু 'জাতিবাচক' বিশেষ্যপদ কৌই।

মাহুদি :—মী, সন, শা, শগোল, তীন, কাঙ, উচেক, গ্রহ, দেশ অসিনচিংবা।

(খ) সংজ্ঞাবাচক (মমিং খঙ্নববু) বিশেষ্য :—করিগুম্বা অরেপ্প মীওই, পোৎ নত্রগা মফম খঙ্নবা, অদুবু সংজ্ঞাবাচক বিশেষ্যপদ কৌই।

মাহুদি :—রাম, রহিম, বাঙ্গালী, আসামী, মণিপুরী, জাপান, খ্রীষ্টান, মুসলমান, নোংমাইজীং, হিমালয়, শিলোং, কলকত্তা।

(গ) বস্তুবাচক (পোৎ খঙ্নবা) বিশেষ্য :—করিগুম্বা পোৎকী মমিং খঙ্নবা বস্তুবাচক বিশেষ্য পদ কৌই।

মাহুদি :—সণা, রূপা, য়োৎ, ঈসিং, মুংসিৎ, লৈপাক, সংগোম, চেং অসিনচিংবা।

(ঘ) গুণবাচক [মগুণ খঙ্নবা] বিসেষ্য :—করিগুম্বা মগুণ, কীবম, পূক্নীংগী ভাব অসিনচিংবা খঙ্নবা অদুবু 'গুণবাচক' বিশেষ্যপদ কৌনৈ।

মাহুদি :—অচানবা, নোম্লুকপা, অতনবা, থৌজাল, অন্নাবা, মুংঙাইবা, অয়াংবা, অকিবা, অথংবা অসিনচিংবা।

(ঙ) ক্রিয়াবাচক ( থৌরম খঙ্নবা ) বিশেষ্য—করিগুম্বা রাতানা থৌরম নত্রগা থবক খঙ্নবা, অদুবু ক্রিয়াবাচক বিশেষ্য পদ কৌই

মাদুদি :—তুম্বা, চাবা, পাবা, ফম্বা পীথোকপা, কোয়বা অসিনচিংবা ।

করিগুম্বা মীয়াম নত্রগা পোৎয়ামশী অমত্তা ওইনা মমিং খঙ্নবা, অদুবু সমষ্টিবাচক (পূল্লপ খঙ্নবা) বিশেষ্য পদ কৌই।

মাদুদি :—ডাকাইত নত্রগা হূরানবা খুৎ অমা, উচেক শঙ্গু অমা, ছাত্র কাণ্ডবু অমা, শাগৈ অমা, সভা, পঞ্চায়ত, রাজ-দরবার, কোম্পানী, গুপ্লু, খুম্নন অসিনচিংবা ।

## নৈনফম

১। পদ হায়বসি করিনো ? খুদমগা লোয়ননা হাকউ।

২। বিশেষ্যপদ কদায়বু কৌবগে ? মাও মখন কয়া থোকপগে ? মমিংগা লোয়ননা টরকউ।

৩। বিশেষ্যপদ পুথোকউ :-

হরি অফবা অঙাং অমনী। মহ পুকচেলতপ্পা নুপামচা অমনী। মধুগী হইনাও অমুবা অমা লৈ। অতনবা হায়বসি থাদোক্তদবনী। চকচাং মহুং শেংবনা নুঙাইবগী মরুনী। মরম ওকপা মীগী চন্নদবম লৈতে।

৪। মথাদা ইরিবা বাক্তাশিংগী করম্বনা করম্বা মখনগী বিশেষ্য পদনো থায়দোকউ :-

প্রজা, ঈররীল, শ্যাম, নুংশিবা, অত্তিয়া, শামুগণ্ডা, পাজি, অরাকপা, নবীন, সঙ্গু, থেঙ্গু, উচিনাউ, মুম্নন, দরবার ।

## বিশেষণ (শাইওংখায়—Adjective)

১। করিগুম্বা পদ (রাভা) না অতোপ্পা পদ অমগী মগুণ নত্রগা ফীবম তাক্লিবা, মাদুবু বিশেষণ (শাইওংখায়) কৌই।

মাদুদি—ফজবা লৈ। মুংশিবা অঙাং। থম্বান অঙাংবা; থরো অসংবা। রাইহে মখি অসিদা লৈরিবা লৈ, অঙাং, থম্বান অমসুং থরো বিশেষ্য পদ মরিমক অসিগী মগুণ নত্রগা ফীবম অসি ফজবা, মুংশিবা, অঙাংবা অমসুং অশংবা বিশেষণ মরিমক অসিনা কোংদোকলী।

২। বিশেষণ অনি মথন অহুম থোকই—বিশেষ্যগী বিশেষণ, বিশেষণগী বিশেষণ অমসুং ক্রিয়া-বিশেষণ।

(ক) করিগুম্বা পদনা বিশেষ্যগী মগুণ নত্রগা ফীবম তাক্লিবা, মাদুবু বিশেষ্যগী বিশেষণ কৌই।

মাদুদি:—ফজবা অঙাং। অসিদা 'ফজবা' শব্দ অসিনা অঙাং অদু করম্বনো কোংদোকপদগী মসি বিশেষ্যগী বিশেষণ ওইরে।

(খ) করিগুম্বা পদনা বিশেষণগী ফীবম তাক্লিবা, মাদুবু বিশেষণগী বিশেষণ কৌই।

মাদুদি:—মহৌ য়েৌনা ফজবা ছাত্রনী। অসিদা 'ফজবা' পদ অসি ছাত্রগী বিশেষণ নি, অমসুং 'য়েৌনা' রাভা অসিনা 'ফজবা বিশেষণ পদগী ফীবম (চাংদম) খঙনবদগী মসি বিশেষণগী

রিশেষণ ওইগ্রে। মতৌ অসুম তৌনা থুমগ্রবা হৈ-নৌ; রাগ্না পূকচেন শেংবা মী অসিনচিংবা।

(গ) করিগুম্বা পদ অমনা ক্রিয়াগী কীবম তাক্লিবা, মাদুম্বু ক্রিয়াবিশেষণ ( খোওংথায় ) কৌই।

মাদুদি—রাম ক-ম্না চেন্নী। মসিদা 'ক-ম্না' ছায়বা পদ অসিনা 'চেন্নী' ক্রিয়াগী চাংদম খণ্ডনবদগী মসি ক্রিয়াবিশেষণ কৌনগ্রে। মতৌ অসুম—ছরি <u>তপ্না</u> চৎলী, ঐহাক নাদরেক্কনা লৈরী অসিনচিংবা মকমদা মথা লয়িচিংলিবা পদশিং অদু ক্রিয়া-বিশেষণ ওাক্কনী।

৩। বিশেষ্যগী বিশেষণ অসি মখন মরি থোকই—(ক) সংজ্ঞাবাচক (খ) গুণবাচক, (গ) সংখ্যাবাচক, (ঘ) সর্ব্বনাম-বিশেষণ।

(ক) থোইদোকপা মমিং, মীওই নত্রগা মকম খঙ্নবা বিশেষ্যদগী পোক্কপা বিশেষণশিং পুম্নমক অদুবু সংজ্ঞাবাচক ( মিং খঙনবা ) বিশেষণ কৌই।

মাদুদি :—<u>কৃত্তিবাসী</u> রামায়ণ; <u>কাশীরামদাসী</u> মহাভারত; <u>বৈদিক</u> যুগ; <u>মণিপুরী ( মৈতৈ )</u> লল্লোনবা, <u>খ্রীষ্টানী</u> ধর্ম্মগী রাহৈশিং অসি মথা লৈরিচিংলিবা রাতামথৈ সংজ্ঞাবাচক বিশেষণ ওাক্কনী।

(খ) থোইদোকপা মগুণ নত্রগা কীবমনচিংব খঙনবা রাতা অদুবু গুণবাচক (গুণ খঙ্নবা) বিশেষণ কৌই।

মাদুদি—অকবা অঙাং। ফজরবা নৈকোন। রাহৈ অনী অসিদা মথা লয়ি চিংলিবা রাতা অনী অসিনা মগুণ ফোংদোকপদগী মথোয় অসি গুণবাচক বিশেষণ ওইরে।

(গ) করিগুম্বা বিশেষ্যগী মশীং খঙ্বা ওম্বা পদ অদুবু সংখ্যাবাচক ( মশীং খঙ্বা ) বিশেষণ কৌই।

মাদুদি—সাধু অনী; কীহোম মংঙা; অসিদা মথা নৈয়ি চিংলিবা রাতাশিং অসি সংখ্যাবাচক বিশেষণ নী।

(ঘ) করিগুম্বা বিশেষ্যগী কীভম্নচিংবা তাক্লিবা সর্ব্বনাম অদুবু সর্ব্বনাম ( শায়োংহুৎ ) বিশেষণ কৌই।

মাদু দি—কনা মী; করি লাইরিক; ছাত্র অসি; মুশীমচা অদো। অসিদা মথা লয়ি চিংলিবা পদ মথৈ সর্ব্বনাম বিশেষণনি।

## নৈনফম

১। বিশেষণ কদায়বু কৌবগে? মথন কয় থোকপগে? খুদমগা লোয়ননা মমিং মথা ওয়' থারকউ।

২। বিশেষ্যগী বিশেষণ হায়বসি মথন কয়ানো? মথন খুদিংগী খুদম অমমমগা লোয়ননা মমিং ইরকউ।

৩। মখাদা ইরিবা পদশিং অসি করম্বনা করম্বা মথনগী বিশেষণ পদ ওইরিবা তাক্লকউ:—

বিলাতী থামেন। মার্কিন ফি। মহৈ-হৈবা মী। পঞ্চাশংকী মেঘম মঙা। করম্বা লাইরিকনো? কনাগী অহনবা মযুমনো? বসন্ত ঋতু (থা)। নামীবা মুংশিং। য়োনা মুংশিথবা অঙাং। লাইরিক্ ক-মা পাও। অথেম্পোং কজনা শেম্মু।

# সর্ব্বনাম (সায়োংহুৎ—Pronoun)

১। বিশেষ্য পদগী (মমিং পুন্নমকী) মহুত্তা শীজিন্নরিবা পদ (ৱাত্তা) কয়ামরুম অদুবু সর্ব্বনাম (শায়োংহুৎ কৌই)। শব্দ নত্রগা মমিং অমবু হন্না হন্না পল্লগা তা-বা সুংঙাইরুদবদগী সর্ব্বনাম পদ অসি চৎনরকই।

মাদুদি—যদু, মণি ১সুং করিম, শোত্থ্রবা চীংসুং অমদা শামুত্তানবা চঙ্খী; সন্ধ্যাগী মতমদা মখোয় ওন্না লন্দ্রুক্খী। জগৎপিতা ভগবান মহাকপু তত্তনা নীংসিংজগদোবনা মথক্কী ৱাহৈশিং অসিগী মনুংদা মথা লয়ি চিংলিবা ৱাত্তা মখৈ সর্ব্বনাম পদনী।

২। সর্ব্বনাম শব্দ মাত্তদি:—ঐ, নঙ, মা, মসি, মাসি আহ অদু, করি, করম, পূন্নমক, অত্তোপ্পা, নবিয়া অসিনচিংবা।

## সর্ববনাম শব্দগী রূপ *।

### ঐ শব্দ।

| বিভক্তি | একবচন | বহুবচন |
|---|---|---|
| (১বা) | ঐ, ঐনা, ঐহাকনা † | ঐখোয়, ঐখোয়না। |
| (২বা) | ঐবু, ঐহাকপু | ঐখোয়বু, ঐখোয়মন্নাপু |
| (৩বা) | ঐনা, ঐহাকনা | ঐখোয়না, ঐখোয় মন্নান্না |

* শব্দবিভক্তি লাঃ ২৫-২৬ য়েংগদোবা ওই।

† ঐহাক=ইহাক।

| বিভক্তি | একবচন | বহুবচন |
|---|---|---|
| (৪র্থা) | ঐঙোন্দা, ঐহাক্তা | ঐখোয়দা, ঐখোয় ময়ামদা |
| (৫মা) | ঐদগী, ঐঙোন্দগী ঐহাক্তগী | ঐখোয়দগী, ঐখোয় ময়ামদগী |
| (৬ষ্ঠা) | ঐগী, ঐহাক্কী | ঐখোয়গী, ঐখোয় ময়ামগী |
| (৭মা) | ঐঙোন্দা, ঐহাক্তা, ঐগীদা | ঐখোয়দা, ঐখোয় ময়ামদা ঐখোয়গীদা |

## নঙ্ শব্দ।

| | | |
|---|---|---|
| ১মা | নঙ, নং না, নহাক (১) | নখোয়, নখোয়না, নং-খোয়না |
| ২য়া | নঙবু, নং-বু, নাহাকপু | নখোয়বু, নং খোয়বু |
| ৩য়া | নঙনা, নং-না, নাহাকনা | নখোয়না, নং খোয়না |
| ৪র্থা | নঙোন্দা, নং-ওন্দা | নখোয়দা, নং-খোয়দা |
| ৫মা | নঙদগী, নঙোন্দগী নং-ওন্দগী, নাহাক্তগী | নখোয়দগী, নং-খোয়দগী |
| ৬ষ্ঠা | নঙগী, নং-গী, নাহাক্কী | নখোয়গী, নং-খোয়গী |
| ৭মা | নঙোন্দা, নং ওন্দ, নং-গীদা, নাহাক্তা | নখোয়দা, নং-খোয়দা, নখোয়গীদা |

## মা, মহাক শব্দ।

| | | |
|---|---|---|
| ১মা | মা, মানা, মহাক, মহাকনা | মখোয়, মখোয়না, মখোয়শিং |
| ২য়া | মাবু, মহাকপু | মখোয়বু মখোয়শিংবু |

---

(১) ঐহাক, নাহাক, মহাকনচিংবা শব্দ অসি একবচনতদা চৎলৈ, বহুবচন লৈতে।

| | | |
|---|---|---|
| ৩বা | মানা, মহাকনা | মখোয়না, মখোয়শিংনা |
| ৪বা | মাদা, মঙোন্দা, মহাক্তা | মখোয়দা, মখোয়শিংদা |
| ৫বা | মাদগী, মাঙোন্দগী, মহাক্তগী | মখোয়দগী, মখোয়শিংদগী |
| ৬বা | মাগী, মহাক্তী | মখোয়গী, মখোয়শিংগী |
| ৭বা | মাদা মাঙোন্দা, মহাক্তা | মখোয়শিংদা মখোয়দা |

## কনা শব্দ।

| বিভক্তি | একবচন | বহুবচন |
|---|---|---|
| ১বা | কনা, কনানা | কনা-কনা, কনা-কনানা<br>কনা-কনাশিং, কনা-কনাশিংনা |
| ২বা | কনাবু | কনা কনাবু, কনা-কনাশিংবু |
| ৩বা | কনানা | কনা-কনানা, কনা কনাশিংনা |
| ৪বা | কনাদা | কনা-কনাদা, কনা-কনাশিংদা |
| ৫বা | কনাদগী | কনা-কনাদগী, কনা কনাশিংদগী |
| ৬বা | কনাগী | কনা কনাগী, কনা-কনাশিংগী |
| ৭বা | কনাদা | কনা-কনাদা, কনা কনাশিংদা |

অসি, মসি, অদু, আসি, মাসি, করি অসিনচি'বা শব্দগী ওংদাসু, কনা' শব্দগুম রূপ তোগদোবনী।

## নৈনফম

১। সর্ব্বনাম কদায়বু কৌবগে ? সর্ব্বনাম পদ অসি চৎনবগী কাম্বকম করি নৈবা ওপায়না ইরকউ।

২। সর্ব্বনাম শব্দ মণাদং খুদম পা লোয়নবা তাক্কউ।

## পুরুষ (মীওই=Person)

১। কারককী আশ্রয়বু ( তুংনকপু ) পুরুষ (মীওই) কৌই। মসি মথন অহুম থোকই। মাহুদি—প্রথম পুরুষ, দ্বিতীয় পুরুষ অমসুং তৃতীয় নত্রগা নামপুরু *।

২। (ক) ময়াহৈ মঙুংগী 'ঐ' থঙনবা মাতা অদুবু প্রথমপুরুষ ( অহানবা মীওই ) কৌই। মাদুদি—ঐ খরব পাই, ঐখোয় হয়েং লংকৈ চৎকনী।

(খ) মাহৈ মমুংগী 'নঙ্' থঙনবা মাতা অদুবু দ্বিতীয় পুরুষ ( অনীশুবা মীওই ) কৌই। মাহুদি—নঙ হোরেন খিচড়ি চারো লাউ। নখোয় কদোইদৈ থুংলবগে?

(গ) ঐ, নঙ্, নত্তবা অতৈ মীওই থঙনবা মাতা অদুবু তৃতীয় পুরুষ ( অহুমশুবা মীওই ) কৌই। মাহুদি - অঙ্গো নোক্লুনা লৈ, হরি চেংজী। মানা হায়।

৩। অ'স নত্তবা কর্ত্তা, মহারাজ, মহাশয়, ইবুংঙো, ইবেমা, ননাই, আজ্ঞা, শর্ম্মা, সিংহ, দাস, বাবু অসিনচিংবা শব্দশিং অসিসু তৃতীয় পুরুষ নত্রগা নাম পুরুষ মমুং চল্লী।

---

## কাল ( মতম—Tense )

৪। ক্রিয়া ( থৌওংগী ) গী চঙলিবা মতমবু কাল কৌই। কাল অসি মরূওইনা মথন অহুম থোকই—মাহুদি--বর্ত্তমান

---

* মথোয় অসি সংস্কৃত ব্যাকরণদা উত্তম, মধ্যম অমসুং প্রথম পুরুষ হায়না চৎনৈ।

( ওইরিবা ) ভুত ( অতীত — ওইখ্রবা ) অমসুং ভবিষ্যৎ ( ওইরকদোবা )।

ক। করিগুম্বা ক্রিয়া (থৌওং) না তৌজিক ওইরিবা, মাদুগী মতমবু বর্ত্তমান কাল কৌই।

মাদুদি—খম্বা নোকলী, নবীন ঈশৈ শকই, ঐহাক হকচিকলাংলী। অসিদা মথা লরি চিংলিবা ক্রিয়াশিং ( থৌওংশিং ) অসি বর্ত্তমান কালদ তৌরিবা ওাক্নী।

(খ) করিগুম্বা ক্রিয়া (থৌওং) না মমাংদগী থোকখ্রবা, মাদুগী মতমবু ভূত ( অতীত ) কাল কৌই।

মাদুদি—কংখী, কংখিরম্মী ফংলম্মী। ক্রিয়াশিং (থৌওংশিং) অসি ভূতকালদা কংখ্রবা ওাক্নী।

(গ) করিগুম্বা ক্রিয়া ( থৌওং ) না মতুংদা থোক্লকদোবা, মাদুগী মতমবু ভবিষ্যৎ কাল কৌই।

মাদুদি—চানী, চারনী, চাগনী, চারগনী, ক্রিয়াশিং অসি হৌজিকমক্তি চাদরী, মতুংদা চাগদোবনী।

———

## ক্রিয়া (থৌওং – Verbs)

১। ধাতুগী মথৈদা বিভক্তি তপ্পরগা থোক্লবা পদ ( ৱাহা ) অদুবু ক্রিয়া ( থৌওং ) কৌই। মসিনা পূর্ণিং ১মুং হকচাংবু লেপ ওংহন্নী—হায়বদি তৌবা, চাবা, তাংবা, নীংবা, ৱয়বা,

চৎপা, তুম্বা, উবা, তা-বা, য়াথন থনবা অসিনচিংবা ইন্দ্রি-মথৌবু ক্রিয়া (থৌওং) কৌনৈ।

মাদুদি—চৎলে, চৎলগা, উয়ে, উয়দনা, উয়গনী, পীয়রে, চারগে।

২। ক্রিয়া অসি মরূওইনা শন্নক অনী থোকনা থায়রী। সমাপিকা (অরোইবা) অমসুং অসমাপিকা (লোইদ্রিবা) ক্রিয়া।

(ক) করিগুম্বা ক্রিয়াগী য়াহৈনা অরোইবা থঙ্‌নবা, মাদুবু সমাপিকা ক্রিয়া (অরোইবা থৌওং) কৌই।

মাদুদি— কৈজাও নোকই; নোং চুরক্লে।

(খ) করিগুম্বা ক্রিয়াগী য়াহৈনা লোইদ্রিবা, অতোপ্পা সমাপিকা ক্রিয়া অমা চঙ্‌লককম থোকপা মাদুবু অসমাপিকা ক্রিয়া (লোইদ্রিবা থৌওং) কৌই। ধাতু মমৈদা দুনা, দনা, দ্না, রগা, লগা, লগা হায়বা প্রত্যয় (মৈতপ) শিং তপছিন্নদনা অসমাপিকা ক্রিয়া শেম্নৈ। মাদুদি—হরিনু পাউ অসি তাদ্না চৎপ্রবনি; মচানা চারগা মমাগী অপেনবা ওই, ঐহাক তয়াং চৎনীংদনা চৎলুরে। মথা লয়ি চিংলিবা য়াতাখিবিক অসমাপিকা ক্রিয়া তাকনী।

৩। সমাপিকা ক্রিয়া অসি অমুকমু সকর্ম্মক অমসুং অকর্ম্মক অনীথোকনা থায়রী।

(ক) করিগুম্বা ক্রিয়াগী কর্ম্ম লৈরগা সকর্ম্মক (থৌরম চেনবা) ক্রিয়া কৌই। মাদুদি—নবীন না য়েংলী, ঐ কবোর

চায়, কবোয় ফনানা হেক্কোকখীবগে ? মথা লম্ফিচিংলিবা বাক্তামথৈ সকর্ম্ম ক্রিয়ানী।

ক্রিয়াগী কর্ম্ম লৈত্রবদি মাহুবু অকর্ম্মক (থৌরমচেন্দবা) ক্রিয়া কৌই। মহুদি—অঙাং কপ্পী, অঙ্গো নোক্নী, নোং হাংলে, স্বায় চংখ্রে। অসিদা মথা লম্ফি চিংলিবা বাক্তাথৈ অকর্ম্মক ক্রিয়ানী।

৪। সকর্ম্ম ক্রিয়াগী কর্ম্ম অনী লৈরবদি, মহুবু দ্বিকর্ম্মক (থৌরম অনীচেনবা) ক্রিয়া কৌনৈ। মাহুদি মমানা মচা, চাক ইনবিন্নী, ওঝানা ছাত্রশিংবু ব্যাকরণ তাকপিখী, বাহৈ থুদিং-মক্তা মথা লম্ফিচিংবা বাক্তা অনী অনী অহুমক কর্ম্ম (থৌরম) অনী অনীনি *।

## লৈনফম

১। ক্রিযা কদাযিবু কৌবগে অমসুং মথল কযানো ? থুদম অমমম ইরকউ।

২। সকর্ম্মক অমসুং দ্বিকর্ম্মক ক্রিযা অনী অসিগী থেন্নবা করি লৈব থুদমগা লোয়ননা তারকউ।

৩। মথাগী বাক্য বাহৈ ) শিংগী মরক্তা কয়থনা করবা মথনগী ক্রিযানো হায়রকউ।

---

* কর্ম্ম অনী অসিগী মরক্তা যী থঙ্নবা অহুবু গৌণকর্ম্ম, অদুগা থোঙ থঙ্নবা অহুবু মুখ্যকর্ম্ম কৌই। অহুনা চাক অমসুং ব্যাকরন মুখ্য-কর্ম্ম, অদুগা মচা অমসুং ছাত্রশিং গৌণকর্ম্মনি।

খুভাতোয়া তাতোনবু চাল্লী। ঐহাক চৎলগে। নমিং করি কৌবগে? ওক্তবা অঙাংনা ইবা পাবা তৌদে। তাচৌনা মনাও পশোৎপু অঙ্ক তাকপিরী।

---

## অব্যয় (শায়ওন্নবা—Indiclinables)

১। করিগুম্বা শব্দশিংগী রূপ (শাইওং) কায় অমত্তা ওন্থোকপা নাইদবা—মহৌশাগী ফীভমতদা লেপপ্রবা, মখোয় অদুবু অব্যয় (শাইওন্দবা নত্রগা শাইও'লেপ) শব্দ কৌই।

মাত্রদি— আঃ! ৬সি করাতা ওল্লাংচাংপ্রবা জুমিংনো! নাস্তিকশিংনা হিন্দু ধর্ম্ম নত্রগা খৃষ্টধর্ম্ম‌বু থাজবা লৈতে। চৈতন্য প্রভুনা দ্বৈতবাদ অমসুং অদ্বৈতবাদ মত অনিমক পরিপোষণ তৌবিখী (য়োকখৎপিখী)। রাম-গা, শ্যাম-গা পোকমিন্নবা মচন্মনাওনী। রাহৈশিং অসিদা মমেক অচৌবগী ছাপা খুৎনম মথৈ অব্যয় ডাকনী।

২। সপ্তমী (তরেৎশুবা) বিভক্তিগী অর্থদগী পোক্লকপা হৌজিক, হৌজিকয়াই, মতমলৈবখিবিক, ৬সি, হৌরেন, নোংঙাজমদায়, সুংখিন, পুন্নমক অসি অব্যয় শব্দ ডাক্তনী।

---

* হায়বদি—কারকনচিংবগী বিভক্তি, লিঙ্গ, বচন করি অমত্তা পক্লব তৌদে, ওংদা অমত্তা (চপ লেপ্পা ফিরেপ্তা) লেপচৈ।

তৌইগুবমসুং মৈতৈয়োন্দা, অয়ুক্রী, অয়ুক্তা, অয়ুক্তগী, তুংগী, মতুংদগী, হয়েংগী, অসিনচিংবা পদ (বাতা) চংনরী। মখোয় অসি করিগুবদম্ব বিশেষ্য নত্রগা বিশেষণ ওইনা চংনৈ।

৩। অব্যয় অরাম্বদি ক্রিয়া বিশেষণ ওইনা চৎনৈ। মখোয় অসি সংস্কৃত অব্যয়গী অপভ্রংশদা বাঙ্গলা অমসুং মণিপুরী ভাষাদসু চৎনরে। মাদুদি—

| সংস্কৃত | বাঙ্গলা | মণিপুরী |
|---|---|---|
| কিম কিং | কি, কোন | করি, কনা |
| কদা | কবে | কদোম্বৈ |
| কুত্র | কোথা, কোথায় | কদায়, কদায়দা |
| কদাপি | কভু, কখনও | কদোম্বুং |
| কথং | কেন, কেমন | করিগী, করমনা |
| অত্র | এথা, হেথা | অসিদা |
| তথাপি | তবু | অদুবু অদুমওইনমক |
| নঞ্‌ | না | নত্তবা-দবা |
| তত্র, তথা | সেথা, সেথানে | অদুদা |
| যথা, তথা | যেমন, তেমন | যেস, অদুম |

## কারক-প্রকরণ (কারককাণ্ডোন— Rules of Cases)

১। ক্রিয়াগা লোয়ননা সম্বন্ধ (মরী) লৈনবা য়াত্তাশিং অদুবু কারক কৌই। (১) কারক মখল তরুক থোকই। মাদুদি—কর্ত্তা, কর্ম্ম করণ, সম্প্রদান, অপাদান অমসুং অধিকরণ।

(১) সম্বন্ধ, সম্বোধন পদ অনিমক অসি ক্রিয়াগা করিত্তা মরী লৈনবদগী মখোয় অসি পদ কারক মহুং চঙনবা যাদে।

# কর্ত্তা ( থৌ-বু খঙ্নবা ) কারক

## ( Nominative case )

২। ক্রিয়া ( থৌওং ) পাং-থোক্লিবা পদ ( ৱাডা ) অদুবু কর্ত্তা কৌই (১) মাতৃদি—নোং চুরী, যুবতী জগোয় শারী, ঈশ্বর লৈ। ৱাহৈ অদুম অসিদা চুবা, শাবা, লৈবা থৌওংশিং অসি নোং, যুবতী, অমসুং ঈশ্বরনা পাং-থোকপদগী মথোয় অসি ( মমাংগী পদ অদুম্মক অসি ) কর্ত্তা কারক ওাকুনী।

৩। তৌহল্লিবা মী মহাক অদুবু হেতুকর্ত্তা কৌই। মাতৃদি—ওঝানা যাদিনীবু পাড়া তাকপিরী, মমানা মচা থোম পীথক্রী।

অসিদা, ওঝাগা মমাগা হেতুকর্ত্তা নী।

### নৈনফম

১। কারক কদায়বু কৌবগে? মথন কয়াওবা মমিং ওয়া থায়কউ।

২। কর্ত্তা অমসুং হেতুকর্ত্তা অনিমকসি করি থোক্লবগে? খুদম অদুমদং পীরকউ।

৩। মথাগী ৱাহৈশিংগী কর্ত্তা পুথোকউ :—

শ্যাম স্কুল চংখী, হরি পাড়া ওরাইরী, ওঝা থবক পারী, অচুবতা চাওবা অসু।

৪। অহাওবা মকম মেৎথিল্লকউ :-

(১) "যঃ করোতিস কর্ত্তা"—তৌরিবা মহাকপু কর্ত্তা কৌই। কর্ত্তাকারক অসিদি মহৌশানা প্রথমা বিভক্তিতদা ওইরি।

—করি—তৌরিবগে ? —কদায়—? ঐগী—য়ৌরে। —তাকপিউ? —মধুকায়রী—।

---

## কর্ম্ম ( থৌরম খঙ্নবা ) কারক

### ( Objective case )

৪। কর্ত্তানা পাংথোকপা থবক অদুবু কর্ম্মকারক কৌই। হায়বদি কর্ত্তানা তৌবা, চাবা, উবা, তাবা, খঙবা, পীবা, লাওবা, পুরকপা, পাবা, হায়বা—অসিনচিংবদগী পোক্লকপা ( লাকপা ) পোংলমশিং অদু কর্ম্মকারক নে। কর্ম্মকারকতা মহৌসা ওইনা দ্বিতীয় বিভক্তিগী 'বু' প্রত্যয় তৌগে। মাদুদি—রামনা মদুবু কুবিরে, মপুনা মচুবু লাইরিক তম্বিরী, সাধুশিংনা মতমলৈবা-থিবিত্তা ঈশ্বরবু অকাউবা নাইদে। 'বু' প্রত্যয় তাবা রাত্তামথে কর্ম্মকারক ওাকনি।

৫। করিগুম সকর্ম্মক ক্রিয়াগী কর্ম্ম অনী কাংলৈ। অমনা জীবপানবা খঙনৈ, মাদুবু গৌণকর্ম্ম অদুগা অদে অমনা পোং খঙনৈ, মাদুবুনা মুখ্যকর্ম্ম কৌনৈ। মাদুদি—ওঝানা যামিনীবু ঈশৈ তম্বী; মমানা মচাবু চাক ইনবি। রাইহ অনী অসিদা যামিনী ১সুং মচা শব্দ অনিমক অসি গৌণ ( মপুং ওইদবা ) কর্ম্ম, অদুগা ঈশৈ ১সুং চাক মুখ্য ( মপুং ওইবা ) কর্ম্মনি।

## নৈনফম

১। কর্ম্মকারক কদাইবু কৌনবা ১সুং মথন কয়া থোকপা মথিংগা কোম্নমা ইয়কউ।

২। গোণ ১সুং মুখ্যকর্ম্ম অনিমক অসি করি থ্যেন্নবা লৈবা খুদমগা লোয়ননা ইয়কউ।

৩। মথা বাহৈশিংদগী কর্ম্ম পুথোকউ :—

লাইগুরুজনবু ভক্তি তৌজো। কৗহোম থোংবা ঐদি য়ৌনা পামজৈ। লৗচখীবা মীশিং অসি কনা অমত্তনা নুংশিবিদে। অমাবশ্যা (থাশি) তিথিদা থা উবা ফংনদে। সাধুশিংনা নিতি লাই-দর্শন কায়নদে।

৪। হাঙলিবা মফম মেন্নকউ :—

—ঐনা—। য়াথং—। নাহাক—উচ্ছিত্তবা—। ঐবু—অমত্তা—। কনাবুসু—তৌরুগনু।

---

# করণ ( খুৎলাই থঙ্নফম ) কারক

## ( Instrumental case )

৬। করিগুম্বা অমগী মতেংদগী কর্ত্তানা থৌওং পাঙ্জখিবা, মাহুবু **করণকারক** কৌই। হায়বদি ক্রিয়া (থৌওং) পাঙ্থোক্লবগী কর্ত্তাগী অথোইবা পান্থে ওইরবা, মাদুগী মমিং করণ কৌনৈ। করণকারক অসিদা মহৌশাওইনা তৃতীয়া বিভক্তি 'না' 'মতেংনা' 'মপান্না' তপ্নে।

মাহুদি—<u>কলমনা</u> লাইরিক ইনৈ। <u>ইমিংমক্না</u> মাহু উরক্লবনী।

চৈচ্যতনা মচামছু ৱারকনৈ। রূপনা ফংঙখদবা করি লৈবগে? মথা লম্নিচিংবা ৱাতামথৈ করনকারক ওাক্তনি।

৭। শানবা, শূবা অসিনচিংবা ক্রিয়াগী করণকারকতা দ্বিতীয়া বিভক্তি ওইনা চৎনবা অসি চুমদবনী। মাহুদি—কৌরব পাণ্ডব চৌবর শান্নখী; মথোয় য়োং শূরী; ৱাহৈ অনী অসিদা চৌবরনা শান্নবা, য়োংনা থবক শূবা থওনৈ, য়োং—চৌবরবু শূ-শান্নবা নংহিক্তে মথোয়গী মতেংনা থোপাং থোকপদগী মথোয় অসি করণ কারকনি।

## নৈনফম

১। করণকারক কদায়বু কৌবগে? কারক অসিগী খুদম করিনো? মসিগী খুদমগা লোয়ননা ইরকউ।

২। মথাগী ৱাহৈশিংদা লৈবা করণকারক মথৈ পুথোকউ:—

মিত্তাংবশিংনা মমিৎনা উবা ফংদে। অর্জ্জুন লৈরুং-ঙেন্না লক্ষ্য ককুখী। শেন্না লৈবখিবিক পাঙথোকনৈ। খুৎলাইতনা উশূবশিংনা মথৌ পাংথোকপা ঙম্মৈ।

৩। শূন্য মফম মপুং ফাহল্লু:—

ঐথোয়না—তাবা ফংনৈ। উথায়বশিংনা—উথান্নৈ। সম্বন্ধিংবা ঙমউ। ঐথোয়না—নাপী ফান্দোকনৈ।

---

# সম্প্রদান (কণ্থোকফম খঙ্‌নবা) কারক

## (Dative case)

৮। দানগী পাত্রবু (দানয়াবা মীবু) সম্প্রদান কারক কৌই। হায়বদি করিগুম্বা পোৎ অমা দান তৌবদা, দান অহু

য়াবা মী মহাক অহুমক সম্প্রদান কারক নি। অসিদা চতুর্থি বিভক্তি ( দা ) ওইরে। মাহৃদি — লাঈরবদা শেনুথুম দান তৌনৈ। দাতাশিংনা অয়াম্বা সাধু-বৈষ্ণবশিংদা ফিরোয়চিংবা য়েনবী। মথা লৈরিচিংলিবা শব্দমথৌ সম্প্রদান নী।

৯। তৌইগুম্বসুং পীথোকদবা লৈবা নত্রগা অকি অথংদগী পীথোকপা অমসুং স্বত্ব (মশক্লাক) থাদোক্তুনা পীবা মপীথোক অহৃদি দান চিংনদে। মাহৃদি—চহিগী খাজানা রাজসরকারদা থীনৈ। ডাকুশিংদা লিকোল পীথোকপা তাগ্রে। ধোবিদা ফি পীথো। কম-নাইবা অগুবদা শেন পীজগ্রে। মথা লৈরি চিংলিবা শব্দশিং অসি সম্প্রদান ওইরমদে। মথোয় অসি মণিপুর ব্যাকরণ মতুং ইন্না গৌণকর্ম্ম নী হায়না খঙ্নগদৌবনী।

## নৈনফম

১। সম্প্রদান কারক কদায়বু কৌবা, খুদমগা লোয়ননা তশেংনা ইরকউ।

২। মথাদা ইরক্লিবা বাহৈশিংগী মরক্তা সম্প্রদান কারকনা কদায়নো অহুগা সম্প্রদান নত্তবনা কদায়নো শেংনা তাক্লকউ :—

অনংবা মীদা পৈসা-লীকোন পীনবিয়ু। ঈশিং খাজনা অসি ঈশিং লাকপদা থীনৈ। ঈশ্বরদা তুলসী পত্র মনা অমময কৎপা কাউগনু। দাতা অচৌবা নত্তনা-সাধুশিংদা সদাব্রত থাঙবা ঙময়দে।

৩। অহাংব মফম ফুঙ্জিনকউ :—

জনক নিংথৌনা — সীতা—কথোকপিথী। — লাক্লবদি - মাধুকরি - কৎথিদবা য়াদে।

———

# অপাদান ( হওরকফম খঙ্বা ) কারক
## ( Ablative case )

১০। করিগুম্বদগী করিগুম্বা পোৎ লেঙথোকপা, লওথোকপা অকিবা পোকপা, থোক্লকপা, অথিংবা অসিনচিংবা ওইরবা মাহৎ অপাদান কারক কৌই। অপাদান কারক অসিদা পঞ্চমীবিভক্তি "দগী" প্রত্যয় ওইরে। মাহৎদি—

উপাদগী উহৎ কেল্লকই। মপাম্বীদগী মহৎ রাক্লকই। সম্বীদগী সজোম চুৎনৈ। মুংশিবদগী প্রেম পোক্লকই। অসিদা মথা লৈরি চিংলিবা পদ ( রাতা ) মখৈ অপাদান কারকনি।

### নৈনফম

১। অপাদান কারক কদায়দু কৌবা অমমুং কারক অসিদা করি বিভক্তি চঙ্লবা তশগায়না ইয়কউ।

২। মখাগী বাহৈশিংগী মরক্তা নৈবা অপাদান কারক পুংথারকউ :—

সজোমদগী থী কংনৈ। চুহীদগী চিনি অঙাংবা অঙোবা তংহোক্কে। প্রেমদগী ভক্তি, ভক্তিদগী মোক্ষ পদবি কংবা ওমী। মৌলবী সাহেবকী মচানা তারকই। মীনম্বা বা ঙাঙবা দোষ চাউই।

৩। মপুং কাদবা বাহৈ মখৈ মপুং কাহল্লকউ :—

— কয়োকচবা ম্লোক অমনী। — পেড়া সানৈ। মহ্ - হওগজী। — অকিবা পোক্লকই।

---

# অধিকরণ ( ভূংনফম খঙ্নবা ) কারক

## ( Locative case )

১১। ক্রিয়া ( থৌওং ) গী ভূংনকনু অধিকরণ কারক কৌই। অধিকরণ কারক অসিদা সপ্তমী বিভক্তিগী 'তা' 'দা' প্রত্যয় ওইরৈ। মাদুদি—

নারক্ষা শা ইকৈ লৈ সুপিন্দ ভূম্বা কত্তে। চিরাপুঞ্জীদা কোমলা য়াম্না থোকই। নাওদা রাথর হায়গে (কর্মদা সপ্তমী)। ইনাকোংদা তা-হৌবনী ( করণদা সপ্তমী ) সৎপাত্রদা দান তৌগদৌবনী, ( সম্পদানদা সপ্তমী )। মথা লয়ি চিংলিবা পদ ( রাতা ) মখৈ অধিকরণ কারকনি।

১২। অধিকরণ কারক মখন অহুম থোকই—(১) কালাধিকরণ; (২) আধারাকিরণ; (৩) ভাবাধিরকণ।

(১) ক্রিয়া (থৌওং) পাওথোকপদা চঙ্লিবা মতম অদুবু কালাধিকরণ কৌই। মাদুদি—অয়ুক্তা ভুমিং থোক্লকই। ওনথিবা চহিদা শেম্লোংথী। সুংথিন ভূম্বা তমগনু। মথা লয়ি চিংলিবা রাতা মখৈ কালাধিকারণ তাকনি।

(২) ক্রিয়া ( থৌওং ) পাওথোকপদা খঙ্নবা মকম অদুবু আধারাধিকরণ কৌই। মসি অমুক মখন মমি থোকই। মাদুদি :—

(ক) সামীপ্য ( মনাক ) – হাকুম ত্রিবেণীদা (প্রয়াগতা)

কুম্ভমেলা খোকখী ( তীর্থপান্দা নত্রগা নাক্তা )। শ্রীরাধাকুণ্ডদা বাস তৌবা ( কুণ্ড মপান্দনী মঙুংদা নত্তে )।

(খ) একদেশ ( মকম অমা )— নবদ্বীপতা বল্লালদিঘী ( পৃথুকুণ্ড ) কৌবা পুখ্রী অমা লৈ ; (করিগুম্বা মকমদা)। `থাইবং লাঙ্গাওদা সুবাস চন্দ্রবসু কাওখী।

(গ) ব্যাপ্তি ( শন্দোকপা ) সংক্রুদা থুমহী চেন্না ; মশাদা অ-ক্লম চেন্না ; জগতা ঈশ্বর লৈবিরী।

(ঘ) বিষয় (হৌরম)—ঈসৈদা কাওবা ; ফাগীদা মমিং চংশ্লবদা ; শাস্ত্রবদ: মথরায় লুপশ্রবা।

১৩। ক্রিয়া ( থৌওং ) অমা পাঙথোকপদা অতোপ্পা ক্রিয়া অমা লৈবা থঙনবা, অদুবু ভাবাধিকরণ কৌই। ভাবাধিকরণদা সপ্তমী বিভক্তি ওই। মাদুদি—

ঙসি থা থোরকপদা গ্রহণ ( গচণ ) তৌগনী। ঐ লৈরিঙৈদা নং-গী অবাংপা করি লৈগদগে ? নুমিৎথোরকপদা স্নান তৌগদৌ-বনী। মথা লয়িচিংলিবা রাতামথৈ ভাবাধকিরণ (ভাবকী অধিকরণ) কারক ঙাক্তনি।

১৪। অধিকরণ পদ ( রাতা ) গী অনিরকহনবা মকমদা অহানবা শদ অহ অপাদানগী অর্থ কোংদোক্লে। মাদুদি—থোঙ থোঙদা মাধুকরী চংলী—হায়বদি থোঙ অমদগী অতোপ্পা থোঙদা। মতো অসুম ছাইক্লান ছাইক্লান্দা, কোণা কোণাদা, হিদেন হিদেন্দা, ছকান ছুকান্দা।

১৫। কৰিগুম্বা ৱাতাদা কাৰক অনী ওইৰকপ্ম থোক্লকপদি তাইনৱিবা ক্ৰিয়াগা মৰী লৈনহনগা ৱাতা অদুগী কাৰক লেপক-দৌবনী। মাদুদি—অঙাংবু পীজৰবতদা নোয়ৰকপনী। অসিদা "অঙাংবু"— 'নোয়ৰকপনী" ক্ৰিয়াগী কৰ্ত্তানী হায়ৰুদনা তাইন-ৱিবা "পীজৰবতদা" ক্ৰিয়াগী কৰ্ম্মনী হায়গদৌবনী। কৰ্ত্তাসি "মহাক" উহ্য লৈৰী (কুমলী)।

## নৈনফম

১। অধিকৰণ কাৰক কদায়বু কৌবা, অদুগা মখল কয়া থোকপা মখিং অমমুং খুদমগঃ লোয়ননা ইৰকউ।

২। মখা বাৰেংদা লৈবা অধিকৰণ কাৰক মখৈ তাক্লকউ :-

ঈশ্বিংদা ঙা লৈ। ইংখোল্লুংদা লৈ মায়া ছাকায়ৰে। মৰম ওকপা মীদা বচানীংঙোন থাজৌ। ধৰ্ম্মদা বিশ্বাস লৈবা তম্ম্।

৩। অহাঙবা মফম মেল্লকউ :-

-কোয়বা তমগনু। -নোং সেল্লী। -লৈবদো? —ঙা লৈ। শামু পোক্লবা - লৈবা মহোশানী।

---

## * সম্বন্ধ (মৰী লৈনবা) পদ

### (Possessive Case)

১৫। বিশেষ্য পদ অমগা অতোপ্পা পদ অমগা মৰী লৈনবা খঙনবা অদুবু সম্বন্ধ পদ কৌই। সম্বন্ধদা ষষ্ঠি বিভক্তি কী, গী ওইৰে। মাদুদি—

---

* ক্ৰিয়াগা মৰী থোক্লকদবনী সম্বন্ধ পদ অসি 'কাৰক' মথাং চন্নদে

বামগী মচানুপা যচগী লাইরিক। পজ্জাগী ছুটি। মথা চৈনি চিংশিগা রাতাশিং অসি সম্বন্ধদা ষষ্ঠী বিভক্তি ওইগ্রবনি?

১৬। সম্বন্ধপদ মথন্মথা য়ামগে।

(ক) কর্ত্তা সম্বন্ধ—গোপালখোয়গী চাক চাবদরী; মহাক খ্বাইগী লুনা তৌনকমনী; মসি ঐহাকী প্রার্থনা নী; ওঙ্কাগী পাড়াতাকপা লোইদরী।

(খ) কর্ম্ম সম্বন্ধ—বিদ্যাগী নৈনবদা অকবা মহয় (ফল) থোক্লে; ঈশ্বরগী লাইনিংদা অকাউবা নাইগনু!

(গ) করণ সম্বন্ধ—মুপামচা অসিগী তৌভমদকম লৈরোই; চৈচ্ছু অসিগী কাঞ্চম লাকনি। (অসিগী—অসিনা) ঈশিংগী বাংকম লৈতে; হবাওবগী ধ্বনি (ইনিন) চাউনা কাওরক্লে।

(ঘ) অপাদান সম্বন্ধ—কৈগী নত্রগা লিনগী কিকম লৈতে, ইম্ফানগী মাইল অহুম থাপ্নবা মথারোম হিয়াংথাং লাইরেম্বী থুবম লৈ, নোংগী ঈশিং লাকপা হোরে।

(ঙ) অধিকরণ সম্বন্ধ—রাইথোম্বী ভাণ্ডার, তুরেনগী ঙা, লৈবাকী মী, খরাংগী গুরা (গুয়া), মপামগী লমদম।

(চ) বিশেষণ সম্বন্ধ—মণ্ডপগী হীদাক, নম্বর তুরগী দুকান, মভা-ভরাগী মকোক, খোগী বরি (বল্কি), অসংবা মচুগী খরো, অসুবা মিংদাগী মী লৈতে, দুংশিগী তেন, অয়াবগী ঙৈক্লাক

১৭। অসি নত্তবা অতোপ অতোপ্পা মথনগী সম্বন্ধ লৈরী।

(ক) অঙ্গ-সম্বন্ধ—(হকচাংগী মরী)—কৈগী মন্না, খাগী

মউন, রামগী নাকোং, উপানগী মছা, মশাগী পোৎলোই ( ফিজেৎ )।

(খ) জনক-সম্বন্ধ - (পোক্লকপগী মরী) - দশরথকী মচানুপা রামগী মনাও, লফুগী মহয় ( লকোয় )।

(গ) উপাদান সম্বন্ধ (মচাকী মরী)— সণাগী লীক, য়েন্দুগী কলম, তুলসীগী বক্তি

(ঘ) ব্যাপ্তি সম্বন্ধ ( শন্দোকপগী মরী )— তরানিগী ছুটি, থা অহুমগী তলব, থা তরুকী মিয়াদ, কুমগী ঈনৌ।

(ঙ) যোগ্যতা-সম্বন্ধ ( মতিক চাবগী মরী ) — থকনবগী ঈশিং, স্নানগী মতম, পণ্ডিতকী মথৌ, চানবগী পোৎ, প্রাইজগী লাইব্রিক, ভক্তগী মরূপ।

(চ) নিমিত্ত-সম্বন্ধ ( মরমগী মরী ) জপকী মালা, তুবগী পূজা, লীকী সণা, শেনগী রাখ', মউবাগী চিন্ত।

(ছ) গতি-সম্বন্ধ ( লেঙ্ওৎপগী মরী )— কলগী জাহাজ, ইরোইগী কাংপোৎ, হাওরাগাড়ীগী ডাক।

(জ) অভেদ সম্বন্ধ ( খ্যেমবগী মরী ) — বিদ্যাগী মতান, দুংখিনগী তাজা, অথাবগী ঈচেন।

(ঝ) কার্য্যকারণ-সম্বন্ধ (থোদোগী মরী)—তুমিৎকী মৈ-শা, থাগী মতান, গ্যাসকী মৈ-তান, সিত্তাগী মৈ চাক।

(ঞ) স্বামিত্ব সম্বন্ধ ( মপুথোক্তী মরী ) —বৃটিশকী রাজ্য, সাহেবকী দুকান, তেলিগী পটি ( পাড়া ), ঐগী য়ুম-ইযুব।

১৮। -পা, -বা, -লুবা প্রত্যয়দগী পোক্লকপা অসমাপিকা

ক্রিয়াগী বিশেষ্য ওইনা চংনবা বদি, মাদু য়াওবদগী। সম্বন্ধপদতা 'পু' 'বু' নত্রগা 'গী' বিভক্তি ওইরৈ (বিকল্পদা) *। মাদুদি— ভগবানগী নামকীর্ত্তন মী থাইমক (পুম্নমকী) তৌগদবা মণিপনে; ঐবু (নত্রগা ঐগী) বিষ্ণুপুর চংপা তারকই; অদুবু (-গী) লওবায় কুপ্লবা থোকই।

১৯। সম্বন্ধ-বিবক্ষা (হায়নীংবা মরী) দা 'কী' 'গী' বিভক্তি লাকই। মাদুদি—ওয়াগা অসুম তৌনবা তাকপিরম্মে, 'মাদুগী' চিংনকম লৈতে; শুগাশিংনি তৌগমদবা লৈতে, 'মাদুগী' হায়নকম থোক্তে। মাদুগী—মরম অদুদা।

২০। চাংদম, মনাক, দমক, মরম ১সুং মায়গৈ থওনবা অর্থগী অব্যয়শব্দ তিপ্লবদা 'কী' 'গী' বিভক্তি ওইরৈ মাদুদি— থৌরাংগী মরুপ (মায়বা চাংদম), লাইগুরুগী নাক্তা কথা তম্মু, ঐগীদমক রাবিগনু, মথুরাগী অরাংদা বৃন্দাবন থাননা চাপ্পোইরী।

২১। দগী বুদি, মরম, মকম, মথক, মথা অসিনচিংবা অব্যয় লৈরবদি 'গী' বিভক্তি লাকই। মাচদি—মাগীদগী ঐগী য়ুমা নকই, ঐবুদি মাগী চহিনা নাহানী, লাই-গুরুগী মকমদা ভক্তি তৌজো, শুগাশিংগী মথক মথা থওব লৈতে।

২২। কয়ি করিগুম্বা মকমদসু 'গী', 'কী' বিভক্তি লুপকী। মাদুদি—য়োনা সুংঙাইবা (সুংঙাইবগী) নরমনা মীগী অন্তঃ-অনং উথিজ্রে। অশাউবদগী (অশাউবগী মরমনা) তোনী থক্সি থাদি নাইথিজ্রে। মকোক ঙাওবনা হিপ্লিবনী।

* বিকল্পদা—অমুকসু ওইবা অমুকসু ওইদনা।

## নৈনফম

(১) সম্বন্ধ পদ কদাইবু কৌবা অমস্তুং চাউরাকপা মখল কয়ানো? মখোয়গী মমিং-মখা ওয়ে থারকউ।

(২) কয়ি করম্বা মখলগী সম্বন্ধপদনো তাক্লকউ:—

মহাত্মা গান্ধি জগৎকী ফাওবা মহাপুরুষ অমনী; সুবাসচন্দ্রবসু ভারতকী অথৌবা সেনাপতি (লাঞ্চিংলেন) অমনী; ধ্রুব ভগবানগী লাইনীংদী পুস্থী (তাইবং) ফাওখী; অনীগুবা লাঞ্চাওগী মপান্না স্বাধীনতা ফাওরকপী; কূমসি ঈচাউগী কিনফম থোইদোকপা লৈতে; বিদেশীগী পোৎ থুংলরে; থুরকী মী; নুংশিবগী খোন; অহাও অথুমগী অচাপোৎ; ঘী-সঙোমগী ককচাং; থরুবগী ঈশিং।

# সম্বোধন (কৌবঙ্ঙবা) পদ

## (Vocative Case)

১৩। কনাগুম্বা অমবু কৌনবা খঙনবা, মাহুবু সম্বোধণ পদ কৌই। মাহুদি—হা গৌরাঙ্গ, হো চাউবা, সভাপতি ইবুঙো, হাই চণ্ডাল, হে ভদ্র সমাজ, ও ইবুঙোহন অসিনচিংবা।

১৭। সম্বোধন পদগী মমাংদা অয়াম্বা মকমদা—হা, হে, হো, ও, নে, হা নে, হোনে, বুনে, হাই, অচাঃ তারবরা, অসিন-চিংবা অব্যয় অমম্মম শীজিন্নৈ। অহুগা ক্রিয়া মতুংদা ও, লো, য়ো, নে, কো, গবা, হৈঃ অব্যয় অমম্মমস্ত হাপ্পে। মাহুদি—হা গোবিন্দ! চানবিউগবা। হো অতো লাক্লোগবা।

২৫। কয়ি করিগুম্বা মফমদা সম্বোধন পদ লুপখিদনা,

সম্বোধন খঙনবা অব্যয় শব্দমক্তা কৈরৈ। মাদুদি—হে, কদায় চংলিবনো? হোনে, অদুক ঙাইখোনো। তায়ব, অদুক হওগংলো।

২৬। করিগুম্বা মকমদসু অব্যয় শব্দ অসি অনি-অনিরক হয়া শীজিন্নৈ। মাদুদি—হায় হায় থীপুক! অসুম্বা খোন থাগনু। হৈঁ হৈঁ নাহেবা তমগনু। হো হো লাউগনু। হোঃ হোঃ হোংনবা তমগদবনী। মতৌ অসুম অর অর, ওয়ে, খর খর হোংনবা অসিনচিংবা। কনা অমনা মখোয় অসি ক্রিয়া বিশেষণ হায়না পূনৈ।

২৭। সংস্কৃত ব্যাকরণ মতুংইন্না পদগী মথৈথংবা আ, ই, ঈ, উ, ঊ ১সুং ঋকার অসিনা সম্বোধনদা মথংশিংনা এ, ই, উ, ও ১সুং ঃ ওইরৈ। মাদুদি—

দুর্গা—দুর্গে. হরি হরে, গুরু—গুরো, মাতৃ—মাতঃ সখা—সখে (পুং), সখী—সখি (স্ত্রী), বধু—বধু (মমৌনুপী) অসিনচিংবা।

## নৈনফম

(১) সম্বোধন পদ কদায়দু কৌবগে? সম্বোধনগী মমাংদা করি করম্বা অব্যয়শিং শীজিন্নবা, মাদুগী খুদম যরি মচাদং ইরকউ।

(২) মখাগী শব্দশিং অসিগী শাথৈনা সম্বোধন পদগী মাথেং মতেক খননা ইরকউ:-

রাধে, বন্ধো, প্রাণপ্রিয়ে, হে, হে, অচাঃ, গবা, বে, অসিনচিংবা।

# কাল বিভাগ * ।

## ( কাল মথন = Classes of Tenses )

১। কাল অসি পুরুষ মতুংইন্না কুপথনা খাইরকইবা মতম অমত্তু কাল-বিভাগ ( কাল মথন ) কৌই। মসি চাউরাকপা মথন মরি খোল্লা খাইরী।

মাংদি—(ক) বর্ত্তমান, (খ) অতীত (ভূত), (গ) ভবিষ্যৎ ১মুং (ঘ) অনুজ্ঞা ক্রিয়া প্রয়োগ।

### (ক) বর্ত্তমান কালবিভাগ।

### ( ওইরিবা কাল মথন = Classes of Present Tense )

১। বর্ত্তমান কালবিভাগ অসি অমুক মরি খোল্লা খাইরী। মাছুদি—

(১) নিত্যবৃত্ত, (২) অসমপন্ন, (৩) পুরাঘটিত, ১মুং (৪) অনুজ্ঞা।

---

* কালবিভাগ অসি, সংস্কৃত ব্যাকরণগী অনুকরণ ( মতৌ ) ওইনা বাংলা ব্যাকরণদা সংজ্ঞা (মমিং) কয়ামরুম শীজিন্নরী। মাছুদি—নিত্যবৃত্ত, অদ্যতন, অনদ্যতন, পরোক্ষা, ভূতসামিপ্য, বর্ত্তমানসামিপ্য অসিনচিংবা। তৌইগুবমুং— সংজ্ঞাশিং অসিনা বাংলা ক্রিয়াগী কালভেদকা চপচানমা খোল্লদে। মরম অসিদগী বাংলা ব্যাকরণদা অনৌবা সংজ্ঞা শেমদোকপা তাখী। বাংলা ১মুং মণিপুর ক্রিয়াগী কালভেদ অসি অয়াম্বা শরুকা ইংরেজীগা চুননা খোল্লে। ( চন্দ্রিকা অভিধান লা° ৫৮৯ কান্ন য়েংবিনি মদোবা ওই )।

(১) হৌজিক্কী তৌরবা, থোক্লবা থৌওং অদুগী মতমবু নিত্য বৃত্ত বর্ত্তমান কাল ( Present Indefinite ) কৌই। 'ঐ চায়' হায়রিবা অসিদা 'চাব' থৌওং গী চঙলরিবা মতম অসি হৌজিক্কী, মমাংথাদা, অমদি মতুংদা থোকপা য়াই।

মাহুদি—নোং তাই, অনাবনা মী শি, মাইল অনী থাপ্লে, ঐনা য়েংই, লাক্লিবা অসি চাউবনি।

মতৌ অসুম শক্লিক চায়, পাড়া পাই, ঐথোয় থঙনৈ। হায়রিশিং অসিদা য়াওরিবা চা ধাতু+য়্=চায়্, পা ধাতু+ই= পাই, 'থঙ্ ধাতু+নৈ=থঙনৈ।

মরম অসিনা 'য়্' 'ই', 'নৈ' অসি নিত্যবৃত্ত বর্ত্তমান কালগী ক্রিয়া বিভক্তিনি।

(২) হৌজিক্কা থোক্ল-ওইররিবা, লোইত্রিবা থঙনবা থৌওং অদুগী মতম অদুবু অসমপন্ন বা ঘটমান ( পাঙথোকত্রিবা নত্রগা ( থোক্লরিবা ) বর্ত্তমান কাল—Present Progressive ) কৌই। মাহুদি—'ঐ তুম্লী' হায়রি অসিদা তুম্বা থৌরম পাঙথোকপা লোইত্রি, হৌজিক কাওনা তুমদন নৈলরি থঙনৈ।,

মতৌ অসুম ঈশিং থক্লি, জগোয় শারি, তুংশা শারি, হায়রিশিং অসিদা থক্ ধাতু+লি=থক্লি, সা ধাতু+রি=শারি, শা ধাতু+ রি=শারি।

মরম অসিদগী থঙ্বা ওয়েদে 'লি', 'রি', অসি অসমপন্ন বর্ত্তমান কালগী ক্রিয়া বিভক্তিনি।

(৩) হৌজিক্তা মপূং ফানা লোইবা থঙনবা থৌওং অদুগী কালদু পুরাঘটিত (মপূংফারবা) বর্তমান কাল (Present Perfect) কৌই।

'চাক চারে' হায়রদা চাবা থৌরম পাঙথোক্লে, চাদবা লৈত্রে থঙনৈ।

মতৌ অসুম থক্ ধাতু+লে=থক্লে, তৌ ধাতু+রে=তৌরে, সক্ ধাতু+য়ে=সকয়ে।

মরম অসিনা 'লে', 'রে', 'য়ে' অসি পুরাঘটিত বর্তমান কালগী ক্রিয়া বিভক্তিনি।

(৪) বর্তমান কালদা য়াথং পীবা, হায়জবা থঙনবা ক্রিয়া অদুবু বর্তমান অনুজ্ঞা (Present Imperative) কৌই। মাতদি—'ক্ষীর চাও' হায়রদা চাবা থৌরম পাঙথোকয়বা য়াথং পীবা থঙনৈ।

মতৌ অসুম থক্ ধাতু+উ=থকউ, চা ধাতু+সি=চাসি, পী ধাতু+য়ু=পীয়ু, তা ধাতু+নৌ=তানৌ, থি ধাতু+জৌ=থিজৌ, য়েং ধাতু+সনু=য়েংসনু।

মরম অসিনা 'সি', 'উ', 'য়ু', 'নৌ', 'জৌ', সনু, মথোর অসি বর্তমান অনুজ্ঞা কালগী ক্রিয়া বিভক্তিনি।

## (খ) অতীত (ভূত) কালবিভাগ।

### (ওইখ্রবা কাল মথন—Classes of Past Tense)

৩। অতীত কালবিভাক অসিমু মখল মরি থোক্না খাইরী।

মাহুদি—

(১) সাধারণ, (২) নিত্যবৃত্ত, (৩) অসমপন্ন নত্রগা ঘটমান, (৪) পুরাঘটিত।

(১) হৌজিক্তা ওইখ্রিবা থৌওং অদুগী মতমবু সাধারণ অতীত কাল (Past Indefinite) কৌই। মাহুদি—'বাখপাডি চাখি' হায়বে অসিদা 'চাবা' থৌরম অসি হৌজিক্তা পাডথোকখী।

মতৌ অসুম চং ধাতু + খি = চংখি, হায় ধাতু + খি = হায়খি। মরম অসিনা 'খি' অসি সাধারণ অতীত কালগী ক্রিয়া বিভক্তিনি।

২) মমাংথাদা থোকপ্রবা থৌওং অদুগী কালবু নিত্যবৃত্ত অতীত ( Past habitual ) কৌই। মাহুদি—'তৌরমগদৌবনী' হায়বে অসিদা 'তৌগদবা' থৌরম অদু মমাংথাদা থোকখ্রে।

মতৌ অসুম চা ধাতু + রমগদৌবনী = চারমগদৌবনি, কং ধাতু + লমগদৌবনি = কংলমগদৌবনি। মরম অসিনা 'রমগদৌবনী', 'লমগদৌবনী' হায়বসি নিত্যবৃত্ত অতীত কালগী ক্রিয়া বিভক্তিনি।

(৩) করিগুম্বা থবক অমা মমাংথাদা তৌখিরম্মি তৌই ওথবুং মতম অদুদা অরোইবা নাইথিদে, মাদুগী কাল অদুবু অসমপন্ন নত্রগা ঘটমান (পাডথোকখিদ্রিবা নত্রগা থোকখিদ্রিবা) অতীত কাল ( Past Progressive ) কৌই। মাহুদি—'হু চাখিরম্মি' হায়বে অসিদা 'চাখিরম্বা' থৌরম অদু মতম অদুদা অরোইবা নৈখিদে।

মতৌ অসুম চা ধাতু + রমখি – চারমখি, চা ধাতু + রম্মি – চারম্মি, চৎ ধাতু + খিরম্মি – চৎখিরম্মি, চৎ ধাতু + লমখি – চৎলমখি, চৎ ধাতু + লম্মি – চৎলম্মি, অসিনচিংবা।

মরম অসিনা রম্মি, লম্মি, খিরম্মি, রমখি, লমখি অসিনচিংবা অসি অসমপর অতীত কালগী ক্রিয়া বিভক্তিনি।

(৬) কম্নিগুম্বা থবক অমা মতম কুইশ্রবদা থোকশ্রবা অদুগা মাদুগী মহুমত্তু :হৌক্তিক কাওবদা লৈখিজরবা, থোওং অদুগী মতমবু পুরাঘটিত অতীত (মপুংকানা থোকশ্রবা) কাল (Past Perfect) কোই। মাদুদি—

'পাক্তা পাশ্রে' হাইদে অসিদা 'পাবা' থৌরম অসি পুম্নোই-লোইশ্রে।

মতৌ অসুম কৌ ধাতু + শ্রে – কৌশ্রে, তৌ ধাতু – শ্রে – তৌশ্রে, লোই ধাতু + শ্রে – লোইশ্রে, কক ধাতু + শ্রে – ককশ্রে। মরম অসিনা 'শ্রে' অসি পুরঘটিত (মপুং কাশ্রবা) অতীত কালগী ক্রিয়া বিভক্তিনি।

## (গ) ভবিষ্যৎ কাল বিভাগ।

## ( ভইরকদোবা কাল মথন – Classes of Future Tense )

(৪) ভবিষ্যৎ কাল অসি মথন অনী থোকই। মাদুদি—(১) সাধারণ ভবিষ্যৎ, (২) অচুম্বা ভবিষ্যৎ। (৩) মচুংবা থোক্নগদোবা থোওং অদুগী মতম্বু সাধারণ ভবিষ্যৎ কাল (Future Simple Tense) কোই মাদুদি –

'ঐ চা-নী নত্রগা চাগনী' হায়দা অসিদা 'চাবা' থৌরম অসি হৌজিক চাদরী, মতুংদা চাগদৌরী।

মতৌ অসুম 'ঐ' চংলনি নত্রগা চংকনি হায়দা অসিদা চং ধাতু + লনি = চংলনি নত্রগা চং ধাতু + কনি = চংকনি, থক্ ধাতু + কনি = থকনি, পা ধাতু + গনি = পাগনি।

মরম অসিনা 'নি (নী)' 'কনি', 'গনি', 'লনি', 'রনি' অসিন-চিংবা অসি সাধারণ ভবিষ্যৎ কালগী ক্রিয়া বিভক্তিনি।

(২) ভবিষ্যৎ কালদা হাথং পীবা থওনবা ক্রিয়া অদুবু অনুজ্ঞা ভবিষ্যৎ (Future Imperative) কৌই। হায়দি—চাররো, চাথরো, চংলরো, চংলসি, অসিনা 'চাবা', 'চংপা', থৌওং অসি মতুংদা পাঙ্থোক্লবা হাথং পীবা থওনৈ।

মতৌ অসুম লেঙ্ ধাতু + থরো = লেংথরো, চা ধাতু + রসি = চারসি, তুম্ ধাতু + লরো = তুম্লরো, চং ধাতু + সহ্ = চংসহ্।

মরম অসিনা 'থরো', 'রসি', 'লসি' 'ররো', 'লরো', 'সহ্' অসিনচিংবা অসি অনুজ্ঞা-ভবিষ্যৎ কালগী ক্রিয়া বিভক্তিনি *।

---

* অনুজ্ঞা-ভবিষ্যৎ সমুং বর্তমান কাল অনিমক্তা নকুমার্থ (মুলা তৌবা অর্থ) দা ধাতুমতুং পি, বি, প্রত্যয় লাকই। হায়দি—চা ধাতু + বি + থরো = চাবিথরো, থক্ ধাতু + পি + রসি = থকপিরসি, পা ধাতু + বি + রসি = পাবিরসি, তৌ ধাতু + বি + সহ্ = তৌবিসহ্। অমুগা নাঙ্নার্থ (অখেন্না অর্থ) দা ক্রিয়া বিভক্তি মতুংদা 'গবা' শব্দ লাকই। হায়দি—চা ধাতু + বি + রো + গবা = চাবিরোগবা, চং ধাতু + পি + থরো + গবা = চংপিথরোগবা অসিনচিংবা।

## (ঘ) অনুজ্ঞা ক্রিয়া প্রয়োগ (মশীজিন্না)

৫। অনুজ্ঞা ক্রিয়া অসি (১) আদেশ, (২) অনুরোধ, (৩) উপদেশ, (৪) আশীর্ব্বাদ অমসুং (৫) প্রার্থনা অর্থদা শীজিন্নৈ। অসুগ' প্রথম অমসুং দ্বিতীয় পুরুষকী বর্ত্তমান অমসুং ভবিষ্যৎ কালতদা চৎনৈ। অতীত কালগী ক্রিয়াদদি চৎনদে। মাসুদি—

(১) আদেশ (য়াথং)—অসিদগী থুনা চৎল্লো।

(২) অনুরোধ (হায়জবা)—লেংবিরকও, ঙাইদনা লৈজরী। শড়ক্তা হাওরা চামিন্নরুসি।

(৩ উপদেশ (পাউতাক)—গুরুজনগী ময়াথং হিক্তোকপা তৌগনু। যত্ন তৌ রত্ন ফংগনি।

(৪) আশীর্ব্বাদ(য়াইফনবগী বয়)—নখোয় ঙন্না মঙ্গল ওইজরো। মহাক মতম কুইনা পুন্সিবা ওইসনু।

৫) প্রার্থনা (লৈসি-লৈথোন)—হে ভগবান! ননাই তোজববু য়োকপিয়ু অমসুং কনবিয়ু। ননাইবু চানবিয়ু।

৬। (কাল মথলগী ফিদম=Moden of different Tenses)

(১) নিত্যবৃত্ত বর্ত্তমান, Present habitual, তৌই does,

(২) অসমপন্ন নত্রগা ঘটমান বর্ত্তমান, } Present progressive, তৌরী is doing

---

* শ্রীযুৎ রাজশেখর বসুগী 'চলন্তিকা' অভিধানগী পরিশিষ্ট য়েংবিগদৌবা ওই।

(৩) পুরাঘটিত বর্ত্তমান, Present perfect, তৌরে, has done.

(৪) অনুজ্ঞা বর্ত্তমান, Pressent imperative তৌ, তৌথোকও do

(৫) সাধারণ অতীত Past indefinite তৌবী did.

(৬) নিত্যবৃত্ত অতীত, Past habitual তৌরমগদৌবনী used to do.

(৭) অসম্পন্ন নত্রগা ঘটমান অতীত } Past Progressive { তৌরম্মী, তৌরমখী, তৌখিরম্মী } was or weredoing

(৮) পুরাঘটিত অতীত, Past Perfect { তৌখরে, তৌরে, তৌথোকরে } had aone

(৯) সাধারণ ভবিষ্যৎ, Future simple { তৌনি, তৌগনী, তৌরনী } shall or will do

(১০) অনুজ্ঞা ভবিষ্যৎ, Future Imperative { তৌরো, তৌগদবনী } shall do

## ক্রিয়াবিভক্তির আকৃতি (মওং-মতৌ)।

| | | প্রথম পুরুষ | দ্বিতীয় | তৃতীয় পুরুষ |
|---|---|---|---|---|
| বর্ত্তমান | নিত্যবৃত্ত | (১) ই, র | পুরুষ অহম্মক্পা | |
| | অসম্পন্ন | (২) লি, রি, রী, রকই | | |
| | পুরাঘটিত | (৩) লে, রে, রকরে | | |
| | অনুজ্ঞা * | (৪) সি, উ, ও, রো, লো, জো, চৌ, য়ু | সনু, চসনু, জসনু | |

* সম্ভবার্থ (ইকাইখুম্নবা) দা ধাতু মতুংদা পি, বি, প্রত্যয় শীজিনৈ। মাহুদি — থক্‌পিউ, হাবিয়ু, চেপ্পিউ, কা-নবিয়ু অসিনচিংবা।

প্রথম পুরুষ দ্বিতীয় পুরুষ তৃতীয় পুরুষ

অতীত
- সাধারণ (৫) খি, খী
- নিত্যবৃত্ত (৬) রমগদোবনি (নী)
  রমগদোবনি (নী)
- অসমপন্ন (৭) রম্মি (ম্মী)
  রমখি (খী)
  খিরম্মি (ম্মী)
- পুরাঘটিত (৮) রমখ্রে, থোকখ্রে

} পুরুষ অহম্মক্তা

ভবিষৎ
- সাধারণ (৯) নি (নী), কনি
  রনি, লনি ; ররো, লরো
- অনুজ্ঞা (১০) রসি, লসি ; রুরো, লুরো
  চরো, জরো.

} 'হ রসহু, 'হ লসহু
জরসহু

## ধাতুরূপ = Conjugation.

## সমাপিকা ক্রিয়া-বিভক্তি।

## ওই (ওইবা) ধাতু

### বর্ত্তমান কাল

১মা পুঃ
২মা পুঃ = ওই (বচন অনিমক্তা) নিত্যবৃত্ত।
৩মা পুঃ

১মা পুঃ
২মা পুঃ = ওইরি ('হ 'হ) সম্পন্ন।
৩মা পুঃ

১মা পুঃ
২মা পুঃ = ওইরে ('হ 'হ) পুরাঘটিত।
৩মা পুঃ

১মা পুঃ ওইসি (বহুবচনদা)
২মা পুঃ ওইয়ু, ওইজো (বচন অনিমক্তা) | অনুজ্ঞা।
৩মা পুঃ ওইসনু, ওইজসনু ('হ 'হ)

## অতীত কাল

১বা পুঃ<br>২বা পুঃ<br>৩বা পুঃ   = ওইখি ( বচন অনিমক্তা ) সাধারণ।

১বা পুঃ<br>২বা পুঃ<br>৩বা ”  } — ওইরমগদৌবনি ( বচন অনিমক্তা ) নিত্যবৃত্ত।

১বা পুঃ<br>২বা পুঃ<br>৩বা পুঃ } — { ওইরম্মী<br>ওইরমখি<br>ওইখিরম্মি<br>ওইশ্রম্মি } ( ’হু ’হু ) অসম্পূর্ন

১বা পুঃ<br>২বা পুঃ<br>৩বা পুঃ } — ওইখরে, ওইখ্রে ( ’হু ’হু ) পুরাঘটিত।

## ভবিষ্যৎ কাল

১বা পুঃ<br>২বা পুঃ<br>৩বা পুঃ   { ওইগনি<br>ওইগনি<br>ওইরনি<br>ওইরকনি } ( বচন অনিমক্তা ) সাধারণ

১বা পুঃ ওইরসি, ওইশ্রসি ( বহুবচনদা )<br>২বা পুঃ ওইরো, ওইজরো, ( বচন অনিমক্তা )<br>৩বা পুঃ ওইরসন্থু, ওইজরসন্থু ( ’হু ’হু } অনুজ্ঞা

## চা (চাবা) ধাতু।

### বর্ত্তমান কাল।

১মা পুঃ ⎫<br>
২মা পুঃ ⎬ চায়্ (বচন অনিমক্তা) নিত্যবৃত্ত।<br>
৩মা পুঃ ⎭

১মা পুঃ ⎫<br>
২মা পুঃ ⎬ চা–রি ('হ 'হ) অসম্পন্ন।<br>
৩মা পুঃ ⎭

১মা পুঃ ⎫<br>
২মা পুঃ ⎬ চা-য়ে ('হ 'হ) পুরাঘটিত<br>
২মা পুঃ ⎭

১মা পুঃ চাসি (বহুবচনদ) ⎫<br>
২মা পুঃ চাও চাজৌ (বচন অনিমক্তা) ⎬ অনুজ্ঞা।<br>
৩মা পুঃ চাসহু, চাজসহু ('হ 'হ) ⎭

### অতীত কাল।

১মা পুঃ ⎫<br>
২মা পুঃ ⎬ চাখি [বচন অনিমক্তা] সাধারণ।<br>
৩মা পুঃ ⎭

১মা পুঃ ⎫<br>
২মা পুঃ ⎬ চারমগদৌবনি ['হ 'হ] নিত্যবৃত্ত।<br>
৩মা পুঃ ⎭

১মা পুঃ ⎫ ⎧ চারম্মি<br>
২মা পুঃ ⎬ – ⎨ চা-রমখি ⎬ (বচন অনিমক্তা) অসম্পন্ন<br>
৩মা পুঃ ⎭ ⎪ চা-খিরম্মি<br>
⎩ চাগ্র ম্মি

১বা পুঃ }
২বা পুঃ } চা-খরে, চাখে (বচন অনিমক্তা) পুরাঘটিত।
৩বা পুঃ }

## ভবিষ্যৎ কাল।

| | | |
|---|---|---|
| ১বা<br>২বা<br>৩বা | — চা-নি<br>চা-গনি<br>চা-রনি<br>চা-রগনি<br>চা-রকনি | (বচন অনিমক্তা) সাধারণ। |

১বা পুঃ চা-রসি, চা ধ্রসি (বহুবচন্দা) }
২বা পুঃ চা-রো, চাধো, চা-জগ্রে, (বচন অনিমক্তা) } অনুজ্ঞা।
৩বা পুঃ চা-রসনু, চা-জগ্রসনু, চা-ধ্রসনু ('হু 'হু) }

মথক্তা উৎলিবা ধাতুরূপকী ফিদম মতুংইন্না অতোপ অতোপ্পা ধাতুরূপ ঈরায় লায়না তৌবা য়াই।

## হৌ হৌবা ধাতু

### বর্ত্তমান কাল।

১বা পুঃ }
২বা পুঃ } হৌই (বচন অনিমক্তা) নিত্যবৃত্ত।
৩বা পুঃ }

১বা পুঃ }
২বা পুঃ } হৌরি ('হু 'হু) অসম্পন্ন।
৩বা পুঃ }

১বা পুঃ }
২বা পুঃ } হৌরি ('হু 'হু) পুরাঘটিত।
৩বা পুঃ }

১মা পুঃ হৌ'স ( বহুবচনদা )
২য়া পুঃ হৌও, হৌজৌ ( বচন অনিয়ঙ্কা )
৩য়া পুঃ হৌসদু, হৌজসদু ( 'হু 'হু ) } অনুজ্ঞা।

## অতীত কাল

১মা পুঃ
২য়া পুঃ
৩য়া পুঃ } হৌখি ( বচন অনিয়ঙ্কা ) সাধারণ।

১মা
২য়া
৩য়া হৌরমগদৌনি ( 'হু 'হু ) নিত্যবৃত্ত।

১মা পুঃ
২য়া পুঃ
৩য়া পুঃ } = { হৌরম্মী
হৌরমখি
হৌখিরম্মি
হৌরম্মি } ( 'হু 'হু ) অসম্পন্ন।

১মা পুঃ
২য়া পুঃ
৩য়া পুঃ } হৌথরে, হৌব্রে ( 'হু 'হু ) পুরাঘটিত।

## ভবিষ্যৎ কাল।

১মা পুঃ
২য়া পুঃ
৩য়া পুঃ } = হৌনি
হৌরনি
হৌগনি
হৌরগনি
হৌরকনি ( বচন অনিয়ঙ্কা ) সাধারণ।

১মা পুঃ হৌরসি, হৌঞ্জলি হৌগৎলসি ( বহুবচন্দা ) }
২য়া পুঃ হৌরে, হৌঞ্জো, হৌজঞ্জো ( বচন অনিমক্তা ) } অনুজ্ঞা ।
৩য়া পুঃ হৌরসনু হৌঞ্জসনু, হৌজঞ্জসনু ( 'হু 'হু ) }

## হও ( হওবা ) ধাতু।

### বর্ত্তমান কাল।

১মা পুঃ
২য়া পুঃ } হওই বচন অনিমক্তা নিত্যবৃত্ত
৩য়া পুঃ

১মা পুঃ
২য়া পুঃ | হওরি ( 'হু 'হু ) অসম্পন্ন।
৩য়া পুঃ

১মা পুঃ
২য়া পুঃ | হওরে ( 'হু 'হু ) পুরাঘটিত।
৩য়া পুঃ

১মা পুঃ হওসি, হওগৎসি ( বহুবচন্দা )
২য়া পুঃ হও, হওজো, ( বচন অনিমক্তা ) অনুজ্ঞা
৩য়া পুঃ হওসনু, হওজসনু ( 'হু 'হু )

### অতীত কাল।

১মা পুঃ
২য়া পুঃ | হওখি ( বচন অনিমক্তা ) সাধারণ
৩য়া পুঃ

১বা পুঃ
২বা পুঃ
৩বা পুঃ } হওরমগদৌবনি ( 'হু হু' ) নিত্যবৃত্ত।

১বা পুঃ
২বা পুঃ
৩বা পুঃ } = { হওরম্মী / হওরমখি / হওখিরম্মি / হওরম্মি } ( 'হু 'হু ) অসম্পন্ন।

১বা পুঃ
২বা পুঃ
৩বা পুঃ } হৌখরে, হৌরে ( 'হু 'হু ) পুরাঘটিত।

## ভবিষ্যৎ কাল।

১বা পুঃ
২বা পুঃ
৩বা পুঃ } = | হওনি / হওরনি / হওগনি / হওরগনি / হওরকনি | ( বচন অনিমক্তা ) সাধারণ।

১বা পুঃ হও'স ( বহুবচনদা )
২বা পুঃ হওসি, হওজৌ ( বচন অনিমক্তা )
৩বা পুঃ হওসনু, হওজসনু ( 'হু 'হু ) } অনুজ্ঞা।

কল, লও, থও, অসিনচিংবা ধাতুখিবিক 'হও' ধাতুরূপকা অন্নানি।

৭। অতোপ্পা অমবু করিগুম্বা থৌওং অমা পাওখোকহনবা, হায়বদি তৌহনবা, শীহনবা, শূ—চংহনবা অসিনচিংবা অর্থ থওরম-বগী মূলধাতুগী মমৈদা 'হনবা' প্রত্যয় তপ্‌ ছিন্নদনা অনৌবা ধাতু অমম্মম পোক্লকই। অমুম্বা ধাতুবু প্রযোজক ধাতু কৌনৈ।

মাচগী মমৈদা অমুক বিভক্তি তপ্পগা ওইরবা ক্রিয়া পদশিং অচগী মমিং প্রযোজক ক্রিয়া কৌনৈ।

৮। অসুম ওইবা মুল ধাতুগী মথন্মথা অয়াম্বা আকৃতি (ওংদা) মথাদা ইরক্লি :—

| মূল (মরূওইবা) ধাতু | প্রযোজক ধাতু | প্রযোজক ক্রিয়া |
|---|---|---|
| তৌ | তৌহনবা | তৌহল্লি (-ল্লৌ) |
| চা | চা-হনবা | চা-হল্লি ('হু) |
| খঙ্ | খঙ্হনবা | খঙ্হল্লি ('হু) |
| পা | পাহনবা | পাহল্লি ('হু) |
| লও | লওহনবা | লওহল্লি ('হু) |
| তম | {তম্হনবা / তহ্মনবা} | {তমহল্লি / তহ্মল্লি} ('হু) |
| তুম্ | {তুমহনবা / তুহ্মনবা} | {তুম্হল্লি / তুহ্মল্লি} ('হু) |

৯। (ক) অকর্ম্মক ধাতুদগী পোক্লকপা প্রযোজক-ক্রিয়া সকর্ম্মক ওইরৈ। (খ) সকর্ম্মক ধাতুদগী পোক্লকপা প্রযোজক-ক্রিয়া দ্বিকর্ম্মক অচুম মওইরৈ। মাহুদি—

(ক) লৈহাউ লৈরেন পাম্বীদুবু মপান ছাংলে।

প্রয়োজক-ক্রিয়া— য়োনা সুনা তৌবদগী লৈহাউ পাম্বীহু (পাম্বীবু) হল্লক্তি মপান ছাংহল্লে।

(খ) শরচ্চন্দ্র হিন্দী পারি।

প্রযোজক—হন্দী·ওঝানা শরচ্চন্দ্রবু হিন্দী পাহল্লী।

(গ) মধু যদুবু -দ ) লুপা মঙাদং পীখি।

প্রযোজক-ক্রিয়া—মধু মনাওনা যদুদা লুপা মঙাদং পীহনখি। নত্রগা মনাওনা মধুবু যদুদা লুপা মঙাদং পীহল্লুই।

---

## বাচ্য রাঙাঙ ( Voice )

১০। করিগুম্বা কারক অমগী অর্থ মপুং ওইনা কেৌংলবা, মতম অদুদা কারক অদুমক্তী বাচ্য ওইরে।

বাচ্য অসি মথন অহুম থোকই। মাদুদি—কর্ত্তৃবাচ্য, কর্ম্মবাচ্য অমসুং ভাববাচ্য।

(ক) করিগুম্বা রাঙাঙদা কর্ত্তাগী অর্থনা মপু ওইরবদি, মদুবু 'কর্ত্তৃবাচ্য' কৌই। মাদুদি—যদু চিঠি ইরি। রাম ঈশৈ শকল্লে। ঐখোয় চাকচাবা হোৎনরী। মখোয় থা য়েংই।

(খ) করিগুম্বা রাঙাঙ্দা কর্ম্মগী অর্থনা মপুং ওইরবাদ, মাদুবু কর্ম্মবাচ্য কৌই। মাদুদি—যদুনা চিঠি ইবা থিংলী। রামনা ঈশৈ শকপা তাল্লে। ঐখোয়না চাকচাবা হোৎনবা তারি। মখোয়না থা য়েংবা থোকই।

কর্ত্তৃবাচ্যদা কর্ত্তাগী মফমদা প্রথমা বিভক্তি ওই অমসুং ক্রিয়া কর্ত্তাগী মতুংইল্লি হায়বদি ক্রিয়াদা কর্ত্তাগী পুরুষ অমসুং বচন অদুমা ওইরে।

কর্ম্মবাচ্য কর্ত্তাদা তৃতীয়া বিভক্তি অমসুং কর্ম্মদা প্রথমা বিভক্তি ওই; ক্রিয়া কর্ম্মগী মতুং ইল্লি।

(গ) করিগুম্বা রাঙাংদা ক্রিয়ানা ক্রিয়াগী অর্থ অমুত্তা মপুং ওইনা ফোংলবা, মদুবু 'ভাববাচ্য' কৌই। মাদুদি—ঐখোয়গী শানবা লোইরে। নখোয়বু বিষ্ণুপুর চৎপা তারকই গোপালগী পাড়া কাদবা তারে। মকম অসিদা 'শানবা লোইরে', 'চৎপা তারকই' কাদবা তারে' ক্রিয়াশিং অসিনা ক্রিয়াশিংগী অর্থতমক মপুং ওইনা খঙহল্লি। ভাববাচ্যগী কর্ত্তাদা দ্বিতীয়া ১স্তুং ষষ্ঠী বিভক্তি ওইরে।

## বাচ্য পরিবর্ত্তন।

### (রাঙাঙ্ মহোং – change of voice)

১১। কর্ত্তাবাচ্যবু কর্ম্মবাচ্যদা অমসুং ভাববাচ্যদা হোংদোকপা রাঙাঙ্ অদুবু বাচ্যপরিবর্ত্তন (রাঙাঙ মহোং কৌই। মাদুদি—

| কর্ত্তৃবাচ্য | কর্ম্মবাচ্য | ভাববাচ্য |
| --- | --- | --- |
| ঐহাক ত-ল্ চায়। | ঐহাকনা ত-ল চাবা ওই নত্রগা থংই। | – |
| হরি য়েৌনা জুংচাইরক্রে | – | হরিগী য়েৌনা জু'ঙাইবা থেংলক্রে। |
| যাদব জ্যামিতি পারি। | যাদবনা জ্যামিতি পাবা ওইরি নত্রগা লাক্‌হ্রি। | – |
| রাম লাক্লরোই। | | রামগী লাকপা ওইররোই (থাজদ্রে)। |
| ঐ রারী তা-রি | ঐনা রারী তাবা ওইরি। | |
| যদু চৎলুই। | | যদুবু চৎলুবা তাখি। |

য়েংগদৌবা :—ভাববাচ্যদা ওহোক্কে হায়রবদি, অয়াম্বা মতমদা কর্তাদা দ্বিতীয়া "বু" নত্রগা ষষ্ঠী 'গী' বিভক্তি ওইরৈ।

## নৈনফম

১। বাচ্য কদায়বু কৌনবগে ? অমমুং মথন কয়া থোকপা খুদমগা কোয়না মখিং মথা শুয়া ইরকউ।

২। মথাদা ইরিবা বাহৈশিংদো বাচ্যপরিবর্তন তৌরকউ :—
ঐহাক্না লংকৈচংপা তারগনি। হাত্রশিং পাড়া ওড়াইরি, মখোয় শানরি। অঙ্গো থা য়েংলী। মহুনা মনাওশিং বারকপা তাগদৌরী।

# শব্দবিশেষে বিভক্তি নির্ণয়

## ( থোইদোকপা শব্দদা বিভক্তি লেপ্পা )

১২। ক্রিয়া অমসুং কারকশূন্য শব্দ শিজিন্নবদা প্রথমা বিভক্তি ওইরৈ। মাহুদি—ঈশ্বর, মীওইবা, পৃথিবী, জীবশিং।

১৩। চুপ্পা অর্থদা দ্বিতীয়া বিভক্তি ওই। তৌইগুমসুং থবক্তুদি বিভক্তি খুদম লৈরমদে। মাহুদি—হুমিং চুম্মী (চুম্মী চুপ্পা) অরুম হওখি। অয়াম্বা মতম অম্বাবা কংলি।

১৪। ধিক্ অমসুং নত্তনা শব্দ শিজিন্নবদা দ্বিতীয়া ওই। মাহুদি—ধিক্ ধিক্ ঐহাকপু তোনথ্রেদা ? মমাবু নত্তনা চায়োক-নাউয়োক অরায়বা শিল নত্তে। মনম য়াওদনা ( থৌবায় পান্দবী 'বু' বিভক্তি লুপখি ) কনানা মাবু লুনা তৌবগে ?

১৫। ক্রিয়াবিশেষণদা (থৌওংথায়দা) তৃতীয়া ওই। লিরি লিরি (না প্রত্যয় লোংপা) চত্থা মুংসিং, খুংলোম্না হায়রুখি, তপ্না তপ্না খোঙ্গাপ রাল্লি।

১৬। নমস্কার শব্দ তিল্লবদগী চতুর্থী ওই। মাতৃদি—ব্রহ্ম সমাজদা নমস্কার (তৌজরী)।

১৭। নির্দ্ধারদা (১) পঞ্চমী, ষষ্ঠী অমসুং সপ্তমী বিভক্তি ওই। মাতৃদি—ম্লেচ্ছদগী হিন্দু ধর্ম্মনা মতিক চামা হেন্লোকই, চহিদা মপাগী মথক ওইব্রে, লৈ-কায়গী মতুংদা অথোইবা মীওই অমা, চামদা অমা থকুনী।

১৮। সম্বন্ধ (মরী-মতা) দা ষষ্ঠী ওই। মাতৃদি—(ক) রামগী মচানুপা, (খ) সরকারগী প্রজা, (গ) কোঙী হম, (ঘ) পুথ্রীগী ঈশিং, (ঙ) খুনগী খুল্লাকপা (২)।

১৯। বিশেষণ অমসুং চাংদম্নবগী পদা (রাতা) দা ষষ্ঠী ওই। মাতৃদি—বিশেষণদা—"শক্তিবুগী খা।" চাংদম্নবদা—"অরাবগী মৈত্য চুরকখী'; "লৌসিংগী খাউমৈয় ওাম্বোরুকখি"।

২০। নাক, মক্তুং অমসুং মথক অসিনচিংবা অব্যয় শব্দ

---

(১) অাং, থৌওং নংগা মশুথচিংবগী অবাং অহেন্না অাং অমতগী পোতগী তোহান খাইদোকখিবগী মমিং নির্দ্ধার কৌই।

(২) সম্বন্ধ মওং অমত্তা নত্তে, উংথ্রিবা উদাহরণগী অহানবা (ক) 'পোক্লকপগী সম্বন্ধ। অনীশুবদা (খ) 'মপুওইবগী সম্বন্ধ। অহুমশুবদা (গ) 'মশাওইবগী সম্বন্ধ। মরিশুবদা (ঘ) 'তুংনকমগী' সম্বন্ধ মঙাশুবদা (ঙ) 'লৈকমগী' সম্বন্ধ খঙবৈ, অসিনচিংবা।

ভিন্নরবদা ষষ্ঠী ওই। মাহুদি—মমাগী নাক, নারকী মচুং, দোত-লাগী মথক।

২১। দমক অর্থদা ষষ্ঠী বিভক্তি ওই। মাহুদি—মচাগী বাবা,হায়বদি মচাগীদমক বাবা, মনাওগী চিন্তা শেম্ভানবগী লাক্লবদা, চুংঙাইনবগী কোৎনবদা, অসিনচিংবা।

২২। মরম খোয়রবা অমসুং হকচাংকায়াং থঙনবদা সপ্তমী। বিভক্তি ওই। মাহুদি—মরম—মচা উদষদা বাস্থবা ভাপ্রে।

খোয়রবা—প্রহ্লাদ মিংদাদা ভক্ত অমা কাওথী; মাঘ পণ্ডিত জাত্তা ব্রহ্মণ ওইখি (১)।

হকচাং কায়াং—মাবু মহুমদা লাকুনা চিংলকও; শেল অসি ইথুত্তা থীরমলবনি।

২৩। উদ্দেশ্য অমসুং বিধেয় ভাব পোক্লকপা পদ অনিমকী কারক অমত্তা ওইরৈ। উদ্দেশ্য পদগী মতুংইন্না ক্রিয়াগী পুরুষ-নচিংবা ওই। মাহুদি—আশা মীওইবগী থরায়নে। অরাৎপত্তনা মপুং (অথোইবা) ওইরখি। লৈ-থাদগী কাথৎলকপা থাঙৈ-শেংবা অথোইবনি।

## অব্যয়ের প্রয়োগ বিধি

## (শাইওংলেপকী মশীজিন্ন—Use of Indeclinable words)

১। অব্যয় অন্নাম্বদি ক্রিয়াগী বিশেষণ ওইরৈ। মাহুদি—থঙহৌদনা, থোঙনচুম, ভারবদা, অত্তাবিদা, দগী, করম, করমনা,

(১) অতোপ্পদগী তোংঙান ভারকপা অদুগী মাংবং খোয়রবা কৌই।

মথং মথং অমুরক, লাইনোদয়া, নত্রবদি উঁহু, আহ', অঁহ, করিগী অতম ওইনমক, লেপ্পমক, চুমত্রিং, হয়া হয়া, অতংপা লৈতনা, কদোম্মু'দা অসিনচিংবা।

২। সংযোজক (তাইনহনবা) অব্যয় অমসুং-পা, -সু, অসিনচিংবা। মাহুদি—রাম অমসুং শ্যাম কমিররি, ঐগা মাগা চংমিরৈ, ঐসু মাসু ছাত্র মচানী।

৩। বিয়োজক (খাইদোক্লহনবা) অব্যয়—ওইরসু, নত্রগা নত্রবদি, অমদি অসিনচিংবা। মাহুদি—যাত্রা নত্রগা মনাওতোনবু খাখো।

৪। সংকোচবোধক(চিংনবা খঙনবা)অব্যয়—তৌইওবসুং, অহুমদি ওইরবদা, অহুবু,অহুমকপু অসিনচিংবা। মাহুদি—মহু লমচং কজে তৌইওবসুং চাওবতোন লমকেং লমহাইনৈ।

৫। খেদসূচক (অবাবা কোংবা) অব্যয়—আঃ, আহা, ইঃ উঃ, ওঃ, অসিনচিংবা। মাহুদি—আঃ মাহুদি হকচিনমনখ্রে, ইঃ য়োনা নাররিগনি।

৬। বিস্ময়সূচক (অঙকপা পোকপা) অব্যয়—ইস, বাঃ য়ঃ, সাবাস অসিনচিংবা। মাহুদি—ইস কয়াতা ভুংশিত্রবা দৈশে মত্তাংনো?

৭। মক্ নচিংবা অসিবু নিশ্চয়ার্থক (অরেপ্পা খঙনবা) অব্যয় কৌই। মাহুদি—ওসিমক চংকনি, নহাকমক লাকনি াজদে।

৮। করি, কররিনা, মরা, রত্রা প্র. অসিনচিংবা অসিবু

প্রশ্নসূচক ( অহংবা থঙনবা ) অব্যয় কৌই। মাতৃদি— মানবু করি তৌজরনি? চাক চারবরা? চা থকপ্রা?

৯। অচাঃ, চি-চি, অসিনচিংবা শব্দবু ঘৃণাসূচক (তুকচ্ছবা পোকপা ) অব্যয় কৌই। মতৃদি— অচাঃ কররগী ব্যেবহারনো? চি-চি করিনো চারিবা।

১০। হো', হা, হে, ইবো, হায় পূন্নমক অসিবু সম্বোধন সচুক ( অকৌবা থঙনবা ) অব্যয় কৌই। মাতৃদি— হো পাগী! অসুম তৌবা হওনবরা? হা ইচিন্নাওশা! কদায়দা লৈবগে?

১১। গুম্না, গুম্ব', অসুম্না' অসুম্ব', অদুম্না, দৌনা পূন্নমক অসি উপমা সুচক ( চাংদম্নবা ) অব্যয় কৌই। মাতৃদি— নঙগুম্না কা-মদবা মী অতৈ অমা উদে; সমুকনদৌনা কান্নবা জীব সংসারদা অতৈ অমা লৈতে।

১২। থঙহৌদনা, ইরায়-লায়্‌ন', খুদক্তা, মহৌশাদৌনা, অব্যয় পূন্নমক অসি ক্রিয়াবিশেষণ ( থৌওংথংয় ) ওাক্তনি। মাতৃদি—মহাক থঙহৌদনা থুংলখি; থাউমৈদা মাওইদনা মৈয়-হওহনবা ভমগনু।

১৩। শা, উচেক অমসুং যন্ত্রনচৗংবগী মরোম্পোক্তবা মখোনবু ভাষাদা শীঙ্ক্ষিন্নবগী দমক অতুমওইবা শব্দশিং চঙ্খিল্লিবা মখোয় অদুবু অনুস্বার ( মতৌতম্বা ) অব্যয় কৌই। মাতৃদি— কং-কং, ভোং তোং, থরং থরং, মো-মো, হম্বা হম্বা, বম-বম, চিঁ চিঁ, পোক-পোক, বেঁ য় বেঁ য়, মেঁ য় মেঁ য়, ঙ্যাও ঙ্যাও, কাক কাক অসিনচিংবা।

১৪। হন্নাওবা, অন্নাবা, অকিবা, অথংবা, অঙকপা হজোইবা

পুন্নমক থওনবা শব্দশিং অদুবু ভাববোধক (ভাব ক্যোংবা) অব্যয় কৌই। মাদুদি— আঃ, আহাঃ, অহোঃ, ওঃ, হরে-হরে, রাম-রাম, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, ধন্য-ধন্য, বাহবা, সাবাস, ক্যাবাৎ, বেশ, বেশ বেশ,সাবাস বলিহারি,ধিক-ধিক, ইমাই-পেমা,তহোৎ তহোৎ হো,-হো অয়োঃ, হা-হা ডাম, শূঁওর অসিনচিংবা।

## পদ-পরিচয়।

### ( রাডা খোঙ্গল্লীবা—Parsing )

পদ ( রাডা ) কয়ামরুম মথৎমনাও নাইনা লেংলগা বাক্য ( রাহৈ ) অমা ওইরৈ, হায়বা মথক্তস্ন উংগ্রে।

বাক্য অমগী মনুংদা লৈরিবা পদশিং অদুগী মশক-মমিং তাকপা অমসুং অমগা অমগগী সম্বন্ধ ( মরীমখোঙ ) উৎপা, অদুগী মমিং "পদ পরিচয়" ( রাডা খোঙ্গুল্লীবা ) কৌই।

বিভক্তি ( মথাইনা ) ওপ্পা শব্দগী মমিং পদ (রাডা) কৌই।

পদ মথন মংঙা থক্তনি— বিশেষ্য, বিশেষণ সর্ব্বনাম, ক্রিয়া ১মসুং অব্যয়।

বাক্য ( রাহৈ ) পুন্নমক্তা উৎশ্রিবা পদ ( রাডা ) মঙা অদুমক ওনা লৈরদে অমসুং করিগুম্বা বাক্য ( রাহৈ ) না শাংদোকপ্রবসু মাদুদা উৎশ্রিবা পদ মংঙা অদুদগী হেন্দোকপা করিগুম্বা রাডা লৈবা য়ারদে। মরম অসিনা পদ পরিচয় কালদা রাহৈ মনুংদা মথকী পদ ( রাডা ) মংঙাগী মরক্তা লৈর লৈরবা পদ (রাডা) শিং মখোয়তগী হীরম কো'দোকদোবনী।

বিশেষ্য পদ ওইরবদি—মাহ্র করম্বা মথনগী বিশেষ্য, করি লিঙ্গ, করি বচন, করি পুরুষ, করি কারক, করি বিভক্তি, কনাগা মরী লৈনবা হায়বদি করম্বা ক্রিয়া নত্রগা অতোপ্পা পদগা মরী ওইরিব', মসি মথং মনাও নাইনা হায়গদোবনী।

বিশেষণ পদ করম্বা বিশেষণনো, কনাগী বিশেষণ, হায়বদি কনাগী মগুণ নত্রগা কীবম কোংদোক্লিবা অসিতা পল্লমগদোবনী।

সর্ব্বনাম পদ—সর্ব্বনাম অসি করিগুম্বদা বিশেষ্য করি-গুম্বদা বিশেষণ ওইনা চংনৈ। মরম অসিদগী মসি বিশেষ্য ওইরবদি সর্ব্বনাম বিশেষ্য ১স্নুং কনাগী মহুত্তা কম্লিবনো মাদো উংলমগনি অমস্নুং বিশেষণ ওইরবদি সর্ব্বনাম বিশেষণ (১) অসিতা পল্লম্লগা বিশেষ বিশেষণগী হায়গদোবা থোকপা মাহ্রস্নু হায়রমগনি।

অব্যয় শব্দ—অব্যয় তাকপা কালদা মাদো করম্বা মথনগী অব্যয়নো অমস্নুং করম্বা পদগা লোয়ননা করি সম্বন্ধ থোক্লবা মাহ্রতা হায়গদোবনী।

ক্রিয়া পদ—ক্রিয়া তাকপা কালদা মথাগী হৌরমশিং অসি পল্লমগদোবনী—(ক) সমাপিকা নত্রগা অসমাপিকা (খ) সকর্ম্মক নত্রগা অকর্ম্মক; (গ) সমাপিকা ওইরবদি—কাল, পুরুষ, বিভক্তি অহুগা করম্বা বাচ্যগী ক্রিয়ানো; (ঘ) অমহিকস্নুং (সকর্ম্মক ওইরবদি) কর্ত্তা কনানো? (ঙ) কর্ম্ম করিনো? (চ) সকর্ম্মক ক্রিয়া দ্বিকর্ম্মক ওইরবদি, মাহ্রু পাল্লমগদোবনি অমস্নুং

(১) বিশেষ্যগী মমাংথংবা সর্ব্বনাম পদ অহ্র বিশেষণ ওই।

কর্ম্ম অনী অতু করি ক'রিনো—তাক্লমগদোবনী। (ছ) অসমাপিকা ক্রিয়াগী করিগুম্বা অরেপ্পা কাল লৈতে। শুপ্নি সকর্ম্মকলা অকর্ম্মকলা? মাগী লৈরিবা কর্ত্তা কর্ম্মনচিংবা পল্লমগদোবনী।

সম্বোধন, সম্বন্ধ, দমক ১স্সুং থুরম্বা শব্দনচিংবা তিন্নরবদা দ্বিতীয়া, চতুর্থীনচিংবা বিভক্তি ওইরৈ, মখোয়গী কারকী ভাব লৈতে, মখোয় অসি করম্বা পদ (য়াতা) নো মাচুন্তা তাক্লম-গদোবনী। সম্বোধন পদগী লিঙ্গ ১স্সুং বচন হায়রমগনি। সম্বন্ধ পদগী বিভক্তি বচন ১স্সুং কনাগা মরী লৈনবা অসি নত্তনা হেন্দোকপা করিস্সু হায়রোইদবনী।

উদ্দেশ্য ১স্সুং বিধেয় পদগী মরীদা, কদায়না উদ্দেশ্য, কদায়না বিধেয়, মসি পল্লমগনী। পদ অনীমক অসিগী কারক অমত্তনী। মাত্তদি—সনামচাবু সম্রাট কোনৈ। য়াতা অনিমক মাম্নবা কারক্কে? নাহামচা অসি মশক য়োনা ফজগদোরি; নাহামচা ১স্সুং মশক পদস্সু কারক অমত্তনী।

পদ পরিচয় (য়াতা মখোং-মরী লীবা) গী রীতি (লোকাং) মথন অনী থোকনৈ। কনানা মাংজোননা কর্ত্তাগী, মথংদা কর্ম ১স্সুং ক্রিয়ানচিংবগী খোজুম্লীনৈ। অতুগা কনা অমনা য়াংহৈ থুদিংগী আহানবা পদ (য়াতা) দগী হৌরক্লুনা মথং মনাও নাইনা য়াতা পূম্নমক্কী পদপরিচয় পীনৈ, হায়বদি মশক মশিংতাক্কে। অকোনবগী রীতি অসিনা থোইদোক্না লায়না পোক্কে। মাত্তদি—

১ ২ ৩ ৪ ৫ ৬

(ক) লৈকোল্দা ফজরবা শুলাপ লৈ য়াম্না ছাংলি।

১। লৈকোন্দা—বিশেষ্যপদ, তৃতীয় পুরুষ, ক্লীবলিঙ্গ, এক-বচন, অধিকরণ কারক, সপ্তমী বিভক্তি, স্থানবাচক (মকন খঙ্‌নবা।

২। ফজরবা— বিশেষণ, "লৈ' বিশেষ্য পদগী মগুণ কো়ংলি।

৩। গুলাপ—বিশেষ্য, মকম অসিদা বিশেষণ ওইনা "লৈ" বিশেষ্য পদগী জাৎ খায়রি।

৪। লৈ—বিশেষ্য পদ, তৃতীয় পুরুষ, ক্লীবলিঙ্গ, এক বচন, কর্ত্তাকারক প্রথমা বিভক্তি, মসি "ছাৎলি" ক্রিয়াগী কর্ত্তানী।

৫। য়াম্না- ক্রিয়া বিশেষণ, "ছাৎলি" ক্রিয়াগী চাংদম কোংলি।

৬। ছাৎলি—অকর্ম্মক সমাপিকা ক্রিয়া, অসম্পন্ন বর্ত্তমান কাল কর্ত্তৃবাচ্য তৃতীয় পুরুষ মসিগী কর্ত্তা "লৈ" নী।

১ ২ ৩ ৪ ৫ ৬

(খ) চৎচি, ঐনা নহাক্কী থুংকম ধরমশালা তাকপিগে।

১। চৎচি— সমাপিকা. অকর্ম্মক ক্রিয়া অনুজ্ঞা বর্ত্তমান কাল, প্রথম পুরুষ, বহুবচন, মসিগী কর্ত্তা "ঐখোয়" উহ্য লৈ (লোৎলি)।

২। ঐনা- সর্ব্বনাম, পুং নত্রগা স্ত্রীলিঙ্গ, প্রথম পুরুষ, একবচন, কর্ত্তাকারক। মসি "তাকপিগে" ক্রিয়াগী কর্ত্তানী।

৩। নহাক্কী- সর্ব্বনাম, পুং নত্রগা স্ত্রীলিঙ্গ, দ্বিতীয় পুরুষ, একবচন, সম্বন্ধ পদ, মসি ধরমশালা পদ (য়াতা) গা সম্বন্ধ (মরী) লৈনৈ।

৪। থুংকম — বিশেষ্য পদ, তোইগুবগুং মকম অসিদা পগী 'বিশেষ্য' ওইনা চংনৱে।

৫। ধরমশালা — বিশেষ্য পদ, ক্লীবলিঙ্গ, একবচন, তৃতীয় পুরুষ, কর্মকারক, দ্বিতীয়া বিভক্তি, পোং থঙনবগী মতুংদা দ্বিতীয়া বিভক্তি 'বু' লুপখ্রে। 'তাকপিগে' ক্রিয়াগী কর্মনি।

৬। তাকপিগে সকর্মক সমাপিকা ক্রিয়া, প্রথম পুরুষ, একবচন, ভবিষ্যৎ কাল মসিগী কর্তা 'ঐনা' কর্ম 'ধরমশালা'

১ ২ ৩ ৪ ৫ ৬

(গ) মহাত্মা গান্ধিগী য়েথংবা মপান্থোম শক্লবা, ঈচংথোরবা

৭ ৮ ৯ ১০ ১১

স্বদেশভক্ত, সুবাসবসুগী মথোরাংদগী ভারত-স্বরাজ ফীরান

১২ ১৩ ১৪ ১৫ ১৬

হাইগৎনবগী অথোইবা গুক্লৌ ওইনা থোকখি।

১। মহাত্মা — গান্ধি বিশেষ্য পদগী বিশেষণনি।

২। গান্ধিগী — বিশেষ্যপদ, পুংলিঙ্গ, একবচন, তৃতীয় পুরুষ, ষষ্ঠি বিভক্তি, সম্বন্ধপদ, 'মপান্থোমগা' সম্বন্ধ (মরী) লৈনৈ।

৩। য়েথংবা — মপ ন্থোম বিশেষ্যগী অরেপ্পা ফীবম তাকপা বিশেষণ নী।

৪। মপান্থোম — বিশেষ্যপদ, ক্লীবলিঙ্গ, একবচন, তৃতীয় পুরুষ প্রথমা বিভক্তি। 'শক্লবা' কৃদন্ত পদগী কর্তানি।

৫। শক্লবা -- মপান্থোম বিশেষ্য পদগী বিশেষণ নত্রগা

৫। হায়বদি 'য়েথ'বা 'মপাম্বোম শরুবা' বাক্যা শ (ম্নাহৈ মতেক) অসিনা সুবাস বসুগী বিশেষণনি।

৬। ইচাংথৌরবা স্বদেশ ভক্তগী বিশেষণ নি।

৭। স্বদেশভক্ত— বিশেষ্যপদ, পুংলিঙ্গ, একবচন, তৃতীয় পুরুষ নে। মকম অসিদা সুবাস বসুগী বিশেষণ ওইররী।

৮। সুবাস বসুগী— ব্যক্তি বাচক বিশেষ্যপদ, পুংলিঙ্গ, একবচন, তৃতীয় পুরুষ, ষষ্ঠি বিভক্তি, সম্বন্ধ পদ। 'মথৌরাংদগী' বিশেষ্য পদগা সম্বন্ধ ( মরী ) নি।

৯। মথৌরাংদগী—বিশেষ্যপদ, ক্লীবলিঙ্গ, একবচন, তৃতীয় পুরুষ, পঞ্চমীবিভক্তি; অপাদানকারক।

১০। ভারত-স্বরাজ— বিশেষ্য পদ, ক্লীবলিঙ্গ, একবচন, তৃতীয় পুরুষ ষষ্ঠিবিভক্তি সম্বন্ধপদগী 'গী' বিভক্তি থুপত্না লৈ। নম্নগা কৗরান বিশেষ্য পদগী বিশেষণ নি।

১১। কৗরান—বিশেষ্য, ক্লীবলিঙ্গ, একবচন, তৃতীয় পুরুষ, প্রথমা বিভক্তি, 'হাইগংপা' অকর্ম্মক ক্রিয়াগী কর্ত্তকারকনি।

১২। হাইগংনবগী—ভাব-বিশেষ্য, ক্লীবলিঙ্গ, একচন, তৃতীয় পুরুষ, ষষ্ঠিবিভক্তি, সম্বন্ধ পদ, 'ঙাক্লৌ' বিশেষ্য পদগা 'সম্বন্ধ থোক্নৈ।

১৩। অথোইবা— বিশেষণ, ঙাক্লৌ বিশেষ্য পদগী মগুণ কোংদোকলী।

১৪। ঙাক্লৌ—বিশেষ্য, ক্লীবলিঙ্গ, একবচন, তৃতীয় পুরুষ, প্রথমা বিভক্তি, 'থোকখি' অকর্ম্মক ক্রিয়াগী কর্ত্তানি।

১৫। ওইনা—অসমাপিকা অকর্ম্মক ক্রিয়া মসিগী কর্ত্তা 'ঙাক্লৌনি'।

১৬। থোকখী— সমাপিকা অকর্ম্মকক্রিয়া, তৃতীয় পুরুষ, একবচন, সধারণ অতীত কাল, কর্ত্তৃবাচ্য, মসিগী কর্ত্তা'ঙাক্লৌ'নি।

## উদ্দেশ্য ও বিধেয়

## (থৌ-রু ১স্নং থৌ-রুফৌং – Subjec and Predicate)

১। কনাগুম্বা মী নত্রগা করিগুম্বা পোৎকী মরীদা করিগুম্বা ঙাঙনবা, মী নত্রগা পোৎ অদুবু 'উদ্দেশ্য' (থৌ-রু) কৌই। মাহুদি—রাম লাকই—মসিদা রামগী মরীদা করিগুম্বা ঙাঙনবা থোকলি; মরম অসিনা 'রাম' উদ্দেশ্যনী।

২। উদ্দেশ্যগী মরীদা ঙাঙনরিবা বারম অদু বিধেয় কৌই। মাহুদি—মকম অসিদা 'নোকই' ক্রিয়া অছুনা উদ্দেশ্য (রাম) গী মরীদা করিগুম্বা ঙাঙনদবা থোক্লরি, মরম অসিনা নোকই, বিধেয়নী।

৩। উদ্দেশ্য অসি করি করিগুম্বা মফমদা উহু ওইনা (লোৎত্না) লৈ। মাহুদি—'চাও'। মকম অসিদা 'নঙ নত্রগা নাহাক, মহুদি হায়বা উদ্দেশ্য লোৎত্না লৈরে।

৪। উদ্দেশ্য অমসুং বিধেয় শরূক্তা বিশেষন অসিনচিংবা থোমজিনদনা বাহৈ শাংদোকহনবা য়াই। মাহুদি

ঐথোয়গী ইথ্োম্ংদগী হঙ্গাব য়োনা কজরে। অসিদা—ঐথোয়গী ইথ্োম্ংগী' বাতা অসিনা 'হঙ্গাম' উদ্দেশ্য অসিগী

শাংদোকপা ওইররে অমসুং 'য়ৌনা' য়াতা অসিনা 'ফজরে' বিধেয় য়াতা অসিগী শাংদোকপা ওইররে। য়াঙাঙ্লিবা মী অহনা উদ্দেশ্য অমসুং বিধেয় অনিমক অসিবু মনাংতম্না শাংদোকহনবা য়াই।

খুদম অতৈসু—

অকবা অঙাংনা লাইরিক ময়েক শেংনা শেংনা পাই। অসিদা 'অকবা' বিশেষণ অসিনা 'অঙাংনা' উদ্দেশ্যবু শন্দোক্লরি, অমসুং 'লাইরিক ময়েক শেংনা ২' ক্রিয়াবিশেষণ অসিনা 'পাই' বিধেয়বু শন্দোক্লরে।

## নৈনফম

মথাদা ইরিবা য়াহৈশিংগী মরক্তা উদ্দেশ্য অমসুং বিধেয় তোঙান ২ খাইদোকউ:—

অচুম্বা য়াঙাঙ ঙাঙবা তম্মু। নুংশা শারকয়ে। নুংশিং সিংলি। ভিক্ষারীনা ভিক্ষা তৌরম্বি। মাধুকরী ফজনা কংখো। নুপামচা অমসুং নুপীমচাশিং ওয়া ম্কুল কা-নখে। থুম ১মুং য়োয়োক কা-নগ্রবা পোৎলম্নী। ছঞ্জদা নুংসিবা প্রেম পোক্লকই। ঙাকপিহৈবতনা অচৌ-অশাংগী মখোইবা লক্ষণ (আচরণ) নী। লক্ষণ ফজরগা লৈবাকমচা তানৈ।

---

# উদ্দেশ্য-বিধেয় প্রসারক।

## ( থৌ-রূ – থৌরূফোং শন্দোকপা—Enlargement of the Subject & Predicate ).

৫। উদ্দেশ্য ১সুং বিধেয়দা রাতা অমনী থোমজিন্দুনা শা'দোকখিবা অদুবু অমনা উদ্দেশ্য প্রসারক, অতোপ্পা অমনা বিধেয় প্রসারক হায়না খঙ্‌নৈ।

## উদ্দেশ্য প্রসারক।

### (থৌরূ শন্দোকপা = Extenison of the Subject).

৬। ক'রিগুম্বা রাতা অমা নত্রগা মরাপ্পা উদ্দেশ্যবু শাংদোক-হনখিবা নত্রগা হেন্দংহনবা রাবা অদুবু উদ্দেশ্য প্রসারক কৌই। মাদুদি—

(ক) সম্বন্ধপদনা—কলেজগী ছাত্র, গীতাগী মহাত্ম (মহিমা); ম্যাক্সওয়েলগী বাজার, জিমসনগী রোড ( লম্বী )।

(খ) মাপবা কারক নত্রগা বিশেষণ মফমগী বিশেষ্য পদনা—'মহারাজ বুদ্ধচন্দ্র সিংহ' মণিপুরগী মমৈতাবা ক্ষেত্রী নিংথৌ অমনী; কর্ত্তা মহারাজ মমৈথংদা ভাগ্যচন্দ্র সিংহ হায়না কাওখী।

(গ) বিশেষণ মফমগী পুল্লপা রাতানা—'নোম্বদা য়োনা কনপ্রবা' নাহাদো তুমপ্রে। অসিদা 'নোম্বদা য়োনা কনপ্রবা' রাতাশিং অসে বিশেষণ মফমগী পুল্লপা রাতানি।

মতৌ অশুম—ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর মহাশয়গুম্বা তুনরিংবা মী থরতা উবা ক'নৈ। মাগুম্বা মীহিংচা অতৈ কনা অমা লৈতে।

মৈ নাকবা স্বদেশ-প্রেমিক সুবাসচন্দ্র বসুগী মথৌরাংনা ভারত-স্বরাজ ফীরান হাইগৎনবগী অথোইবা পান্নে ওইথী।

## বিধেয় প্রসারক

( থৌ রক্ত্বাং – শন্দোকপা )

৭। করিগুম্বা রাতা অমা নত্রগা মরামনা বিধেয়বু শাংদোকহনবা নত্রগা হেঙ্গৎহনবা য়াবা অদুবু 'বিধেয় প্রসারক' কৌই।

৮। মূল বিধেয় (মরাওইবা থৌরক্ত্বাং) মতমদৈবথিবিক্তা 'সমাপিকা ক্রিয়া' ওইরে। সকর্ম্মক ক্রিয়া লৈরবদি কর্ম্ম অমসুং ক্রিয়া পুম্নমক বিধেয় ওদ ওইরে। অকর্ম্মক ক্রিয়াদি মথন্তসু বিধেয় ওইরবা য়াই। অরায়বা লো শব্দ সমাপিকা ক্রিয়া অমসুং ক্রিয়া অদুগা পক্নথিবা শব্দক অদুবু 'বিধেয়' কৌই। মথাগী পান্থেনা বিধেয় শব্দকপু শাংদোকহনবা য়াই। মাদুদি—

(ক) ক্রিয়াবিশেষণ না—

| মরুবাহৈ | শন্দোকপা বাহৈ |
|---|---|
| ১। মেঘ য়াহওব্রে | মেঘ হুস্তানা য়াহওব্রে। |
| ২। সুংসিং সিংলি | সুংসিং লিরি লিরি সিংলি। |
| ৩। মথোয় থবর পারি | মথোয় লাউনা থবর পারি। |

(খ) ক্রিয়াবিশেষণগী পুম্নমক রাভানা—রানা—

১। যহ মযুম হনব্রে যহ য়োনা হরাওনা মযুম হনব্রে।

২। থম্বা শুক্ষংলাই চুব্রে থম্বা মমা থাইনথিবনা শুক্ষংলাই চুব্রে।

| মক্কবাহৈ | শন্দোকপা বাহৈ |
|---|---|
| ৩। খোমৈ লাকত্রি | ছৌজিককাও খোমমৈ লাকত্রি। |

(গ) বিশেষণগী বিশেষণনা—

| | |
|---|---|
| ১। রঞ্জিত মরমওকপা অঙাংনী | রঞ্জিত য়ৌনা মরমওকপা অঙাংনী। |
| ২। পশোাং মগুণ চেনবা ছাত্র অমনী। | পশোাং য়াম্না মগুণচেনবা ছাত্র অমনী। |

(ঘ) সম্বন্ধ পদনা—

| | |
|---|---|
| ১। রাঘব পণ্ডিতনী | রাঘব ঐখোয়গী থূনগী পণ্ডিতনী। |
| ২। থম্বৌ পুংয়ৈরী | থম্বৌ ঢপ পালাগী পুংয়ৈরী। |

(ঙ) অসমাপিকা ক্রিয়ান—

| | |
|---|---|
| ১। চাউবা চ্যেনখ্রে | চাউবা কপুনা চ্যেনখ্রে। |
| ২। লৈসং কাওরক্লে | লৈসং চাক চাদনা কাওরক্লে। |

(চ) মরম থঙ্নবা রাতা নত্রগা পুরক্পা রাত্তানা—

| | |
|---|---|
| ১। রাম শিলোাং চংখ্রে | রাম লাইরিকতম্নবা শিলোাং চংখ্রে। |
| ২। অঙ্গো কপ্লি | অঙ্গো থংদনা কপ্লি। |

(ছ) কারকনা—

| | |
|---|---|
| ১। ঐ পাব্রি | ঐ থবর পাব্রি। (কর্ম্ম কারক)। |
| ২। মণি কন্যাদান তৌবিরি | মণি সৎপাত্রদা কন্যাদান তৌবিরি (সম্প্রদান)। |
| ৩। উহৈ্য (উহয়) কেল্লি | উপাদ্দগী উহৈ্য কেল্লি (অপাদান)। |

| মরুবাহৈ | শন্দোকপা বাহৈ |
|---|---|
| ৪। থম্বান অসংবা ছাৎলে | পুত্রীদা থম্বান অসংবা ছাৎলে ( অধিকরণ ) |

## নৈনফম

মথাদা ইরিবা বাহৈশিংগী উদ্দেশ্য অমসুং বিধেয় তাকও অমসুং মথোয়গী প্রসারক য়াবমখৈ শন্দোরকউ :—

(১) থা থোক্লে। (২) চন্দ্র লাইবিক থীবা ডন্নে। (৩) অঙ্গো মরোন থোক্লকয়ে। (৪) গুলাপ ডাক্তর অমনি। (৫) মুপীমচা অসি মশক হেনগদৌরী। (৬) খম্বগী মশেল গৌর কলকত্তা চৎখ্রে। (৭) চন্দ্রগী মনাও তোম্বা দিল্লীদগী থুংলরগনী। (৮) বহু মীনম্বা বাঙাং হৈনদে। (৯) গুলাপী মশা কয়া ঙমদে, অদুবু নম্বোম্বা হয়েং শ্রাদ্ধ অমদা ঊশৈ শক্রুবা তারি। (১০) অসুম্বা থৌদৌ অসি ঐহাক্তি কয়া হৈনভদে। (১১) মমথোং খুদিং চুক-চুম্বন অমত্তা হাঙনা লৈনদে। (১২) মমাংথাদা চাঙা-পিঙম লম্পাক্তা চাঁদমারি ( পান্দমুং ) মকম ওইনরমখী। (১৩) মাইস্কুল মুস্কান শহরগী ময়োননী।

## ( বাক্য বিশ্লেষণ ( বাহৈ মথায়না )

৯। বাহৈগী মমুংদা লৈবা উদ্দেশ্য অমসুং বিধেয় পদশিং অদুবু অমসুং মথোয় অনিগী প্রসারক ( শাংদোকহনবা ) শরুকশিং

অদুবু তোঙানা খাইদনা অমগা—অমগগী সম্বন্ধ ( মরী ) উৎপা অদুগী মমিং বাক্য বিশ্লেষণ কৌই। বিশ্লেষণ-কালদা মহৌশা ওইনা বাক্য অমবু শরূক মরিথোক্না খাইদোকনৈ। মাদুদি—(১) উদ্দেশ্য। (২) উদ্দেশ্য প্রসারক। (৩) বিধেয়। (৪) বিধেয় প্রসারক।

মথাদা বাক্য কয়ামরুমগী বিশ্লেষণ তৌদনা উৎলকনী :—ঐখোয়গী ওঝা ইবুংঙোনা অয়াম্বা লাইরিক লেংবিরে।

উদ্দেশ্য—ওঝা ইবুংঙোনা।

উদ্দেশ্যগী প্রসারক—ঐখোয়গী।

বিধেয়—লেংবিরে।

বিধেয় প্রসারয়—অয়াম্বা লাইরিক।

১০। অমুক্তদা বাক্য বিশ্লেষণ তৌব। তারবদি, মথাদা ইরক্লিব পাম্বৈনা তৌরগা থুদোং চারগনি :—

(১) জ্ঞানচেনবা মীবু খাইনা লুনা তৌনবী।

(২) মহাকী মপাবুংদি ইতস্ততনা মথন্মথা অয়াম্বা ধর্ম্ম গ্রন্থ পাবী।

(৩) অয়াম্বা অঙাংনা নাহাক্তদা মপুক্নীং লেপ্না নৈতে।

(৪) মহাকবি জয়দেবনা শ্রীগীতগোবিন্দ কাব্য ( সৈরেং ) রচনা তৌবিরম্লে।

(৫) বঙ্গরবি ( বঙ্গ ভুমিং ) আশুতোষ খাইগী লুনা নীংনকম অমা ওইনা থোকপিখী।

| উদ্দেশ্য | উদ্দেশ্যগী প্রসারক | বিধেয় | বিধেয়গী প্রসারক |
|---|---|---|---|
| খ্বাইনা | — | তৌনবী | জ্ঞানচেনবা মীবু, লুনা |
| মপাবুংদি | মহাকী | পাবী | ইতত্তত্তনা মথম্মথা অয়াম্বা ধর্ম্মগ্রন্থ |
| অঙাংনা | অয়াম্বা | লৈতে | নাহাক্তৈদা, মপূক্নীং লেপ্পা |
| জয়দেবনা | মহাকবি | তেবিয়ম্লে | শ্রীগীত গোবিন্দ কাব্য, রচনা |
| আশুতোষ | বঙ্গরবি | থোকপিখী | খ্বাইগী লুনা নীংনকম অমওইনা |

১১। মথক্তা উৎখ্রিবা অসি সরল বাক্যগী বিশ্লেষণ মতৌনী। মতৌ অসুম য়ৌগিক অমসুং মিশ্র বাক্যবুসু সরল বাক্যদা খাইদোক্লগা মখোয়গী বিশ্লেষণ সরল বাক্যদোনা তৌগদৌবনী।

# বাক্য প্রকরণ

## ( ৱাহৈ কাখলোন – Class of Sentences )

১২। লো-ল কোংদোক্লবগী মরমদা কর্ত্তা, কর্ম্ম, ক্রিয়ানচিংবা মথংশিংনা লেপ্পবা ৱারেং অভুবু বাক্য ( ৱাহৈ ) কৌই।

ৱাহৈ অসি মথন অহুম থোকই—(ক) সরল ( অত্তিংবা = Simple ), (খ) যৌগিক ( ভাইনপ্পবা – Compound ) অমসুং (গ) মিশ্র বাক্য ( য়ামপ্পবা ৱাহৈ – Complex Sentence )।

১৩। (ক) ৱাহৈ অমগী মনুংদা উদ্দেশ্য ( কর্ত্তা ) অমা, অমসুং বিধেয় হায়বদি সমাপিকা ক্রিয়া অমত্তনা লেংবা ৱারেং অমবু সরল বাক্য ( অত্তিংথা ৱাহৈ – Simple sentence )

কৌই। মাহুদি—রাম নোকত্না লৈ ; অসিদা 'রাম' উদ্দেশ্য অহুগা 'নোকত্না লৈ' বিধেয়নী।

১৪। (খ) অমগা অমগা তাইনরুদবা রাহৈ অনী নত্রগা অয়াম্বা রাহৈ মতেক তিন্নখিদনা ঌপুং তাইনহনবা অব্যয়গী মতেংনা ওইরবা মপুংফাবা রাহৈ অহুবু যৌগিক বাক্য (তাইনরবা রাহৈ = Compound Sentence) কৌই। মাহুদি—

নবীন লাইরিক পারী অমসুং তোম্বী ঈশৈ শকই ; অসিদা রাহৈ অনিমক অসি 'অমসুং' অব্যয় অসিনা তাইনহল্লি। অহুনা 'নবীন' অহুগা 'তাম্বী' অনা অ'স উদ্দেশ্যনী, 'পারি' অহুগা 'শকই' অনী অসিনা বিধেয় নী।

১৫। প্রধান বাক্যগা (মপুং ওইবা রাহৈগা) লোয়ননা অপ্রধান খণ্ড বাক্য (মপুং ওইদবা রাহৈ মতেক) অমা নত্রগা ময়ামগা তোঙাম্না উৎলমদুনা মখোয় খুদিংগা লোয়ননা মপুংওইবা রাহৈমতেকী সম্বন্ধ (মরী-মখোঙ্) তাকপা অহুবু মিশ্রবাক্য (য়ান্নবা রাহৈ = Complex sentence) কৌই। মাহুদি—

মহাকনা হায়রৈজ, মহাক মশা ভমদবদগী মাগী স্কুল কা-বা লেপচখী ; অসিদা (২) মহাকনা হায়রৈজ—প্রধান বাক্য। (২) মহাক মশা ভমদবদগী মাগী স্কুল কাবা লেপচখী—অপ্রধান খণ্ডবাক্য অসি বিশেষ্য ওইনা শীজিন্নখ্রে। মসি 'হায়রৈজ' ক্রিয়াগী কর্ম্ম নী।

(১) প্রধান বাক্য—

মহাকনা—উদ্দেশ্য (কর্ত্তা)।

হায়জে—বিধেয় ( সমাপিকা )।

(২) অপ্রধান খণ্ডবাক্য—

স্কুল কাবা—উদ্দেশ্য ( কর্ত্তা )।

মাগী উদ্দেশ্যগী প্রসারক ( শব্দোকপা )।

লেপচখী—বিধেয় ( সমাপিকা ক্রিয়া )।

মহাক মশা ঙমদবদগী—বিধেয়-প্রসারক।

## নৈনফম

১। বাক্য(বাহৈ)কদায়বু কৌবগে ? মখন কয়া খোক্লা খাইরিবা? খুদমগা কোমনা মমিং ওয়া থারকউ।

২। মখা বাহৈশিংগী মরক্তা সরল, যৌগিক সুং মিশ্রবাক্য তাক্লকউঃ (ক) ওস্তানা য়াহওবা তম্মু। (খ) শগোন তুমৌগা মঙ্গেগা চেংনবা তায়খে। (গ)জ্যামিতি পাড়া কাদবনা ওসাদ ওবানা পাড়া য়োনা মুমা তাকপিরকই। (ঘ) হয়েংগা হংচেংকা ছুটী থারি (ঙ) মচিন্নমাওগী মরক্তা অহনাদি ঈশৈ পাম্মি অহুগা মনাওদি লাইরিক্তা কাওগদৌরী।

## সমাস-প্রকরণ

### (স-মজীনবা কাণ্ডোন—Compound words).

১। অমগা অমগা অর্থ চানবা অনী মন্নগা অয়াম্বা পদ (বাতা) গা লোয়ননা পদ অমত্তা ওইনা সে-বা অহুগী মমিং সমাস কৌই। মাতুদি—

রাধা অমসুং কৃষ্ণ—রাধা-কৃষ্ণ, শ্রীদামগা—সুদামগা—শ্রীদাম-সুদাম, ইপা অমসুং ইপু—ইপা-ইপু।

২। তোইগুম্বসুং অর্থ চা-নত্রবদি সমাস ওইরোই। মতুদি—খুড়ুম অমসুং হেজাও—খুড়ুম হিজাও হায়নদে।

৩। সমাজগী পদখুদিংবু 'সমস্যমান' কৌই, অতুগা পুনশ্রবা পদ (রাতা) গী মবিং সমস্ত পদ কৌই।

৪। সমাজগী অর্থ কৌ'নবগী দগক শিজিন্নিবা বাক্য (রাহৈ) অদুবু সমাস বাক্য, ব্যাস বাক্য নত্রগা বিগ্রহ বাক কৌনৈ।

২। সমস্যমান পদশিংগী মরক্তা সন্ধি লৈরবা থোক্লবদি সন্ধি তৌরম্বনা অথোইবা রীতি (পথাপ) নে। সমস্যমান পদশিং অহু অমত্তা ওইনা শুপচিনগ্রগা মাতুগী মরক্তা হাইফেন খুদম হাপনৈ। মাদুদি—লাই-গুরু, রাম-কৃষ্ণ।

৬। অতুগা মহোশা ওইনা সমাসগী মমৈবাতাদা বিভক্তি ভৈগ্নে। মাতুদি—রাম-লক্ষ্মণবু, হরি স'কীর্ত্তনদা, মপা মচাগী অসিনচিংবা।

৭। সমাস তৌরবগী কাম্নবা কান্নদবা নাইদে। মকম কয়া করাদা সমাস হায়বসি বক্তা (হাঙিবা মী) অদুগী মনীং তৈগ্নে। বক্তা অহনা শীঞ্জিন্ননাংলগা নমাস ওইহনবগু য়াই, ওইহন্দবগু য়াই। শুপ্নগী ভাবা মুংত্তা ইনকম ওইবা, মকম তক্লদ, সমাস তৌরক্কম থোকই।

৮। সমাস মখল তরুকনা - দ্বন্দ্ব তৎপুরুষ, কর্ম্মধারয়, দ্বিগু, বহুব্রীহি, অমসুং অব্যয়িভাব।

## দ্বন্দ্ব ( ঘোড়া-তুমা ) সমাস

৯। সমাসগী সমস্যমান পদশিংগী অর্থ মপুং ওইনা ংক্ব্ংলবা, মাদুগী মমিং দ্বন্দ্ব সমাস কৌই।

১০। দ্বন্দ্ব সমাসগী য়াতাশিংগী মরক্তা গা-গা, অমসুং (অমসুং)অহুগা অসিনচিংবা তাইনহনবা অব্যয় শীজিন্নকম থোক্লে। মাদুদি - রামগা কৃষ্ণগা=রাম কৃষ্ণ: কৃষ্ণ অমসুং অর্জ্জুন-কৃষ্ণার্জ্জুন; খম্বগা থোইবীগা=খম্বা-থোইবী; লন অমসুং থুম-লন্থুম; অহল অমসুং লমন-অহল্লামন; মনাই অমসুং মসন-মনাইমসন; চারোন অমসুং ছুরোন-চারোন-ছুরোন; নচা অমসুং নছু-নচানছু; মকোক্তা মমৈগা=মকোক-মমৈ; ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং মহেশ্বর=ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বর চাক চাবা অমসুং যুথকপা-চাকচা-য়ুথক; মতৌ অসুম রাধা-কৃষ্ণ, যুমকয় ( -ঠৈক্য ), মতৈ মনাও, ইচা-মীচা, শকওং-শক্তা মীওং-মীনা, ছুক-ছুম্বন, লক্ষ্মী-নারায়ণ, জয়-পারাজয়, চোচ্ছোবা চোচ্ছাবী, প প-পুণ্য,ধর্ম্মী, হিংচা-য়াইতম্ব', কাং-ঝুলন, স্বর্গীয়-স্বগিয়া পীতং-পাতংপা, চোত্রাথোক-চোত্রাথোকপী, মপা-মচা বর-কন্যা', ওঝা গুরু অসিনচিংবা।

## তৎপুরুষ ( মীও'ইতু ) সমাস,

১১। করিগুম্বা সমাদদা পূর্ব্বপদ ( মাওথংবা য়াতা )গী বিভক্তি

লুপখিবা অমসুং পরপদ ( ভুংথংবা রাস্তা ) গী অর্থ মপুংথোকনা ফোংলবা, মাদুবু "তৎপুরুষ" সমাস কৌই। তৎপুরুষ মখল তরুক থোকই। মাদুদি—দ্বিতীয়া, তৃতীয়া, চতুর্থী, পঞ্চমী, ষষ্ঠী অমসুং সপ্তমী।

## দ্বিতীয়া ( অনীশুবা ) তৎপুরুষ

১২। করিগুম্বা সমাসদা দ্বিতীয়া বিভক্তি লুপখিবা, মাদুবু দ্বিতীয়া তৎপুরুষ' সমাস কৌই। মাদুদি—অকিববু পোক্লকপা —অকিবা-পোক্লকপা, লাওবু কারাম্বা—লওক্রাম্বা, তুম্ববু-পাম্বা—তুম্ব-পাম্বা, খুমনবু থেম্বা—খুমন্থেম, ময়াংবু থেম্বা—মোইরাংথেম, মতো অমসুম চাক-ইনবা, চাকনিবা, খোমইনবা, হিহোনবা, পোত্থাবা, হৈ-থাবা, পাঞ্জম্হোইবা মীথোনবা, লওখাওবা, পয়াছিবা, লীকসিবা, লওয়ারংবা, গাড়িথো-বা, লওথো-বা, কো গোবা লওরোকপা য়ুমশেংবা আসিনচিংবা।

## ( তৃতীয়া অহুমশুবা-তৎপুরুষ )

১৩। করিগুমবা সমাসদা পুর্ব্বপদগী তৃতীয়া বিভক্তি লুপখিবা, মাদুবু 'তৃতীয়া তৎপুরুষ' সমাস কৌই। মাদুদি—মগুণনা কজ্রবা—মগুণ-কজ্রবা, মমিংনা কাওব্রবা—মমিং কাওব্রবা (চৎ-ব্রবা ), অমুবন পকপ.=অমুবাপকপা, কোতাংনা চুবা—কোতাং চুবা ; শ্রীনা যুক্ত ( হিনব্রবা ) — শ্রীযুক্ত; মতো অসুম যুকচুবা,

সঙ্গীতানবা, ঈশিংথুম্বা, নোংচোৎপা, খোইচোপা, মশামরোদোম, খোঙডাইফম, খোঙনেৎফম, থাংয়াম্ফম অসিনচিংবা।

## চতুর্থী ( মরিশুবা ) তৎপুরুষ।

পূর্ব্বপদ ( মাংথংবা বাতা ) দা চতুর্থী বিভক্তি লুপথ্রবা সমাস অহৌবু চতুর্থী তৎপুরুষ কৌই। মাগুদি—লাইদা কৎথ্রবা= লাইকৎথ্রবা, মীওোন্দ. পীজথ্রবা = মীওোন=পীজথ্রবা, দবদা উত্তর (কৎথ্রবা) = দেবোত্তর, লাইদা কৎথ্রবা লও = লাইরও।

## পঞ্চমী ( মংডাশুবা ) তৎপুরুষ।

১৫। সমাসগী পূর্ব্বপদদা পঞ্চমীবিভক্তি লুপথ্রবা অহৌবু পঞ্চমী তৎপুরুষ সমাস কৌই। মাদুদি—মকমদগী তাবা= মকম-তাবা, লমনদগী কোকপা=লমকোকপা; মকোক্তগী মথৈ= মকোক-মথৈ। মতৌ অসুম লাইথুংকোকপা, কৈ কিবা, খোঙ-তান, অরাবা লোমবা অসিনচিংবা।

## ষষ্ঠী ( তরুকশুবা ) তৎপুরুষ।

১৬। সমাসদা পূর্ব্বপদগী ষষ্ঠী বিভক্তি লুপথিবা অহৌবু ষষ্ঠী তৎপুরুষ কৌই। মাগুদি—যুমগী মঙুং=ঈম্মুং, লমগী সন—লমসন, য়ুমগী কোল—ইখোল, সরকারগী খাজানা= সরকার-খাজনা, ওরাগী মশোয়- উশোয়, তুরেনগী মপান— তুরেন-মপান ( তোর্ব্বান ); ঈশিংগী ট্যাঙ্ক=ঈশিং ট্যাঙ্ক যুমগী মপু=যুম্বু, লমুগী হয়=লকোয়, ডাকী টিকেট=ডাক-টিকেট,

বাল ( অঙাং ) গী ভোগ (ঙস্মোক) — বালভোগ, প্রজাশিংগী তন্ত্র ( শাসন ) =প্রজাতন্ত্র, আরাগী লৈ=আরারৈ, কবোগী হয়—কবোয় ; য়েন্নবগী মথাক—য়েন্নথা। মতৌ অসুম লাক্ষম, উরুম, লাই হরাওবা, শামতু, উয়ুম, ওকোল. লাই-মন্দির, য়েঙ্খোল, রাজবাড়ী, রাজ কুমারী (রাজা—রাজ),য়োংচাক, য়ুমৈ্নমা, সেনাপতি ( লাঞ্জিলেন ), ঙরীক, শরীক, স্নরীক, চরুখোক, গাড়িমন, হিমন, অরায়মন অসিনচিংবা।

১৭। মনিপুরলোন্দা ঐ, নঙ, মা পুরুষ ( মীওই ) অহম্মক অসি ষষ্ঠী বিভক্তি ওইপ্রবদি ই, ন, ম সম্পংপা শব্দ অসিনা মমাং থংলৈ। মাহুদি—ঐগী য়ুম--ইয়ুম, নংগী সল—নসল, মাগী ছম—মছম, মাগী রূপ—মরুম, মতৌ অসুমতোনা ইপা ইমা, নচা-নচু মপোৎ-মরল, অরাহৈ, মরম্মথুম ময়ুম্মক্যৈ মহৈ মশিং, মরূপ-মপিজা, ইরূপ- ইপাং অসিনচিংবা।

## সপ্তমী ( তরেৎশুবা ) তৎপুরুষ

১৮। সমাসগী পুর্ব্বরপদদা সপ্তমী বিভক্তি লুপথিবা, অহুবু সপ্তমী তৎপুরুষ কৌই। মাহুদি—ঈশৈদা কাওরবা—ঈশৈ-কাওরবা, গঙ্গাদ স্নান—গঙ্গাস্নান। থাদা লাকপা—থাত্রাকপা, করদা লুম্বা ( শেরবা ) —কৈ-রু'বা; লমদা পোইবা ( কোয়না চৎপা ) —লপোইবা, কয়দা লাকপা—কৈ-রাকপা. নাহারোম্দা লাকপা — নাহারাকপা, উথক্তা মুনবা — উথকমুনবা, মাতাদা ভক্তি—মাতৃ ভক্তি ( মাতা=মাতৃ ), জুয়ারদা মুৎপা=জুয়ার-মুৎপা,

মপাতদ নীংবা. – মপানীংবা,মতৌ অসুম শগোস্তোংবা, শ্লেস্তোংবা, শাড়িকাবা, হিগাবা, শঙ্কাবা, মুমদাংব', কাটক্তাবা, উতাংবী অসিনচিংবা।

## নঞ্ ( নত্তবা ) তৎপুরুষ।

১৯। তৎপুরুষ সমাসকী মমাং 'ৱাত্তা ণঞ ( নত্তবা ) অর্থ থম্বা অব্যয় শব্দ লৈরবা মাহুৎ নঞ্তৎপুরুষ সমাস কৌই। মাহুদি – কাল চাদব', ধর্ম্ম থোক্তবা, জ্ঞান লৈতবা অসিনচিংবা।

২০। মণিপুর লোন্দদি নত্তবা থম্বা-তবা, -দবা, ত্রবা, -ত্রবা, -ফদবা, হৈদবা, কন্দবা অসিনচিংবা অব্যয় শব্দশিং অসি তৎপুরুষ সমাসকী মমৈ থংলৈ মাহুদি—চাবা য়াদব – চাকদবা, চাবা লৈতবা – চা-দবা, তাবা কন্দবা – তাগন্দবা, থকপা হওন-দবা – থকহৈদবা, তুম্বা লৈতবা – তুমদবা (ত্রবা ), থক-চাবা লৈতবা – থক-চাদবা ( ত্রবা ), ঈং-শাবা কাওদবা – ঈং-শাত্রবা (-দবা), হনবা-লেওবা নাইদবা – হল্লেংদবা। মতৌ অসুম তুম্ফদবা, হৈগন্দবা, হায়কদবা, তৌহৈদবা চীয়াইদবা, লো-হোক্তবা উহৈদবা, তৌগন্দবা, য়াগুন্দবা অসিনচিংবা।

২১। নঞ্তৎপুরুষ সমাসদা 'ওইদবা থওনবা' অব্যয় শব্দ অনী তিল্লরবদি 'ওইবা থওনবা' অর্থ থোক্লে। মাহুনি—চাদবা য়াদব – চাদকদবা, থক্তবা হওনদব – থক্তহৈদবা, হল্লেংবা নাই-দবা লৈতবা – হল্লেংদকদবা, ত-নুবা ওাইবা য়াদবা – তওাইকদবা, চত্তবা হওনদবা – চত্তহৈদবা, তৌদবা য়াদবা – তৌদকদবা। মতৌ

অস্থম চত্তকদবা, চুমদকদবা, শী৽থাদকদবা, পাইহৈদবা অসিনচিংবা।

## কর্ম্মধারয় ( থৌরমচেনবা ) সমাস

২২। বিশেষ্য বিশেষণ পদ অনী তিন্নখিদনা বিশেষ্য পদতগী অর্থনা মপুং ওইরবা মাহুবু কর্ম্মধারয় সমাস কৌয়ে ( )। সমাস অসিদা বিশেষণ পদনা অয়াম্বা মফমদা মমাং থংলৈ (১)। মাহুদি—মহান ( মহা ) ওইরবা দেব=মহাদেব, মহান ওইরবা রাজ=মহারাজ (৩) সৎ ( অফবা ) ওইরবা জন ( মী )=সজ্জন, ফজবা ওইরবা অঙাং=ফজবা অঙাং, হুংসিবা পোক্লকপা লমদম=হুংসিলমদম, মাষ্টর ওইরবা সাহেব=মাষ্টরসাহেব, হেড ( মকোক ) ওইরবা পণ্ডিত=হেডপণ্ডিত। মতৌ অস্থম মহাদেশ, মহাদ্বাদশী, মহানদী,মহাশক্র, অথুবারাহৈ, ভদ্রলোক,মহাশয়, মহাপুরুষ, মহাজন, জজসাহেব, রাজাসাহেব, ব্যারিং (bearing) চিঠি, ডবল পৈশা ( pysa ) ভদ্রমহিলা ( অচৌ-অশাংবী ), অচাচেঙ অসিনচিংবা।

২৩। কর্ম্মধারয় সমাসকী বিশেষণ পদ অসি করিগুম্বদস্থ মতুং থংলৈ। মাহুদি—থম্বাল অঙৌবা, থরো অসংবা, য়ুম অহাঙ্বা,

(১) কর্ম্মধারয় সমাসকী বাহৈদা 'ওইরবা' 'কৌবা' 'অস্থম্বা' 'মানবা' শব্দ শীজিন্নৈ। মাহুদি—মগুণ চেনবা অস্থম্বা মাইবা=মগুণচেনবা মাইবা মণা বানবা লৈ=মণাবৈ, অচৌবা ওইরবা পণ্ডিত অচৌবা।

(২) বিশেষ্য বিশেষণগা তিনগ্রগা বহুব্রীহি সমাসস্থ ওইবৈ। অহুমদি ওইরবদা কর্ম্মধারয়গা লোম্বননা থায়রবদি অসিনে, কর্ম্মধারয় সমাসদা

লম অকোকপা, মাণ্ডব অচৌবা, পণ্ডিত অচৌবা, পাঙ্খি শঙ্লাকপা, খাবম লাকপা, নহারূপ লাকপা, খাত্রাকপা, মহৈ-হৈবা, ছুমাং অপাকপা, লৈ-খোম হোম্বা, চাক অথোংপা, ঈশিং অরুবা, মোরোক অশাবা, খুড়াঙাং, ওঝাহন অসিনচিংবা।

২৪। করিগুম্বদস্থ কর্ম্মধারয় সমাসগী মতুংথংবা বিশেষণ পদ অহু ওংদা হোংদোকখি। মাহুদি — ওঝা অনৌবা — উনৌ, যুম অচৌবা — যুমজাও, হয় মপী — হৈ-বী, হয় অথাবা — হৈ-খা, কি অয়ানবা — কীয়ান, রাই-অরোকপা — রাইরোকপা, লম ময়ায় — লময়ায়, লম-অয়েম্ব — লময়েম,সন অচৌবা — সজাউ,মী অচোইবা — মীচোই, মী অচৌবা — মীচাউ, খৌ অথোনবা — খোদোন, হুই অথৌবা — হুইথৌ, লং অপওবা — লংবও, পুক অচোনবা — পুকচোন লম অতোংবা — লমদোঙ্;মতৌ অসুম মীপিক, চৈ-শাং,চনৌ, হৈ-নৌ

চঙ্লিবা বিশেষ্যগী অর্থনা মপুং ওইরে। বহুব্রীহি সমাসদনা চঙ্লিবা বিশেষ্যগী অর্থ মপুং ওইরদনা মাহুদগী হেন্দোকপা করিগুম্বা অর্থ ফোংদোক্লে। মাহুদি — কোকঙাং, কর্ম্মধারয় সমাস ওইরবদি মকোক ঙাংবা অসুম খঙ্নৈ; অদুগা বহুব্রীহি সমাস ওইরবদি কোক অঙাংবা খঙ্হন্দনা মকোক ঙাঙ্লিবা মী মহাক্তবু খঙহনগনী।

(৩) কর্ম্মধারয় সমাসগী অর্থ ফোংনবগী দমক, বিশেষণ পদগী মতুংদা 'ওইরবা', 'অসুবা', 'পোক্লকপা' অসিনচিংবা ব্যাসবাক্য ( সমাস বাক্ত ) শীজিন্নৈ। মাহুদি — অহাউবা ওইরবা ঙমোক, — অহাউবা ঙমোক, অথুবা পোক্লকপা চু — অথুবা চু, উইগনবা অসুবা অঙাং — উইগনবা অঙাং।

অদুগা সংস্কৃতদা মহৎ শব্দগী মকমদা মহান (মহা), রাজন শব্দগী মকমদা রাজা ( রাজ ) আদেশ ওইরে।

হৈ-রি, হৈ-থুম, উনৌ, হৈ-জাও, কৈ-জাও, লো জাও, লমগং, উক, খোজাও, পাংজাউ, ওা-চাউ. কৌথোক, চাউথোই, হাওজৌ, লাজাও, যন্দো, ওরায়োক, চঙ্গিক. চশা, চনৌ, কি-জাউ, কী-বৌ, কাঙ্গোয়. সুংগন, হৈ-রোল, হৈতাং, নখোন, খোয়দোং, খোঙ্গৌ অসিনচিংবা।

২৫। উপমেয় ( চাংদমগদবা ) অমসুং উপমান (চাংদমারবা) পদদা কর্ম্মধারয় সমাস ওই ; হায়বদি পোং অমবু অতোপ্পা অমগী রূপ ( মশক ) ওইনা চাংদমবা খঙ্নবা মাচবু উপমিতি কর্ম্মধারয় নত্রগা উপমিতি সমাস কৌই। (১) উপমান পদ অংস করিগুম্বদা মমাংদা নত্রগা মতুংদসু থংলৈ। মাদুদি—সণাগুম্বা চরণ ( খুইয়া ) নত্রগা চরণ মানবা সণা—সণাচরণ ( স্ণা চরণ), চরণগুম্বা কমল নত্রগা কমল মানবা চরণ—চরণ—কমল, মায়খোং-গুম্বা খা, নত্রগা খা মানবা মায়খোং=মায়খোং-খা খামানবা মকোয় —খাগোয় ; লতৌ অসুম সণারৈ, কুন্দারৈ, পখোংলৈ, খুইয়া থম্বাল অসিনচিংবা।

২৬। পন্‌ব, খোইবা, কৌবা, মানবা অসিনচিংবা মধ্যপদ ( মরকরাতা ) লোংখিবা, বিশেষ্য পদ অনিনা ওইবা সমাস অদুবু মধ্যপদ লোংপী (মরক রাতা লোংপী) কর্ম্ম ধারয় সমাস কৌই। মাদুদি—অমা পনবা তরা=মাপন, অমা খোইবা তরা—তরা-মাখোই, কৌক্র কৌবা চীং—কৌক্রচীং, য়োং মচু মানবী—য়োং-মানবী, নাতোন লংবা [লাংবা]—নাত্রং, মুনদা লোইবা শা—মুমশা, লওরুং শঙ্গী পুরেল,—লৌরুংপুরেল, খাবম পানাগী লাকপা= খাবমলাকপা, থজোং মায়া লাংবা—থজোং অয়াংবা, সিংহ য়েকপা

(১) কমা অমনা রূপ (গুম্বা) শব্দ লৈরবদি রূপক কর্ম্মধারয় হায়নম্

আসন (ফমফম) - সিংহাসন, য়োং মখোংহৎমশুবী - য়োংচ্ছুবী, চৈ শীং ককনা লাকপা চৈরাপ, লওনম্বা ঈশিং পন্নবা পন - লওনম্বান, মোগললনা পুরকপা হন্নাই - মংগলহৌরাই, শগোন চানবা হৌরাই, শগোল হৌরাই, খা-শীনা পুরকপা লৈ-হাও - খাশীলৈহাও, থম্বান মানবা হিদাকপু - হিকপু থম্বান, ঘীদা হৌবা তল -ঘীতল, মণি শানখোকপা পুর - মণিপুর (দেশ)। মায় উদনবা খনবা = মায়খন, য়ু উদনব. খনবা - য়ুখন। মত্তৌ অসুম চেংঙৌ. চুঙাং পুকচোন, খাইরাকপা, য়াইস্কুল্লাকপা, খুড়াইলাকপা, চাকা, খাউতল, লমশা, বিষ্ণুপুর অসিনচিংবা।

## দ্বিগু (চবুন) সমাস

২৭। সংখ্যাবাচক (মশীং খঙ্নবা) শব্দনা মমাংথংদনা সমাহার (অপূনবা) অর্থ খঙ্নরবদি, মাদুবু দ্বিগু সমাস কৌনৈ। মাদুদি - সপ্ত (তরেৎ) অহ (নুমিৎ) গী সমাহার (অপূনবা) - সপ্তাহ, পঞ্চ (মঙা) অমৃতগী সমাহার - পঞ্চামৃত, পঞ্চ প্রাণগী সমাহার - পঞ্চপ্রাণ, পঞ্চ গব্য (সন্দীখোক পোং) গী সমাহার - পঞ্চগব্য, নব (মাপন) রত্ন (রতন) গী সমাহার = নবরতন, দশ (তরা) আনন (মমায়) গী সমাহার - দশানন (রাবন), চথুঃ ভুজ (পাম্বোম) গী সমাহার = চতুর্ভুজ (বিষ্ণু) পঞ্চ আনন (মায়) গী সমাহার - পঞ্চান (শিব), দশ ভুজ (পাম্বোম) গী সমাহার = দশভুজা

---

কৌনৈ। মফম অসিদা সমাস বাক্যদা (বাহৈদা) 'গুম্বা' 'মানবা' অসিগুম্বা 'অদুমানবা' শব্দশিং চয়ে। অদুগা উপমান অমসুং উপমেয়গী খ্যেন্নবা - 'চন্দ্রমুখি' বাতা অসিদা 'চন্দ্র' উপমান অমসুং 'মুখী' উপমেয়। মত্তৌ অসুম করকমল, কমলকর, মুখচন্দ্র, পাদপদ্ম অসিনচিংবা।

স্ত্রীলিঙ্গ দুর্গা ), তি ( অহুম ) ভুবন ( পৃথ্বী ) গী সমাহার = ত্রিভুবন ত্রি সন্ধ্যাগী সমাহার—ত্রিসন্ধ্য , ত্রি ফল ( মহয় ) গী সমাহার— ত্রিফলা ( আমলকী, হরীতকী ; বহেড়া ) ; ত্রি শূল (তাশোন) গী সমাহার—ত্রিশূল। মতৌ অসুম দ্বিভুজ, ত্রিভুজ, ত্রিনাথ, দ্বিপ্রহর, (তুমিৎয়ুংবা), দোতলা অসিনচিংবা।

২৮। মণিপুর ভাষাদাদি মশীং খণ্ডনবা শব্দনা মতুং থংলে, অতুগা লোঙবা, ফংবা, পানবা অসিনচিংবা শব্দনা লোয়্নবস্নু য়াওই। মাহুদি কুমজা চামা মশীংগী অপূনবা কমচশীং, ল-ম্ মরিগী অপূনবা—ল-ম্লোং মরি কাংবা, উছা অহুমনা পুল্লবা—উছাহুম লোঙবা, মখোঙ মখোঙ মরিগী অপূনা—মখোঙ মমিপানবা মখোঙ্ অহুমগী অপূনবা = মখোংহুমপানব, অসিনচিংবা।

## বহুব্রীহি সমাস

২৯। পদ ( হাতা ) কয়ামরুমনা সমাস তৌবা সমস্ত পদদা মখোয়গী করিগুম্বা অর্থ খঙহন্দনা অতোপ্পা অর্থ খঙনরবদি মাহুবু বহুব্রীহি সমাস ( ১ ) কৌই। মাহুদি—পীত ( নাপু ) অম্বর কি )= পীতাম্বর ( নাপুকি ) খঙনরিবা অসি কর্ম্মধারয় ওইররে। তোইগুম্বসুং "পীতাম্বর" শব্দ অসিদা, পীতবর্ণ ( নাপু মচু ) অমদি অম্বর ( কি ) মসিগী করিগুম্বা অর্থ খঙহন্দনা নাপুমচু কি শেং-ইল্লিবা মহাক্কবু ( শ্রীকৃষ্ণতবু ) খঙহল্লি বহুব্রীহি সমাসদা।

(১) বিশেষ্য অনী নত্তগা বিশেষণ বিশেষণনা বহুব্রীহি সমাস ওই। মাহুদি—শূলপাণি = তাশোনখুৎ (শিব), পীতাম্বর = নাপুকি ( শ্রীকৃষ্ণ )।

৩০। বহুব্রীহি সমাসকী বাক্যদা ( রাইদা ) 'অন্থ' 'অদো' 'মহাক' শব্দ কয়ামরুম শীজিন্নরৈ। মন্থদি = দেশ ( তরা ) আনন ( মায় ) পানবা মহাক অন্থ - দশানন (রাবণ, বীণা পাণী (খুত্তা) পায়বী মহাক অন্থ — বীনাপাণী ( সরস্বতী), মহান্ আত্মা ওইরিবা মী মহাক অদো = মহ'ত্মা, মী অপিকপা ওইবা মহাক অদে — মীপিক, মকোই চোম্ব' মী মহাক অদো — কোইজোম্বা, ত্রি (অহুম) লোচন ( মিৎ ) পানবা মহাক অদো = ত্রিলোচন (মহাদেব), মহা- ওইরবা বীর ( অকন-অথৌ ) মহাক অদো = মহাবীর (হনুমান), মশা নোয়রবা মী মহাক — শানোয়, ময়াং কংলবা মী মহাক — য়াঙ্গংবা, ( ফুংপদা ) নু'গুম্বা হৌরাই ( জাৎ ) অদো — নু'হৌরাই অসিনচিংবা

৩১। বহুব্রীহি সমাসদা সংস্তপদ ওথাক বিশেষন ওই অমসুং মমিং থঙ্নরদি বিশেষ্য ওইরৈ। মান্থদি — স্বর অন্তদা মমৈদা ) থংবা ( লৈবা ) মাদো — স্বরান্ত, নিনবা মপুং ফারবা থা মাদে — থানিন, লম্বী লোঙ্বা ওইরবা মফম — লয়োঙ, হাজার ( লিশীং )গী লুচিংবা মী মহাক — হাজারী ( ফম ), চাউবা অতোম্বা মহাক — চাউতোন নত্রগা চাউতোন, মমিং তাঙ্বা মী মহাক — মিতাংবা, মরাইবক্তা তাঙ্বা মাদো = লাইতাংব, ( স্ত্রীলিঙ্গদা ) লাইতাংবী, সের মঙা চাংদমগী থল মাদো = সের মঙাগী থল, মোইরাংবু ( খোম্রকুনা ) ফুমথিবা মফম — মোইরাংখোম, মরীল — ঈরমগী ) লোম্থিবা মফম — লিপ্লোং নত্রগা লিলোং, মতোমতা পামিন্নবা মখোয় অদো — তোম্বাং, মতোমতা লৈবা ওইবা ( মী নত্রগা পোৎ ) = নাইতোম, শনোংবগী কায়থিবা হি মাদো =

শনোংবা- হিগায় শিথরকপা ওইবা খোন মাদো — খোনশি মীনা কপ্পা লাউবা মখোন মাদো — মীকপ—মীরাউখোন, শাউনীংবা লেমনীংবা মী মহাক — শাউনীং লেমনীংবা, লৈতবা লাঈরবা খঙ্বা মী মহাক — লৈত লাঈর খঙ্বা অরাংপা অপাবা লৈতবা মী অদো — অরাং-অপা নাইদবা, মুম মতোমতা তোপ্লবা মাদো — মুংদোম্বোক। মতৌ অসুম চাউত্তৌ, চীন্থৌবা, মীনম্বা, মায়থীবা, মারথাবা, মীহাৎপা, শকথী অসিনচিংবা।

৩২। 'না' (নত্তবা) অর্থ খঙ্নবা অব্যয়গা লোয়ননা বহুব্রীহী সমাস ওই। মাহুদি—নাই (লৈতবা) অন্ত (খম্বা) মাহুগী — অনন্ত, নাই দয়া (থৌজান) মশাদা মহাক — নির্দ্দয়, ঈকাইবা খঙ্ত্রবা মী অদো — ঈকাইখঙত্রবা, হুংশিবা হৈত্রবা মী মহাক — হুংসিহৈত্রবা, তৌবা ঙমবা লৈত্রবা — তৌঙমত্রবা।

৩৩। অমগা অমগা জাং অমত্তগী ক্রিয়া (থৌওং) মতৌ খঙনরবদি বহুব্রীহি সমাস ওই। মাহুদি — খোঙ্গা খোঙ্গা কাওনবগী মশানা — খোঙ্গাওবী, চৈগ্যা চৈগ্যা হাইনবী কুর্ম্বে — চৈ-হাইনবী, ছমগা ছমগা চিংনবা থৌওং — ছমজিংনবী, কিনগা কিনগা থিরবী মশানা — কিন্থিরবী, থাঙ্গা থাঙ্গা হাইনবী লান — থাং-হাইনবী। মতৌ অসুম, মীত্তিন, মরুপ, মপাং (মাগী ২ মপা) মৈনচুনবা (অমগা ২ কুনবা) অসিনচিংবা।

৩৪। মণিপুর লো-নগী অয়াম্বা মুরাক (শাগৈ) বহুব্রিহী সমাস ওই। মাহুদি — শৌ মপাম (সাকম) ওইথিবা মী মহাক মত্রগা মযুম — শৌবাম, শৌ কাইবা হৈবা মী মহাক নত্রগা

মযুম=শৌজাইজম, য়েল অয়াংবা লোইবা মী মহাক নত্রগা মযুম-য়েল্লাংবম, য়েল্লাউ কোকহনবা মী নত্রগা যুম্বু—য়েঙ্কোকপম, ওয়না (শাক্কা-লাক্কাদা) নমদ্না কাবা=ওয়নাম. (নিংথেমদা) শা কংখিবা মী মহাক নত্রগা যুম্বু-শাপপ্পম; অসুম তৌনা—য়াংখৈরাকপম, য়াইখোম, য়েঙ্খোম, খোইঙ্কাম, হৈঙ্কাম, য়ায়েম্বম, য়েঙ্ম্রেম্বম, থুঙ্গ্রাকপম, চৌঙাখম, হাওরোংবম, হাওয়োকচম, হাওদৈজম, ত.ক্ষিণচংবম, ককচীংতাবম, খোংখা (—গা) তাবম, কোংব্রাই (কোংবলাই) লাপ্লম ফুররাই (ফুরালাই) লাপ্লম, লাইমযুম, কোঙ্গেংবম, লামপুবম, হঞ্জবম অসিনচিংবা।

৩৫। <u>উপমান</u> (চাংদম্বা) অমসুং <u>উপমেয়</u> (চাংদমদোবা) ভাবকী বিশেষ্য পদ অনিনস্ত্র বহুব্রীহি সমাস ওই। মাতৃদি=চাঁদ (থা) মানবা বদন (মায়থোং) মাগী—চাঁদ-বদন, চাঁদ-বদনী (স্ত্রী), হুমিং মানবা লৈ মাদো—হুমিংলৈ, পশোং মচু মানবা লৈ—পশোংলৈ, শজি মিন্তামানবী কনাগুম্বী—শজিমিন্তাতাবী, অসিনচিংবা।

চংনগ্রবা মৈতৈলোন্দা বহুব্রীহি সমাসকী উদাহরণ (ফিদম)। মহা অহুম পানবা উ—মহাহুম লোওবা, উতোং অনি পানবা—উতোং অনীরোংবা লোংমৈ, ছম মকক=ছমকক (ওংদা), নাতোন মতেক—নাতেক, থক্তা খেন্নবা পোং—থাখন, যুম অমা অমা লো-ম্নবা মতৌ—যুমলোম্নবা, উ য়া অমা অমা লোম্নবা মওং—উয়ারোনবা। মতৌ অসুম তুরোনবা, মীরোনবা, হৈরেন, উকক (কক্লবা উ), তেংথক (অনৌবা), যুথকোক, চুহুকোক (-কোত্), ছমদোন, তোম্বা (অতেনবা মশা নত্রগা পোং), ওারিল (লিল

মানবী ভা ), ভাপ্রেম ( মপুম ), তম্দুম (মতুম), কাংতুম ( দ্রুম ), লৈ-ভেম, রা ওইবা লৈভবা মী – রা-ওইদবা, থোওইদবা, থোনাইদবা, বে ইজ্জৎ ( ইজ্জৎ লৈতবা ), বে-ইমান ( বিশ্বাস লৈতবা), নম্বর তরা ওইবা মাংগী – নম্বর তরাগী, মোণ অনী চাংদমগী – মোণ অনিগী, ভুষ্ট ( অনী ) মাহী ( থাপী ) লোকপা কো – দোমাহী (দাযাই,'হু) কোপোৎ নীপাল চাংদমগী গাড়ী – কোপোৎ নীপানগী গাড়ী।

## অব্যয়ীভাব ( শাস্নোংলেপকী ) সমাস

৩৬। অব্যয়গা লোয়ননা অতৈ পদগা সমাস ওইরবা মাগুবু অব্যয়ীভাব সমাস কৌই। অব্যয় শব্দনা অর্থ মপুং ওইবদগী মমাংথাবৈ অতগা মতৈরোম্নদি মতুংথংলে। অব্যয়ীভাব সমাস অসি মথন কয়ামুক থোক্না থাইরি। মাতুদি—

সামীপ্য ( মনাক্না )—তুরেনগী ম পান – তোর্বান. মতো অমুম থোঙবান, ল-স্বান, হি-বান অসিনচিংবা।

বীপ্সা ( হয়া হয়া ) – নোংমা নোংমা নিত্তিগী, চেমা চেমা চোংবা – চেক্নোং, চানলা চাউনা লাংবা – চানরাং, অমুমক্তোনা মী মী – মীথুদিং, থোঙ থোঙ – থোঙথুদিং; কুমথুদিং মুমিং মুমিংথুদিং,, কপ্লোক অসিনচিংবা।

অভাব ( অরাংপা )—নিঃ ( য়াওদবা ) আমিষ (মাংস) – নিরামিষ, থুম য়াওদবা – থুমনমদবা, পাপ লৈতবা – পাপ চেন্দবা, অকায়বা লৈতবা – কায়দবা, হৈবা নাইদবা হৈতবা, হৈনমা

খোক্তবা — হৈনদবা, চাকয়াংপা — তাঙওবা কৌ অহাম্বা — কৌরাম অসিনচিংবা।

পর্য্যন্ত ( ফাওবা ) — নাহাদগী অহনফাওবা — নাহাহন, খোঙদগী তোনফাও — খোঙতোন ; অস্তুম তৌবা অয়ুকহুংদাং অতোঙ অকূং।

সাদৃশ্য (মান্নবা) — য়ারী য়াতাই, শামান লৈংমান্নবা, খোং-জোং মাংজোং, মরূপ মপিক্তা, খোন মান্নবা মথাং — খোংহ্মাং অসিনচিংবা।

চংনবী মৈতৈরোন্দা অব্যয়ীভাব সমাসগী উদাহরণ (ফিদম) — নিত্তি নিত্তি — নৈখাকী, পোয়া পোয়া — পোয়াথুদিং, পোকপদগী শিবা তানবা — পুন্সিচুপ্পা, বে-কায়দা ( কায়দা চাদবা ), থুম্মদবা ( থুম য়াংপা ), য়ায়েঙ্কে কানবা ( আইন কায়বা ), কুইরবা অর্থদা চাংশংনা ভাংবা — ভাংশং-ভাংবা, মুচুকনা মুবা — মুচুক মুবা, ভৌরোক্না ভৌবা — ভৌরোক-ভৌবা।

## সমাসাবিশেষ ( খাইদোকপা )

৩৭। সমাস য়াতা অয়াম্বা নিয়ম নাইদনা ( কায়না ) পাঙথোকপা অদুবু নিপাতন সিদ্ধ কৌনৈ। মাদুদি — চন্দ্রাচার, খাম্বেক্কার, লকুচার, কু ( ফত্তবা ) ওইবা পুরুষ ( মীওই ) মহাক — কাপুরুষ, পঞ্চ ( মঙা ) অব ( ঈশিং ) গী সমাহার — পঞ্জাব, বিশ্বগী ( জগৎকী ) মিত্র (মরূপ) মহাক — বিশ্বামিত্র, কালী কংপা শা ( চানা ) — কালিশা, য়োংগী মচাক — য়োংচাক, চুইগী মচা — চুইনাও, খোনগী মথাং — খোহ্মাং, খিত্তা খাবা — খাতকপা, য়োনা ভাংবা — ভাংশংভাংবা, অতোপ্পা দেশ — দেশান্তর, চয়ণ খুদমগী

পাহাড় = চরণপাহাড় গো ( সন ) গী ষ্ঠ ( স্থান—লৈকয় ) — গোষ্ঠ, চাক মানবা হোৱাই — চাকহোৱাই, চাক মানবা হন — হঞ্চাক, চণ্ডীগী দাস (মনাই) — চণ্ডীদাস, খড়ি চৈ — খড়চৈ, কগী উপাক — কর্ব্বাক ( কা ), শা ফুঙ্গা ( চৈনবা ) চৈ — শাচৈ, হক শেন্নবা পোৎ — হকশেন, থুম তংবা থৌ — থুমদংবা, চংদম্বা য়েন্দম্বা, শুকপনা পেংগ্ৰবা = শুকগ্ৰবা, খা-না য়াকপা + খায়াকনবা, ভানা তংবা — ভাতংবা, খানা সীনবা — খাসীন অসিনচিংবা।

৩৮। কারকতনা সমাসগী মরু অমনী। কারকশিং অসি অনিত্যনী (লেপ্তুবনী), অর্থ অমত্তা ওইদনম্নু করিগুম্বা পদগী মথক্কথা অয়াম্বা সমাস ওইরবা য়াই। থুদম কয়ামক্কম মথাদা উৎলক্নী।

মাতুঙ্দি —

সণ্ঢ খুজি (ষ্ণ) = {সণাগী খুজি নত্রগা / সণানা সাবা খুজি} ষষ্ঠীতৎ নত্রগা মধ্যপদ-লোপীকর্ম্মধারয় সমাস।

খা মচেৎ {খাগী মচেৎ নত্রগা / মচেৎ ওইরবা খা} ষষ্ঠীতৎ নত্রগা কর্ম্মধারয় সমাস।

পন্দিত অচৌবা — {অচৌবা ওইরবা পণ্ডিত / নত্রগা পণ্ডিত মরক্তা / অচৌবা} কর্ম্মধারয় নত্রগা নির্দ্ধারণা সপ্তমী তৎপুরুষ।

চাহাও — {অহাওবা চাক / চাবদা হাওরবা} কর্ম্মধারয় নত্রগা সপ্তমী তৎপুরুষ।

কবোথুম — {কবোগী থুম কবোদগী / লাকপা থুম} ষষ্ঠীতৎ নত্রগা পঞ্চমী তৎপুরুষ।

| | | |
|---|---|---|
| বিষ্ণুপুর = | { হিষ্ণুগী পুর নত্রগা<br>বিষ্ণু লৈরম্বা পুর } | ষষ্ঠীতৎ নত্রগা মধ্যপদ-লোপী কর্ম্মধারয়। |
| মকোক মথৈ = | { মকোক ১স্তু° মথৈ নত্রগা<br>মকোক্তগী মথৈ } | দ্বন্দ্ব সমাস নত্রগা পঞ্চমী তৎ। |
| ঈশিংকল — | { ঈশিং°গী কল (কো) নত্রগা<br>ঈশিং থিম্নবা কল (:কোল) } | ষষ্ঠীতৎ নত্রগা মধ্যপদলোপী কর্ম্মধারয়। |
| চীংখঙ্খোম্বা = | { চীং ১স্তু° তম (থম্) নত্রগা<br>চীং তম (অনী) বু কোনবা<br>(খোনবা = খোম্বা) } | দ্বন্দ্ব সমাস নত্রগা দ্বিতীয়া তৎপুরুষ। |

## বিশেষ্য বিশেষণগী ম্রাতা-মথন

বিশিষণগী অথোই-অহেন মগুণ থঙনবগী প্রত্যয় কয়ামক্রম লৈ, মীতৈরোন্দা 'রবা' 'লব' 'প্রব' প্রত্যয় (মৈতপ) লোই। 'তর' 'রব' প্রত্যয়না মগুণ থরা হেনবা অহুগা 'তম''প্রবা' প্রত্যয়না পুমহেন হেনপ্রবা থঙলৈ (১)।

মাহুদি—

| মীতৈরোন্দা— | Positive | Comparative | Superlative |
|---|---|---|---|
| | কজবা | কজরবা | কজপ্রবা |
| | অথীবা | থীরবা | থীপ্রবা |

(১) প্রত্যয়শিং অসিবু ইংরেজীদা Positive, Comparative & Superlative degree হায়না কৌনৈ। মাহুদি—little less least good better best.

| | | |
|---|---|---|
| অনৌবা | নৌরবা | নৌগ্রবা |
| অথোংপা | থোংলবা | থোংগ্রবা |
| অতনবা | তম্নবা | তনগ্র বা |
| | | অসিনচিংবা |

## নিশ্চয়ার্থক ও অনিশ্চয়ার্থক ( অরেপ-লেপ্ত খঙ্‌নবা ) শব্দ

### ( Affirmative & Negative words )

### মণিপুর শব্দ

| নিশ্চয়ার্থক ( অরেপ্পা খঙ্‌নবা ) | অনিশ্চয়ার্থক ( লেপ্তবা খঙ্‌নবা ) |
|---|---|
| মানবা | মান্নদবা |
| লাইবককবা | লাইবকথীবা |
| অচুম্বা | চুমদবা |
| য়েনাকথুনবা | লাঙ্গৈরবা |
| চানবা | চানদবা |
| অশিংবা | অপঙ্‌বা |

## প্রত্যয় তপ্নবা বিশেষণদগী বিশেষ্য পদ

৪। বিশেষণ পদগী মতুংদা বা, মা অসিনচিংবা তদ্ধিত প্রত্যয় তপছিনগ্রগা বিশেষ্য পদ ওনথা। মাহৃদি—

### মণিপুর শব্দ

| বিশেষণ | বিশেষ্য | বিশেষণ | বিশেষ্য |
|---|---|---|---|
| অশোনবা | মশোন | কজবা | মকজা |

| | | | |
|---|---|---|---|
| অচৌবা | মচাউ | লাঈরবা | মরাঈরবা |
| চীংলেম্বা | চীংলেম্বা মতৌ | অতোনবা | ম তোন |
| অকাওবা | মকাও। | | |

## ধাতু মৈ-তপ পাম্বেনা শব্দ মশেম

৫। বিশেষ্যদগী বিশেষণ

| ধাতু | | প্রত্যয় | | বিশেষ্য | বিশেষণ |
|---|---|---|---|---|---|
| কৌ | + | বা | = | কৌবা | অকৌবা |
| চা | + | বা | = | চাবা | অচাবা |
| লও | + | বা | = | লওবা | অরওবা |
| তুম্ | + | বা | = | তুম্বা | অতুম্বা |
| থক | + | পা | = | থকপা | অথকপা |

৬। মমাং প্রত্যয় লাকপদগী বিশেষণদগী বিশেষ্য।

| প্রত্যয় | | ধাতু | | বিশেষণ | বিশেষ্য |
|---|---|---|---|---|---|
| অ | + | থোং | = | অথোংপা | মথোং |
| অ | + | থন্ | = | অথন্বা | মথন্ |
| অ | + | কাই | = | অকাইবা | মকাই |
| অ | + | পও | = | অপওবা | মপও |
| অ | + | থা | = | অথাবা | মথা |

৭। মতুং প্রত্যয় তপ্পদগী বিশেষণদগী বিশেষ্য

| ধাতু | | প্রত্যয় | | বিশেষণ | বিশেষ্য |
|---|---|---|---|---|---|
| তৌ | + | ছিন্ | = | তৌছিনবা | মতৌছিন |
| লৌ | + | ছিন | = | লৌছিনবা | মরৌছিন |

| ধাতু | | প্রত্যয় | | বিশেষণ | বিশেষ্য |
|---|---|---|---|---|---|
| থন্ | + | জিন্ | = | থন্জিনবা | মথনজিন |
| হন্ | + | জিন্ | = | হজিনবা | মহজিন |
| থক্ | + | চিন্ | = | থকচিনবা | মথকচিন |

বিশেষ্যদগী বিশেষণ।

৯। বিশেষ্য পদগী মতুংদা প্রত্যয় (মৈতপ) থরা তিনছিন্নহনা বিশেষণ পদ শেমনৈ। মাহুদি—

মণিপুরি শব্দ

| বিশেষ্য | বিশেষণ | বিশেষ্য | বিশেষণ |
|---|---|---|---|
| লৌশিং | লৌশিংকবা | পাপ | পাপচেনবা |
| জ্ঞান | জ্ঞানতাবা | খুল্লক | খুল্লকী ওইবা |
| লৈবাকমচা | লৈবাকমচা তাবা | অরাবা | রারবা |
| লৈ | লৈছাংলবা | বেদান্ত | বেদান্তহৈবা |
| ন্যায় | ন্যায়হৈবা | অতিথি | অতিথিগী ওইবা |

১০। মাগী মাগী দেশগী ওইবা অর্থদা বিশেষ্যদগী বিশেষণ ওইরৈ। মাহুদি—

| বিশেষ্য | বিশেষণ | বিশেষ্য | বিশেষণ |
|---|---|---|---|
| বৃন্দাবন+ঈ | বৃন্দাবনী | অহু | অহু |
| জয়পুর+ঈ | জয়পুরী | অহু | অদু |
| রোগ+আ | রোগা | মনা | মাগনবা |
| ধার+আল | ধারাল | মথে | থোরবা |
| বাণারস+ঈ | বাণারসী | — | — |

| বিশেষ্য | বিশেষণ | বিশেষ্য | বিশেষণ |
| --- | --- | --- | --- |
| বিলাত + ঈ | বিলাতী | — | — |
| ঝগড়া + টে | ঝগড়াটে | খংনবা | খংনগনবা |
| কলকত্তা + ইয়া | কলকাত্তিয়া | — | — |

## কৃ-প্রকরণ ( কৃংকাণ্ড্লোন )

১। সংস্কৃত ধাতু মমৈদা তোঙান তোঙানবা অর্থদা প্রত্যয় (মৈত্তপ্) কয়ামরুম তিঙ্খিল্লগা কৃদন্ত শব্দ ওইরে। প্রত্যয় ময়াম অসিবু কৃত প্রত্যয় কোই। কৃত প্রত্যয় তপ্নরগা থোক্লকপা শব্দ অহুদা ক্রিয়া বিভক্তি তপ্নছিল্লবদি মাদুবু কৃদন্ত পদ কোই।

২। কৃৎপ্রত্যয় অসি বাচ্য অনিথোক্লা খাইরি—কারক বাচ্য অমসুং ভাব বাচ্য।

৩। কারক বাচ্য মথন তরুকনি। মাদুদি—কর্ত্তৃবাচ্য, কর্ম্মবাচ্য, করণবাচ্য, সম্প্রদানবাচ্য, অপাদানবাচ্য অধিকরণবাচ্য।

(ক) কর্ত্তৃবাচ্য— ইরিবা মহাক— লিখ + ণক = লেখক ( অইবা ); তৌরিবা মহাক— কৃ + ণক = কারক (অতৌবা ); মরী মথোঙ তাক্লিবা — পরি-চি + ণক্ — পরিচায়ক ( অতাকপা ); ণক্ প্রত্যয়গী মফমদা অক্ লাকই ( ণক্ — অক্ )।

(খ) কর্ম্মবাচ্য—তৌরিবা থো - কৃ + ঘ্যণ (য) = কার্য্য ( থবক ); ভাঙ্লিবা রা — বচ্ + ঘ্যণ্ = বাচ্য নত্রগা বাক্য ; নীংলিবা থো—ভজ্ + ঘ্যণ্ — ভাগ্য। ঘ্যণ্ প্রত্যয়না মতুং খংলবা ধাতুগী মমৈ থংবা চ অমসুং জ মফমদা মথংশিংনা ক্ অমসুং গ্ ওইরে। ঘ্যণ্গী মফমদা য লৈহোই (ঘ্যণ য)।

(গ) করণবাচ্য—করিগুম্বগী মতৌনা তৌবা—কৃ + অনট = করণ (মতৌ) নীংশিংবা— স্মৃ + অনট্ = স্মরণ (মনীংশিং)।

(ঘ) সম্প্রদানবাচ্য—কনাগুম্বদা দান তৌকম ওইবা—দা + অনীয় = দানীয় ( দান পীকম ওইবা )।

(ঙ) অপাদানবাচ্য - কনাগুম্বদগী অকিবা পোকপা—ভী + মক্ = ভীম্ ; মক প্রত্যয়গী ক্ লুপথি 'ম' লৈহৌই (মক = ম)।

(চ) অধিকরণ বাচ্য—করিগুম্বা মফমদা তুম্বা – শী + ক্যপ + আ স্ত্রীলিঙ্গদা = শয্যা ( ফম্মুং )। ক্যাপ্কী 'য' লৈহৌই, কপ্ লুপখী ( ক্যপ্ = য )।

(ছ) ভাববাচ্য উবগুম্বা থৌ—দৃশ + অনট্ = দর্শন ( উবা ) মতৌ অস্থুম নোকপগুম্বা মতৌ – ম + :নাক = মনোক ; কপ্পগুম্বা মতৌ – ম + কপ্ = মকপ , অস্থুমতৌনা মচৎ, মহায়, মরোল, মচা, মপা অসিনচিংবা।

## মৈতৈ কৃৎ প্রত্যয়

৪। কারকবাচ্য অমস্থং ভাববাচ্যদা, মৈতৈ লোন্দ ধাতুমতুং 'বা' 'পা' প্রত্যয় ওইরে। মাহুদি—

| মৈতৈ | মৈতৈ |
|---|---|
| কা + বা = অকাবা | থোং + বা = অথোংবা |
| চাম্ + বা = অচাম্বা | থম্ + বা = অথম্বা |
| চা + বা = অচাবা | চৎ + পা = অচৎপা। |

৫। অতৈস্থ মৈতৈলোন্দা ধাতু মতুং ই, আয়, ও, কনি, গনি অসিনচিংবা ধাতু প্রত্যয়শিং চৎনরি। মাহুদি –

| মৈতৈ | মৈতৈ |
| --- | --- |
| ( ওইবা )－ও＋ই－ওই | চা＋য়－চায় |
| চৎ＋পা－চৎপা, চৎপদা | |
| চা＋ও＝চাও | চৎ＋কনি＝চৎকনি |
| চাল্＋আইনবগী－চলাইনবগী | পা＋বদা ＝ পাবদা |

## সংস্কৃত কৃৎপ্রত্যয়

৬। সংস্কৃতকী তব্য, অনীয়, য প্রত্যয়শিংনা ধাতু মমৈদা তপ্পরগা তৌকম থোকপা থঙনবা মতৌ অচম মণিপুর লোন্দসু ধাতু মতুং কদোৌবা, গদৌবা মৈতপ ( প্রত্যয় ) শিং হাওচিনকম থোক্লে। মতুদি :—

| | |
| --- | --- |
| কৃ－তব্য－কর্ত্তব্য | তৌ＋গদৌবা＝তৌগদৌবা ( ওইবা ) |
| গম＋অনীয়－গমনীয় | চৎ＋কদৌবা－চৎকদৌবা ( ওইবা ) |
| পুজ＋অনীয়＝ পূজনীয় | পূজা＋তৌ＋গদৌবা－পূজা তৌদৌবা |
| গর্ণ＋য＝গণ্য | শীং＋থান＋গদৌবা－শীংথানগদৌবা |

৭। অতৌবা মী নত্রগা থৌ থঙনবদা মৈতৈরোন্দ ধাতু মমাংদা অ মতুংদা বা প্রত্যয় তপ্লে। মাতুদি :—

| | |
| --- | --- |
| অ—যেং＋বা＝অয়েংবা | অ－তুম＋বা－অতুম্বা |
| চল্－ওম－চোংলোম | অ—পা＋বা－পাবা |

৮। ওইগ্রবা অর্থদা মণিপুর লোন্দা ধাতু মতুং রবা লবা, গ্রবা প্রত্যয়শিং তপ্লে প্রত্যয়শিং অসি তপ্পরবা শব্দমথৈ বিশেষণ পদ ওইরে। মাতুদি—

হও + খরবা — হওগ্রবা   ভো + রবা — ভোরবা

হাং + লবা — হাংলবা   পী + থোকগ্রবা — পীথোকগ্রবা

## মণিপুর কৃৎপ্রত্যয় (১)

৯। মণিপুর লো-নগী অ প্রত্যয়না মমাংথাবা ধাতু মখৈদা পা, বা, মৈতপ (প্রত্যয়) তপ্পরগা, পোক্লকপা শব্দমখৈ বিশেষণ ওইরে। মাহুদি :— লৌবা অর্থদা — অ-লৌ + বা = অরৌবা (২) অচৎপা অকোবা, অহৈবা, অথোইবা অসিনচিংবা।

(ক) মমুংচনবা অর্থদা ধাতু মতুং চিন্, ছিন্, জিন্ প্রত্যয় তপ্পে। মাহুদি :— হুকচিনবা; পীছিনবা থমজিনবা অসিনচিংবা।

(খ) মথাক লৈহোদবা খওনবদা ধাতু মতুং তোক, থোক, দোক প্রত্যয়শিং তপ্পে। মাহুদিঃ— থাক্তোকপা; চাথোকপা; ফোদোকপা, থাদোকপা শন্দোকপা অসিনচিংবা।

(গ) ধাতু অমগী মতুংদা কৃৎপ্রত্যয় অনি-হুম তপ্পগ্রবদি, ধাতু অমুগী অর্থ থোইনা চেৎছিনকম থোক্লে। মাহুদিঃ— হাপ ধাতু— হাপচিনগ্রবা; লংছেকগ্রবা; হুক্কেকগ্রবা; ঈহোকগ্রবা, পীছিনগ্রবা, হারজিল্লকপা, ইথ্ং-লকপা অসিমচিংবা।

(১) লা. ১৩২, ১৩৩ গী ধাতু মৈতপ সূত্র নম্বর ৬,৭, ৮ য়েংবিদোবোই।

(২) স্বরবর্ণগী মতুংথংবা ল ময়েক মথৈগী থোহোক র ওইখি। মাহুদি- সনা + লৈ — সনারৈ কুন্দা + লৈ = কুন্দারৈ থ্বাই + লম — থ্বাইরম, থুড়াই + লাকপা থুড়াইরাকপা অসিনচিংবা।

# তদ্ধিত প্রকরণ

শব্দগী মমৈদা প্রত্যয় কয়ামকুম তপ্পরগা সিদ্ধপদ ( পোক্লকপা য়াতা ) ওইরবা, প্রত্যয়শিং অদুবু তদ্ধিত প্রত্যয় কৌই। প্রত্যয় তপছিল্লগবা শব্দগী শকওং হোংদোকচখি। মাহুদিঃ- বিষ্ণুগী ভক্ত- বিষ্ণু + অ (ষ্ণ) – বৈষ্ণব, শিবগী, লাইনীংবা – শৈব + অ – শৈব। শক্তি ( দেবী ) গী লাইনীংবা – শক্তি অসিনচিংবা।

মণিপুর লোন-দা বয়স অমসুং মথাং খঙনবদা লোন, রোন, ও, প্রত্যয় তপ্পে। মাহুদি অহল্লোন, নহারোন, অঙ + ও – অঙোবা (অঙো), চেয়্রোন, পল্লোন, চারোন অসিনচিংবা।

## মণিপুর তদ্ধিত

ও খাইদগী অথোইবা খঙনবদা শব্দ মতুং লেন, রেন প্রত্যয় শীজিন্নে মাহুদিঃ— চীংলেন, পল্লেন, বিরেন, কালেন, থোংলেন, পুল্লেন কম্লেন ( কমেন ) অসিনচিংবা।

(ক) মহোশাদগী হেক্লপা অর্থদা থোই, দোই প্রত্যয় হাপ্পে। মাহুদি-চাউথোই, মীথোই, নীথোই, হুমদোই, শেম্দোই, কৌ-দোই অসিনচিংবা।

মরক খঙনবদা রক, লক প্রত্যয় তপ্পে। মাহুদি – মীরক লল্লক, তাল্লক, খুল্লক, ইরক, উরক অসিনচিংবা।

(ক) ওংদা ১সুং ভাবনচিংবা খঙনবদা শব্দমতুং পা, বা, বি,বী প্রত্যয় তপ্পে। মাহুদিঃ—অপাৎপাঃ সমজিন্নবা; স-মজীনবা। অথুবগী ভাব—অথূ+বী; অথুবী; থুজিনবগী মওং—থু+জিনবী=থুজিনমী; খা নিমখৎপগী মওং—খা+নিন—খানিন, খা শিখবগী ওংদা—খা+শি—খাশি (জি) অসিনচিংবা।

(খ) ওংদা খংনবদা শব্দগী মতুং তা, দা, তম, দম, ওং প্রত্যয়শিং লাকই। মাহুদিঃ— মীতা, শক্তা, শক্তম, লমদম, ফিদম, মীওং, শাইওং।

(গ) ধারা খঙনবদা শব্দ মতুং চা, চম্ প্রত্যয় লাকই। মহুদিঃ- য়ুরাকচা, ওয়নামচা, খোদামচম্, য়েন্নাংবমচম্ অসিনচিংবা।

(ঘ) তো, দো স্বর্থদা শীজীনৈ। মাহুদি :— ঐদো, নহাক্তো, সমুক্তো, নাহাদো অসিনচিংবা।

(ঙ) মচা খঙনবদা নাউ, প্রত্যয় লাকই। লাহুদিঃ— পান্নাও, সিংনাউ, খোঙ্নাও, সন্নাউ, ওকনাও, হুইনাও অসিন-চিংবা।

(চ) মশিন খঙনবদা রি, রী প্রত্যয় লাকই। মাহুদি :— গঞ্জরি [রী], জুৱারি (রী), ভিক্ষারি (-রী) পূজারি (-রী), অসিনচিংবা।

(ছ) মশীং ১ঙ্গুং মপূংফাবা অর্থদা শীং শুবা, শুরকপা, চনবা মঙাশুরকপা, শুরানিচনবা অসিনচিংবা।

(জ) ভাবর্থদা সাবা প্রত্যয় লাকই। মাহুদি :—কৃষ্ণসাবা, ঠৌরানীসাবা, বাবুসাবা, সনসাবা অসিনচিংবা।

## বাক্য-বিশ্লেষণ-ৱাহৈ মথায়না।

## ( Analysis of sentences )

মিশ্রবাক্য ( য়াম্ন ৱাহৈ ) অমত্তুদগী অর্থ কায়দনা (হোংদনা) অতোপ অতোপ্পা সরল বাক্য কয়া কয়াদা ওন্থোকপা অদুগী মমিং বাক্য-বিশ্লেষণ কৌই। মাতুদি :—

মিশ্র বাক্য অমা—রাম মতম চানা ইস্কুল কারুদবদগী ওঝা ইবুংঙোনা মাবু মতিকচাবা দণ্ডি পীনখি।

সরল বাক্য ময়াম—রাম ইস্কুল ভল্লম্মী (১) মাদি মতম-চানা ইস্কুল কাখিদে (২)। মরম অসিনা ওঝানা মাবু মতিক থোকপা দণ্ডি পীখি (৩)।

## বাক্য-সংশ্লেষণ-মতাইছিনা।

## ( Synthesis of sentences )

অর্থ হোংদনা সরল বাক্য কয়ামরুম্বু অমত্তা ওইনা কোৎলবা অদুবু বাক্য সংশ্লেষণ কৌই। মাতুদি :—

সরল বাক্য (অতিংবা ৱাহৈ) ময়াম—১। নুমিৎ থোকয়ে। ২। নুংশা শারে। ৩। ছাত্রশিং ওম্না ইস্কুল কাবা হৌরক্লে।

মিশ্র বাক্য (য়াম্নৱাহৈ) অমা—নুমিৎ থোকত্নঃ নুংশা শারক্লবা কালদা ছাত্রশিংনা মাগী ২ ইস্কুলদা ওম্না কানবা হৌরক্লে।

### নৈনফম

১। মথাদা ইরিবা মিশ্র বাক্য অসি অয়াম্বা সরল বাক্যশিং ওইনা থাইদোকউ—

খৃষ্টাব্দ ১৯৪৩গী পৃথিবী-লাল্লাওদা বৃটিশনা জয় ওইখিদনমু ভুংকোইবদি খোকখিদনা দৈব-নোংদমদগী ভারতাকাশদা স্বরাজফীরাল হাইগৎনবগী অখোইবা খুদোং অমা ওইনা খোকখী।

২। মখাগী সরল বাক্যশিং অসি বাক্য অমত্তা ওইনা তাইচিন্নরকউ– শ্যামশাই, গরিবনিবাজ মহারাজগী মচানিপাহননী। মহাক খুড়াইরাকপা ওইখি। মচানিপা অনী পোক্লমখি। অমনা গোশাই অত্তোপ্পা অমনা জয়শাই কৌই। মখোই। মখোয় অনিমক মথং মথং নিংথৌরেন ওইবিখী।

---

# মীতৈরোন্দা চল্লকইবা শব্দশিং

## সংস্কৃত শব্দ (১)

| মূলশব্দ | অপভ্রং | মূলশব্দ | অপভ্রংশ |
|---|---|---|---|
| সমুদ্র | সমক্র | রাসেশ্বরী | রাশ্বরী |
| নারায়ণ | নারাণ | বংশী | বাঁশী |
| অদ্বৈত | আদ্বৈত | নূপুর | নোপুর |
| শরচ্চন্দ্র | শরৎচন্দ্র | স্বর্ণ ( সোণা ) | সনা (-ণা) |
| নাগকেশ্বর | নাগেশ্বর | অগুরু | আগর |
| পৃথিবী | পৃথ্বী | চুয়া-চন্দন | চা-চন্দন |
| সুরধুনী | সুরধনী | মণ্ডপ | মাণ্ডপ |

(১) ধর্ম্ম, কর্ম্ম, সত্য, পাপ, পুণ্য, সেবক, আচমন, স্নান, দাতা, দান, চন্দন, ভজন, সাধন, প্রেম, ভক্তি, কীর্ত্তন, মন্দির, পূজা, পাত্র, সেবা, প্রসাদ অসিনচিংবা মূল শব্দ কয়া কয়া চৎনরি।

| মূলশব্দ | অপভ্রংশ | মূলশব্দ | অপভ্রংশ |
|---|---|---|---|
| মলয় | মলয়া | গণ্ডার | শমুগণ্ডা |
| ব্যবহার | ব্যেবহার (বেভার) | হৃদয় | হৃদি |
| শ্রাদ্ধ | শরাদ্ধ ( শোরাধ্ ) | রণ | লাল |
| অহ্নিক | অনিক ( খনবা ) | হরণ | হরানবা |
| বারুণী | বারণী ( বাণী ) | হত্যা | হাৎপা |
| অস্থিসঞ্চরণ | অস্থিসঞ্চণ | কলাহার | কলার |
| কোকিল | কুকিল | সমীরণ | নুংসিৎ |
| কাক | কাক | প্রবাল | পোহাল |
| শিবাজ্ঞা | শিবিকা | গুয়া | গুয়া, কা |
| পঞ্জিকা | পাঞ্জি (থুপায়) | পান ( পর্ণ ) | পানা |
| স্নেহ | নুংশিবা | চুনা ( চূর্ণ ) | চুনু |
| শ্রীহট্ট | শিলোট | ষণ্ড | ষণ্ডণবা। |

## বাংলা শব্দ (২)

| মূল শব্দ | অপভ্রংশ | মূল শব্দ | অপভ্রংশ |
|---|---|---|---|
| সিন্ধু ( তুরেন ) | হিন্দু | উঝা | ওঝা, (ওজা) |
| বাঙ্গালা | বাংলা | খেয়ারী | কাসারি (হরাই) |
| অড়হর | অড়র (-হরাই) | খিচুড়ি | খিচড়ি (খে-) |
| আওড়ান | ঔড়াইবা | গৌড়ীয় | গৌড়িয়া |
| পড়া | পাড়া | কীর্ত্তনীয়া | কীর্ত্তনা |

(২) ঘী. চানা, শাক, গেহু. মাখন, মুক্তি, নিরূপণ, জীব, হিংসা, .চিনি, চিঠি, পত্র অসিনচিংবা মূল শব্দ অয়াম্বা চৎনরী।

| মূল শব্দ | অপভ্রংশ | মূল শব্দ | অপভ্রংশ |
|---|---|---|---|
| উষ্ণা | উষনা | তেলকালি | তেঙ্গালি |
| বীণা | পেণা | নিশ্বা | নিংশাশ্বর |
| বর্ত্তিকা | বর্ত্তি | ক্ষীরসার | ক্ষীরসা |
| ভাবুক | ভাবক | হুড়ুম | উড়ুম (কবোক) |
| কম্বল | কম্বর | জুয়া খেল | জুুার শানবা |
| দেউটি | দেহুটি | নাপিত | নাপেত |
| মাধুকরি ( মধুকর ) | মাধুকুরি | ছাতা, ছাতি ( ছত্র ) | ছাতিন |
| রূঢ়ি | রূহি | গন্ধক | গন্দুক |
| বঙ্গাল | পাংঙল | ষড়যন্ত্র | ষড়ো |
| মাইবং ( মায়ঙ্গ ) | ময়াং | জোয়ার | জোবার (কাবা) |
| রায়বার ( দূত ) | লাইবার | চলন | চোলোম |
| পড়ুয়া ( পঢ়ু- ) | পড়ুবা | দোমাহি | হুমাই (কো) |
| খত্তাল ( করতাল ) | কর্ত্তাল | ত্রিপুরা (দক্ষিণ) | তক্ষেণ |

## মণিপুর শব্দ

| মূলশব্দ | অপভ্রংশ | মূলশব্দ | অপভ্রংশ |
|---|---|---|---|
| খোরায় | খরায় | ছেকমাইচীন | ছোঙাইজীন |
| লোরাই | লরাই | পোচ্ছ'বম | পোংশ'বম |
| রাইমৈ | রামৈ | কিয়াংলিককাং | ক্যাংলীককাং |
| রাইরোকপম | রাইরোকপম | কিয়াংকৈ (কয়) | ক্যামগৈ |
| ওরায়োক (কম) | ওরারোক | মোংশাংকৈ্য | মোংশাংগৈ |

| মূলশব্দ | অপভ্রংশ | মূলশব্দ | অপভ্রংশ |
|---|---|---|---|
| কোয়রেংকৈব্য | কোইরেংগৈ | ময়ার য়ুম্ফাল | ময়াং য়ুম্ফাল |
| অচানবীকৈব্য | অচাম্বীগৈ | শগোল্শেল | শগোনশেন |

## হিন্দীনচিংবা শব্দ (●)

| মূলশব্দ | অপভ্রংশ | মূলশব্দ | অপভ্রংশ |
|---|---|---|---|
| হাওয়া (ফা) | হাওরা | কোপি (port couve) | কোবি |
| দেওয়ান (ফা) | দেওরান | ভেণ্ডি | ভেনিণ্ডি |
| দেওয়ালি (দীপালী) | দেওরালি | ডজন (dozen) | দর্জন |
| জেলা (আ) | জিলা | কাওয়াজ [আ-কারাইদ] | কয়াইজ |
| গেলাস (glass) | গিলাস | দোতলা | দোতালা |
| ছুরি | ছোরি | মুসাফির (আ) | মসাফির |
| লাড্ডু | লাড়ু | সপ্তাহ | হপ্তা |
| বেড়া | বেড়া | বখ্‌শিস (ফা) | বক্‌শিস |
| দেওয়ানি (civil) | দেওরানি | সিপাহী (ফা) | সিপাই (ফাই) |
| দরজী (ফা) | দর্জী | কয়েদ (আ, কইদী) | কোইদী |
| কাঁচি (তু কাইঞ্চি | কাঞ্চি | কেরোসিন (kerosin) | কেরোসিন |
| সাবান (পোর্টুন saban | সাবোন | কালতো (হি) | ফালতু |

● বাজার (ফ), রায় (আ), রায়ৎ (আ রায়ৎ), আম্মিন, বরাবর (হি), কাগজ (আ-জ্ৰ), জঙ্গল (হি), জরিপ (আ), জরিমানা (আ), অরুর (আ), জবান (ফা) জবাব (আ জবাব), জমাদার (আ ফা), সাবাস (ফ), সরকার (ফা), সুবাদার (আ-ফা), দরবার (ফা), দলিল (আ), আদালত (আ) অসিনচিংবা শব্দ কয়া চৎরি।

| মূলশব্দ | অপভ্রংশ | মূলশব্দ | অপভ্রংশ |
|---|---|---|---|
| সায়েব (আ, সাহিব | সাহেব | কায়দা (আ, কাইদাহ) | কাইদা |
| ডাকঘর (হি) | ডাকশঙ | রাবড়ি (হি) লবড়ি | (ক্ষীরসা) |
| তহসিলদার (আ ফা) | ত'সলদার | কচ্চহরি (হি) কচরি | (লাইশঙ) |
| বহি (আ) | বোই | সওদাগর (ফা) | সদাগর |
| অফিস (ই, office) | আ'পস | হাস্পাতাল (hospital) | আস্পাতাল |
| দেওয়াল (ফা) দেবাল | চ্যেক্কী ফক্লাং | কেরায়া (আ) | কিরায়া |
| দারোগা (তু) | দারুগা | তলব (না) | তলপ (বেতন) |
| তাম্বু (আ) | দম্বুর | আপীল (apeal) | আফীল |

## লোঞ্চং অথোইবা (বাকপদ্ধতি বিশেষ্য—Idiom)

| শব্দ | অর্থ | শব্দ | অর্থ |
|---|---|---|---|
| ময়েকচৎপা | ময়েক খঙ্‌লকপা | খদাং মথাথাবা | রাননুবা |
| ময়েকলা-বা | ময়েকলুব | খুংলোয়বা | হৈনবা |
| খুং কজবা | ময়েক নীংথিবা | চোইহা | মচোই |
| কিথী কিরুবা | কিরপ তৌবা | থরুম চাওবা | কল্লক চাউবা |
| থারুম তৌবা | নিংথমচনবা | নাহৈ-শেল লংকৈদা কোয়ব শেল | |
| নাপীনা শোকপা | লিয়া চিকপা | মীপুমথীয়া | মী তাক্লিবা |
| মী খোনবা | মীবু চানবা | মীরোনবা | নাউপুবা |
| মীমুথাঙ, | মীনা ক্লুংসিদবা | লমকে·ল ক্লাইবা | মী উচ্ছিত্তবা |
| মীপাইচাউবা | নিংশা থাগনবা | শকহ্যেনবা | শককজবা |

## চয়েৎনবা ( জটিন ) শব্দ
## ( Perplexing Words )

| শব্দ | অর্থ | শব্দ | অর্থ |
| --- | --- | --- | --- |
| ইতোম | ইমতোন | ঈতোন (ত্রান) | লাঙ্গনা |
| ইশিং | ইয়াম | ইশীং | ই মশীং |
| ইশেল | ঐগী শেন্থুম | ইশ্যেল (শ্যালক) | মিংকো |
| ঈশিং | ঈয়াম | ঈশিং (মলিন) | মহী |
| উনৌ | উ অনৌবা | উনৌ | উ অনৌবা |
| উয়ুম | উগী শঙ্ | উয়ুম | উগী য়ুম |
| উশোই | উজাৎ অমা | ওয়াশোই | ওয়া মশোই |
| ছুবা | ফৌছুবা | ছুবা | ফি ছুবা<br>পুক ছুবা |
| শুবা | মশীং হাপকৎপা | শূবা | থবক নোম্বা |
| শেনবা | ডাকপা | সেনবা | নীংবা, নীংজকপা |
| চেনবা | লোয়নবা<br>পাউ হায়বা | চ্যেনবা | থুনা চৎপা<br>লোম্না ছুবা |
| ছেনবা | লৎপা (অনায়েক) | ছ্যেনবা | কৈরেংনা |
| চেক(cheque) | শেনগীংথাবা চ্যে | চ্যেক | দোলান মচ্যেক |
| শুম্বা | ভুমহনবা | ছুম্বা | মহী ছুম্বা |
| লেমনা চাবা | কজনা চাবা | ল্যেমনা চাবা | মমন শীদনা চাবা |

## অচুম-অরান (শুদ্ধ্যশুদ্ধি শব্দ)

| অচুম্বা | অরানবা | অচুম্বা | অরানবা |
|---|---|---|---|
| ঈশ্বর | ঈস্পর | পড়ুরা | পরুবা |
| বিষ্ণু | বিষ্টু | ঔড়াইবা | ঔড়াইবা |
| কৃষ্ণ | কৃষ্ট | পাড়া (পড়) | পারা |
| সরস্বতী | সরস্পতী | খুড়াই | খুরাই |
| গোড়ীয়া | গৌরীয়া | টিন উপু | তিন উপু |
| একাদশী | একাশী | ষগুং | শগুং |
| মুক্সন | ডুকষণ* | পে''য়েং | পোংএং |
| সঞ্চাকম | ষঞ্চাকম* | য়েশী | এশী |
| অওইবা | অরোইবা | মংগল (হরাই) | মঙ্গল (মোগল) |
| স্নরিক (সোণা) | শ্নরিক* | ছুনু কোক (চুণা) | শুনুকোক |
| সংগোম (সঙ্গোম) | ষঙ্গোম* | চুরুট (টামিল-শুরুট) | চুরুপ্ |
| পায়বা | পাঈবা† | নৃত্তিকা | মৃত্তিকা |
| রাইস্কুল | রাইস্কল | চাউবা | চাওবা |
| সিংহাসন | সিংগাসন | লৈক্ষ্ম | লৈশ্নম |

*হিন্দী ভাষাদা 'শ'ল উচ্চারণ থোক্লবদগী মাহুগী মহুৎ 'স' ময়েক্না চংনবী মাহুদি :—দস—দস, শিব, সিব একশত—একসৌ অসিংচিংবা। মণিপুর লোন্দনু 'শ': 'ষ' গী খোম্লোক 'স'তা ওইনা থোকচরে। মাহুদি—স্বরিক—স্নরিক, শনাবৈ, ষংগোম—সংগোম অসিনচিংবা।

† সংস্কৃতনচিংবা ভারতকী ভাষা খিবিক্না ঈ, উনচিংবা দীর্ঘ স্বরগী হনন্ত উচ্চারণ তৌনদে, মশাগী উচ্চারণ অহুতা মথোকচে। মাহুদি.—গঈ—গয়ী, হুঈ—হুয়ী, হাঈবা—হায়্বা, লাঈবা—লায়ীবা অসিনচিংবা।

# প্রাকৃত ধাতুমালা

| সংস্কৃত ধাতু | বাং ধাতু | অর্থ | মৈতৈ ধাতু | অর্থ |
|---|---|---|---|---|
| অঙ্ক | আঁক | অঙ্কন | অয়েক | অয়েকপা |
| আপ | সপ্ | সমর্পণ | পী | পীবা |
| [illegible] | কাট্ | কর্ত্তন<br>কাটা | কক্ | কক্পা |
| কথ | কথ্ | কথন | কদো | কদৌবৈ |
| কুত্র | কোথা | কোথায়<br>কই | কদায় | কদায়দা |
| ক্রন্দ | কাঁদ | ক্রন্দন (কাঁদন) | কপ | কপ্পা |
| চুম্ব | চুম | চুম্বন | চুপ | চুপ্পা |
| ছিদ | ছিড় | ছিড় | ছে<br>ছি | ছেগায়রবা<br>শীছিবা |
| ছুপ | ছু | ছুয়া<br>স্পর্শ | ছোক্ | ছোকপা<br>শোকপা |
| দৃশ | দেখ | দর্শন<br>দেখা | দরশন | দরশন তৌবা |
| পঠ | পড় | পড়া<br>পাঠ | পা | পাবা<br>পাড়া |
| বন্ধ্ | বাঁধ | বন্ধক<br>বাঁধন | পল<br>পন<br>বন | বন্ধান<br>লৈপল<br>সম্বন |
| সজ | সাজ | সাজা<br>সাজন | সম<br>সা | সম্বা<br>[illegible] |
| সিচ | ছিঁচ | সেচন | চাই | চাইবা |

| সংস্কৃত | বাং ধাতু | অর্থ | মৈতৈ ধাতু | |
|---|---|---|---|---|
| স্মৃ | স্মর | স্মরণ | নীংসিং | নীংশি |
| স্নি | স্নে | স্নেহ | হুংসি | হুং |
| হন | হান | হত্যা | হাং | হাং |
| হৃ | হর | হনণ | হু | |
| হৃৎ | হৃদ | হৃদয় | হৃদ | |

## সাধু লো-ন্দা চৎনুগ্র বা শব্দ

| সাধুশব্দ | গ্রাম্যশব্দ | সাধুশব্দ | গ্রাম্য |
|---|---|---|---|
| কাহ্নাই | কানাই .( কহ্ন ) | পাঙনবা | প |
| বলদেব | বলাই | কাংমানবী | মে |
| নিত্যাই | নিতাই | নুং হৌবাই | যু |
| বিষ্ণুপুর | লমাংদোং | মাঙোন শঙ | চাবে। |
| কাঞ্চিপুর | লাংথবান | শঙায় | মু |
| স্নায়াথং | হুকুম | লুকহাবা | চাকৃ |
| শেকপিল | পেজাও | চাঁদোবা | থা |
| চাইথবা | ঈরাবা | ঈবা | ঈ |
| থুদোংকানবা | হিদাকথকপা | চীকুম ( -হুম্মা ) | য়াখি. |

লোইরবা